*Sahitya Akademi and*
*Manipur State Kala Akademi Award - 1984*
*winning book*
**'Chekla Paikhrabada'**,
*a collection of nine short stories in Manipuri by*
LAMABAM VIRAMANI.




অহুমশুবা
ভী, আই, পব্লিকেসন


অহানবা খূৎনম : নভেম্বর, ১৯৮১ ইং
অনীশুবা খূৎনম : জুন, ১৯৯০ ইং
অহুমশুবা খূৎনম : ডিসেম্বর, ১৯৯৭ ইং

ভী, আই, পব্লিকেসনগীদমক
অহানবা খূৎনম ফোঙবা : টি আইচ গোগোনবীহারি সিংহ
অনীশুবা অমসুং অহুমশুবা খূৎনম ফোঙবা : রাজকুমারী তোম্বীসনা দেবী।



অহানবা মখূমগী লাই : প্রেমানন্দ রোই।
অনীশুবা খূৎনমগীদমক অমূক য়েকথোকপিবা : গুনিন্দ্রো সিংহ।
অহুমশুবা খূৎনমগী মখূমগী লাই : বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম।

লাইরিক নম্বা : ক্রিয়েটিভ কম্পু প্রিন্ট।
কপি মশীং : ১০০০
মমল লূপা : ৩৫/-

# ৱাহৈ খরা

## (অমা)

'মণি মতুম' (১৯৮০) হায়বা ৱাৰী মচা অসি নত্তনা লাইবিক অসিদা য়াওরিবা ৱারী পুম্বা ইং ১৯৭০ ফাওবগী মনুংদা ইখিবনি। 'চেক্লা পাইখ্রবদা' হায়বা ৱারী অসি ইং ১৯৬৯ দা ইবা হৌখি। মতম কুইনা লোয়শিন্দনা থম্লরবা মতুংদা হন্দক্তা চহী অসিদা লোইশিঞ্জবনি।

'চেক্লা পাইখ্রবদা' হায়বা ৱারী অসি নত্তনা ৱাৰী পুম্বা মণিপুরগী সাহিত্যগী চেফোংশিং - থোইদোক্লা, সাহিত্য, ঋতু, মালেম অমসুং অকাসবাণি, ইম্ফালনা ফোঙখ্রবনি। পুম্নমক্লা লাইরিক অসিদা অমুক ফোঙহনবিবগীদমক্তা থাগৎচরি।

লাইরিক অসি (অহানবা খুৎনম) পুথোক্লবগীদমক শেলগী মতেং পীবিরকপা মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগ, নম্বগী ভাৰ লৌবিখিবা পন্মা প্রিন্টবসকী মরুপ মপাংশিং অমসুং মায়কৈ কয়াদা মতেং কয়া পাংবিরকখিবা মিং ওইনা পঞ্জন্দ্রবসু, মরুপ মপাং পুম্নমকপু তৌবিমল খঙবা উৎচরি। লাইবিক অসিবু ফোংবিবিবা ঐগী মরূপ গোগোনবীহাবী সিংহগী লমন্দি পুন্সিদা তোন্দুনা অসুমক লৈরগনি।

নভেম্বর, ১৯৮১ ইং

অইবা

## (অনী)

মতম কুইনা লাইরিক অসি ফংলুদ্রে।

নুংশিবিবা অমা-অনীনা লাইরিক অসি করিগুম্বা মতমদা হংবীরকই । মখোয়দা লাইরিক ফংহনবা ঙমদবগী নুংঙাইতবনা অনীশুবা খূৎনম পুথোক্কে হায়দুনা চহী খর অসি হোৎনজরকই । অদুবু হেক খল্লকই হান্নগী লাইরিক অসি অমুক নমগদবগী শরুক অনৌবা অমা পুথোকপনা থৈ । অদুনা ইং ১৯৮৮ দা 'ক্বাককী মচা ক্বাক উরোককী মচা উরোক' কৌবা লাইরিক অদু ওইনা থোকখি । হন্দক্তি মীৎ-না চে জেৎ উইশিন্দুনা লাইরিক অসিগী অনীশুবা খূৎনম পুথোকচরে।

খূৎনম অসি পুথোকপদা মায়কৈ কয়াদা মতেং পাংবীরকখিবা মরূপ মপাংশিং থোয়দোক্লা চিরবা মত্তমদা লাইরিক অসি নম্বগী ভার লৌবিখিবা অম্বীকা প্রেসকী ইচিন ইনাওশিংগী লমন তোনশিঞ্জরে।

জুন, ১৯৯০ ইং অইবা

## (অহুম)

হন্দক্তা ইং ১৯৯৬ তা অসামগী গুৱাহাটীদা লৈবা অধুনিক প্রকাসন হায়বা পব্লিসর অমনা 'চেক্না পাইখ্রবদা' হায়বা লাইরিক অসি অসামী লোন্দা 'পখী উরি যোৱাত' হায়না হন্দোক্কুনা ফোঙখি । শ্রীজয়কান্তা শর্মানা হন্দোকপনি। ৱারী মচা কয়া অমা ইংরাজি, হিন্দি, বাঙ্গালী টেলেগুনচিংবদা চোইনা চোইনা হন্দোক্কুনা ফোঙখ্রে। অদুবু লাইরিক অসি মপূম অমা ওইনা অতোপ্পা লোন্দা হন্দোক্কুনা ফোঙবদি লাইরিক অসিনা অহানবনি (ঐগী ওইনা)। ঐ অসামী লোল হৈতে। অদুনা লাইরিক অসি করম তৌরিগদগে খঙদে। ঐনা খঙবা হাযববু কম্পুটরদা লাইবিক মশক ফজনা নমই। য়েংবদা নুংঙাই । হেন্না নুংঙাইজরিবদি ঐগী লাইরিক অমা মণিপুরী (মৈতৈলোল) খঙবা মীওইদতা নত্তনা যূমলোন্নবা বাজাদা লৈবা অসামী ইচিন ইনাওশিং খবদসু পাহন্নবগী খূদোংচাবা অমা ফংলে হায়বসি খল্লুবদনি । মসিগীদমক অনুবাদক শ্রী জয়কান্ত শর্মাদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

অদুবু লনাই ওইবা শেন-থুমগী অচিনবা কয়ানা লাইরিক অসি চহী অহুম/ মরি ফংহল্লবা ঙমলুদ্রে। ইং ১৯৯০ দা অনীশুবা খুৎনম পুথোক্লবা মতুংদা চহী ৭ অসি মখা পুথোকপা ঙমদে। মসিগী মরম য়াম্না লৈগ্রে।

চহী অসিমা মীং-না চেজেৎ উইশিল্লরগা লাইরিক অসিগী অহুমশুবা খুৎনম পুথোকচরি। খুৎনম অসি পুথোকপা ঙমলিবসি ক্রিয়েটিভ কম্পু প্রিন্টকী প্রোপাইটরগী মপান্দগীনি হায়বা য়াই। ইনাও অসিনা মওং কয়াদা মমল য়াম্রবা মতেং পাংবিদুনা পুথোকপা লাইরিক অসিগী অহুমশুবা খুৎনম মীয়ামদা শিন্নজরি। ক্রিয়েটিভ কম্পু প্রিন্টকী ইনাও অনিল অমসুং ইচিন ইনাওশিংগী লমন তোনশিল্লরে।

অহুমশুবা খুৎনম অসিগী মখুম ইনাও বিরেন্দ্রজীৎনা য়েকপীবনি। ইনাওগী লমনসু তোনশিল্লে।

পত্রিক বুক হাউসকী ইয়াম্বা শ্রী প্রিয়োকুমারনসু লাইরিক অসিগী মখুম দিল্লীদা নল্লীরক্লুনা মতেং পাংবীবগীদমকসু তৌবিলম খঙবা উৎচরি।

ডিসেম্বর, ১৯৯৭ ইং

অইবা

## লমাবম বীরমণিগী অতৈ লাইরিকশিং

"পিকনিক পিকনিক"

ঙাঙী মচা ১৮ গী লাইরিক, অনীশুবা খুৎনম - ১৯৯১ ইং,

মমল লুপা ২০/-

"কাক্কী মচা কাক উরোক্কী মচা উরোক"

ঙাঙী মচা ১২ গী লাইরিক, অনীশুবা খুৎনম ১৯৯৩ ইং,

মমল লুপা ২৫/-

"উন্নুলদে"

লমকোই ঙাঙী, অহানবা খুৎনম ১৯৯৫ ইং

মমল লুপা ৩৫/-



চেক্লা পাইশ্রবদা


| য়াওরিবা ৱারী মচাশিং | লমায় |
|---|---|
| অতিথি | ১ |
| লম্মাংনবা | ৮ |
| করিগী অদুক থেংলক্লি | ১৪ |
| অসুম্না পুন্সিদা | ২০ |
| ওমচাক্লবা | ২৭ |
| মণি মতুম | ৩৫ |
| লমদাং অমা | ৪৩ |
| য়ূম পুবীগী ঈশৈ | ৫০ |
| চেক্লা পাইশ্রবদা | ৫৪ |

# অতিথি

লুহোংবদু অশোয় অঙাম য়াওদনা লোইশিনখ্রে। লাঙলম নিল্লমবা পূম্বসু নেমথখ্রে। অদুবু তমুবীগী থম্মোয়গী লাওতক্লবদি অহোই অহোইনরকই। মতম অমদা মহাক য়ূম অসিগী মৌনি, য়ূম্বুরেম্বীনি। ঙসিদি অতিথি অমগুম মপুরোইবগী য়ূমদা মচানুপীগী লুহোংবা য়াওবা থুংলরি। মচানুপী অদুবু নোংমতা মমা-মচা ওইবগী শেগা-মাইগা হায়দুনা ৱারক ৱাতেম্লখিদে। মদুগী চৈরাক ওইনা ঙসিদি পিগী লোইবা নাইদ্রবা ইফুৎ অমা পীরমলে।

অদুগা পোকপদগী মপাগী মতম্বাক্তা ফমবা ফংজদ্রবা মমাগী শেগাদতা চাউজরকপা মপাগী মীনুংশিগী মীৎয়েংনা তাথিবীরবা মচানুপানা মপাগী মফমদা করিগুম্বা চৈরাক অমত্তা পীরম্লোইদ্রা ?

ইবোহলসু মীনি, চৈনাখোল অদু করিগী ফাওরোইদগে ? লমকেৎলবা থম্মোয় অনীগী কাউথোকপনা ফরবা চহী তরা মমাঙগী মমি শাম্মিরবা ৱারী অদো ঙসিদি ঈরাউখোলগা লোয়ননা ঈহৌরক্লে । থম্মোয় অনীগী ঈরাওখোল থম্মোয় অনীদুতনা তাই । তূমদে, তূম্বা য়াদে, মতেক মতেক মঙগুম হাগুম অহিং চুপ্পদুমা ওল্লোইনা খাংখি।

চহী তরা মমাঙগী ৱানি। মতম অদো ইবোহল চীংগী স্কুল অমদা ওজা ওইরি। মহাক্কী মীরোল লৈজদে। মাগী নুপী, মচানুপী চহী তরেৎ-নিপাল শুরবী অমা মচানুপা থা তরুক্তা ঙাইরীবা অমা মখোয় মরিতনি য়ূমজাউ অদুদা লৈরিবা। মপা মমাসু লৈখিদরে। অদুবু সরকারগী চেঙ চারুরবনিনা মখোয়না চৎলু হায়বা মফমদা চৎপা তাবনি। চৎলি চত্তবা য়াদবনিনা, অদুবু লৈতাদে। ছুটি নুমিৎ নিনীদং ফংবদা ময়ূমদা হেক্তা থোক্লীংই, থোকসু থোকই । মসিনা মঙোন্দা অৱাবা অমা ওইহল্লি, ভারা তিংহল্লি, মীৱা তাই।

নোংমদি মহাক বিজয়গা থেংনরম্মী। মহাক্না থৌবালদা ওজা ওইরিঙেদা মহাক্কী মতেং য়াম্না পাংখিবা লম অদুগী মনাউশিংনি, মরূপনি। মহাক্কী কনা অমত্তা লৈজদে, মচেগীদা লৈবনি। নুপী অমা থিরম্লে, অদুসু খায়নম্লে । চহীদি বিজয়না খরা নৌই। মহাক ইম্ফাল মনুংদা ফূরিৎ তূফম ওইবা য়াবা দুকান মচা অমা থিগে হায়দুনা কারকপনি।

ইবোহলগী ময়ূম তেরা বাজার মত্তুদনি। মহাক্কী ইংখোল সড়ক্তা হেক তাইনরে । মহৌশা মমানা দুকান ফল্লম্বগী মমায় অৱাং ওনবা কা অমা লৈ । তাঙ্গা চারে খল্লদুনা মহাক্না বিজয়বু ভারা লৌদনা থমলে। অদুবু মহাক্কী নুপীনদি য়াখিদে।

- কনামত্তা থমবীরমগনু মশক মশাসু খঙনদবা মী থম্বদুনা হেন্না কিজম্লে ।

ৱাফম অসিদা অচূম্বা য়াওরি হায়বা খঙদবা নত্তে। অদুবু ৱা পুখরুরে, অদুগীসু মথক্তা মহাক বিজয়বুসু চেৎনা থাজে। মাগী নুপীদা থেমজিল্লি - মতম খরদং য়েংউ ! লোয়নবা নুংঙাইত্রগা পাউ হেক্তা পীরকউ।

য়ানীংলবসু য়ানীংদ্রবসু মপুরোইবগী ৱাদা য়েৎপা তৌদ্রে।

থা অমমুক্কী মতুংদা, ইবোহল মাগী নুপীদগী চিঠি অমা ফংই "পেশা ফংলে, নুমিৎ নিনী হুমনী ইবুংঙোদু মশা ঙমলুদ্রে। বিজয়না হিদাক লাংথক লৈদুনা পীজবদগী ফরে। নুংশা থিনীংঙাই করিসু লৈতে। বিজয়বু লৈরমদ্রবদি হন্দক শিরে, লৈকাইসিদা চেং মেরুক অমা পুকম লৈতে। বিজয়না থৌবালদগী ফৌ পোৎ অমা লৌরুদুনা লেল্লি। শেল লৌ হায়বসু য়াদে। মাসু সিদ লাকপদগী খরা কান্নজরে।"

মখোয় চান্ন-চিন্ননা লৈরে তাবদা ইবোহল নে তারে। মরক্তা অমুক চৎকে খল্লে। পরিক্ষা লোইরগা পূন্না থোক্লগে হায়না লেপ্লে।

থা তূরুক্কী মতুংদনি। পরিক্ষা লোইগ্রে। মহাক ময়ূমদা থোরক্লম্মী। মতম কুইনা উকদ্রবা নুপী অঙাং উন্নরগনি হায়বগী ঈথৌনা লমশাং লাকপগী অরা-চোকথ পূন্না কাউবা মখে থোক্লকখি। নুমিৎ তানিং তামাং তৌরমদাইদা ময়ূম য়ৌরে। শূমাং মাঙ্গোলদু ইচিক চিকই। শূমাংদা লেপ্লদুনা কৌই। কনামত্তা খুম্লক্তে। ইঙক ঙক্লে, নুংশা থীবা অমসু পোক্লে। মাঙ্গোল কাখত্তুনা য়েংই। থোঙ শো লোল্লি।

য়ূমলোন্নবী মতৈমদু থোক্লকই - ইবুংঙো হৌজিক লাকপ্রা ? সিনেমা য়েংবা চৎকনি হায়ব্রা করিনো হায়রম্বনি বিজয়গা। শোসু শিন্নরমদে। খঙদ্রেদা হৌজিক কানগী অঙাংশিং অসিগী মতৌসি।

ইবোহল রা ঙাঙদে। মঙ-হাঙুম থোকপ্রে।

- কি হোৎদোক্নে হায়ব্রা ? খুঁদে লৌরুগে।

- য়ারে ইতৈমা, পোৎ-চৈশিং অসি খ্বাইদা শুম থমলমগে। অসুবাই ফাওবা থোকউখিগে।

ইবোহল থোকপ্রে।

নুমিদাংগী পুং ১১ তাপ্রে। মপুরোইবা হল্লক্লে হায়বদি তারে। অদুবু উন্নবদি ফংদ্রি। মচাশিং পূন্নমক ঙাইবা ঙমদদুনা তূমপ্রে। তমুবীদি ঙাইরি চাকসু চাদ্রি।

ইবোহল হল্লকলে। মরোল লৌবা য়াদবা মখে হল্লকই।

- কদায় চৎলূরিনো ? বিজয়না থিনি হায়দুনা চৎখিবনি। অঙাংশিংসু ঙাইরম্মী, তূমখিবদা ঙাইরি।

মতম অমদা ইবোহল বিজয়গীদমক্তা ৱা ঙাঙখি। অদুবু বিজয় পল্লকপদা খোয়দৌ শাওগৎপা হেনগৎলকই।

- কদায়দগীনো বিজয়না লাই ৱারী অমা তৌরি সিনেমা য়েংলুসি হায়দুনা হেক য়েংলুদনা।

ৱারীশিংদু ইবোহল মনাদা হাপ্তে। মফি হোংদোক্লগা ফমুংদা চঙখ্রে।

- চাক চাররোইদ্রা ?
- চাররোই।
- চখোম অমত্তং চাখিসে।
- চাররোই হায়রেদনা।

খোন কল্লপ খুল্লকই। বিজয়সু হলক্লে। কৌরকই - ইতেমা তাদা লাক্লবরা ?

- লাক্লে।

হৈনীংদনা খুল্লকই। খোঙ হাংদোকপা তৌদে।

- তুল্লব্রা ?

কনামত্তা খুমদ্রে। তুমথ্রমাল্লে হায়দুনা বিজয়সু চৎখ্রে।

তমুবী চারা হেল্লে। মচাগী নাক্তা চঙদুনা হিপথখ্রে। উরোল উরোল তৌরুরে। মহাক্লা মীৎকপ থোক্লকপদা মাগী নুপাদো লৈরমদ্রে।

তৌরিবসি করিনো তমুবী লাম্বা ফংদে। ফমুং ময়াদা চঙক্লনা ফমদুনা লৈরে।

মপান্দা বিজয়না কৌরকই। কনামত্তা খুল্লক্লবদুদা ইমুংদা চঙলকই।
- তাদা হৌগৎল্লবরা ?
- খঙদে।

করিনো তৌরিবসি ! বিজয়সু ভাবনা লাম্বা ৱারে। অসুম্না মতৈমাগী হৈনীংদবা মতৌ কৈদৌঙৈদসু থেংনখিদ্রি। করিমত্তা হায়রম্বা তৌদনা মহাকসু থোকপ্রে। অদুবু থংনবা মীৎকুপতা করিগুম্বা ঈঙিং অমদি মমি শামি ফাওরকই।

নুমিৎ হুম্নীনি, অয়ূক নুংথিল চাক চাবা ফাওবা হঞ্জিলকত্তবা। নুমিৎ

হৃমনী শুজিন্নকবা অদু ফাওবদা মচাশিং অদো মশাগী মশক উবা ফংগ্রি। অহিং অহিং হজিল্লকনি। অদুসু মবা লৌবা য়াদবা মখে। ৱাসু লাংসু অমত্তা ঙাওদে। অয়ূকসু কনামত্তা য়াহৌদ্রিঙেদা হেক্তা চংখি। মতৈ-মনাউদা লৈজবা ইমুংদা নুপানা অসুম্না তৌথ্রবদা করম্বা নুপীগী পূক্লীংনা লৈতাগনি! নোংমদি তমুবী অহিং চুপ্পদুমা মীৎ ককলা অমা ফাওবা উইশিন্দবমখে মপুরোইবনা মীৎকপ থোক্লককপদু ঙাইরম্মী। মগ্নি মগ্নি তৌরি মপুরোইবনা হৌগৎখিবদু। হেক হৌগৎপগা মফি শেৎচিল্লী। থোঙ হাঙদোক্লুনা চংকে হেক তৌবদা তমুবীনা হংই,

- কদায়দনো?

- খুমদে।

- অঙাংশিং অসিগী মমাঙদা করিনো তৌবিরিবসিবো? ঐবু নুংশিদ্রবসু অঙাংশিং অসিগী খরা খনবিবা ফৈ।

খুমদে ইবোহল। তমুবীনা মখা তারকই - ঐবু করি কায়থ্রবগে? ঐ লৈবনা কায়গদবা লৈরগা থিনবীরম্মো।

মদুসু খুমদে। তমুবী শাউগৎলক্লে - খুমদবা তৌবিনু কৈরোই লৈকাইগী মমাঙদা মায় থমফম লৈত্রে।

- থিলহল্লুদনা, চৎনীংলগা।

ৱাহৈ খরা অসিতনা মপুরোইবনা শাওরিবগী মরম অদু ইঙাল ঙাহ্োক্লক্লে। তমুবী চীনবাল ফাজিনখ্রে। মমীত্তু শুন্যতরংদা য়েংলদুনা ফমুং ময়ায়দা জ্ঞান মাঙনা ফমদুনা লৈহৌই।

বিজয় ৱাফম অদুগী শামিন ফংখ্রে।

খজিক্তুদা খঙবা মীনি। খূদক অদুমক্তদা য়ুম অদু থাদোক্লুনা চৎখ্রে। কনাদসু হায়রমদে।

মপুরোইবগী হেনজিনবা মীৎয়েংবু তমুবী ৱারোই। তমুবীসু নহানি, মনুং কনবা মশাগী মমল ঙাক্লা চংচবা। খনবা মখে খল্লগা মহাক্কীসু ৱারেপ অমা লৌরে।

নোংঙাল্লমদাই অমম-অঙান অনীগী লংদাইগী মতমনি। মপুরোইবা হৌগৎত্রি, তমুবী হৌগৎতুনা মফি শেৎচিল্লে, মচানিপাদু পোখৎলে। তুমদুনা

লৈরিবা মচানুপীদুগী মরাইবক্তা অমুত্তং নাল্লম্মী। অয়োইবা ওইনা মাগী নুপাদা ব্বারৌবগী মীৎয়েং অমতং ফল্লপ য়েংলম্লগা থোঙ হাঙদোক্লুনা থোকখ্রে। ইবোহল উই। খামদে। হংবসু তৌদে। নিনী শুবগী অয়ুক্তা মচা নুপীদু মচেদা শিনরম্লগা চীংদা অদুম চৎখ্রে। অনীরক্তি ইবোহলগী মচেনা তমুবীবু কৌরুবা। অদুবু তমুবী য়াদে। ইবোহলগী মচেসু শাউখ্রে।

মতুংদদি তমুবীবু কনামতনা কৌরুদ্রে। মানসু লাকপা তৌদ্রে। চহী মঙাগী মতুংদা ইবোহল ইম্ফালগী স্কুল অমদা অমুক লাক্লে। চহী ওন্দে তমুবীবু কৌশিনবগী মহৎতা মচেনা শিন্দুনা মনিমচাগা লুহোংলে।

*

মসিনি চহী অরা চুপ্পা থেংনরকপা থম্মোয় অনীগী লাঞ্জাও। লাঞ্জাউ অদুগী ব্বারীনা অহিংচুপ্পা অসিমা তূমবা য়াহন্দবর্মখে ওৎলি চোকথরবা থব্বায় অনীদুবু।

তমুবী মৌ অনৌবীগুম মপূক্লীং ইনৌ নৌই। অহিংদুমা তূম্লক্তবা, অমসুং কপ্লুবগী মমীৎ অনীদু ইপোম পোমলে।

মমাংগী কাদা মচানুপাদুগা লোইননা লৈকাইগী অহল অমগা ব্বারী শাদুনা ফমলি তমুবী।

-কান্নদে তমুবী ! নচাশিংগী খল্লু। অঙাং নত্রে, নখোয় পূন্না লৈনবা তৌ।

তমুবী খুমদে। মনাক্তা ফমলিবা মচানুপাদুগী মকোক্তা নাল্ল নাল্লদুনা তায়। অহল অদুনা ইবোহলবুসু কৌশিল্লি। হেক চঙলকপগা অহল অদুনা ঙাঙবা হৌরকই- ঙাওশিন্নদুনা কান্নপোৎ নত্তে ইবোহল। অঙাংশিং অসি নচা নতে হায়বা য়াবা নত্তে। পূন্না লৈনবা তৌ।

ইবোহল নোকমি নোকমি তৌরদুনা তমুবীদা ফল্লপ য়েংলম্লগা হায়রকই- ঐদি লৈরসি হায়রিবনিনে।

তমুবী ব্বা ঙাঙদে। মপূক্লীংদদি ব্বারৌই।

-"নহাননঙৈদি কদাইগী হায়দে।" ব্বারী ব্বাতাই ঙাইহাক শারগা অহল অদু চৎখ্রে। ব্বা অমত্তা ঙাঙলদে কা অদু ইচিক চিকই।

চেক্লা পাইথ[illegible]

অচিকপদু থুগাইরদুনা ইবোহলনা হায়রকই।

-গোবিনসি স্বাইদা থম্বনা ওইররোই। কদায়দনো লাইরিক তম্বা থাখিবা তারে।

নুমিৎ থাগুম্না য়েংজরিবা মচাগী বা পল্লকপদা তমুবী তুমিননা লৈথোকপা ঙমদে। খুমলকই- কদায়দগীনো অসুক পিকলিবসিবু। মেট্রিক্কা পাস তৌরগা থাগনি।

-জেনরেল লাইন্দি কানপোৎ নত্তে। ডাক্তররা ইঞ্জিনিয়াররা অমা তমহন্দবা য়াদে।

-শেল ফনা ফংদুনসু ইঞ্জিনিয়ার হায়বদু পামজদে। ডাক্তর ওইহনগনি।

চহী তরা চুপ্পা মতৈ- মনাও অনীগী মরক্তা থিঙলম্বা বা ঙাঙনদবগী পল অদু ঙসি মীৎকুপ অমদা নমখাইখ্রে। লাঞ্জাও অদু লোইশিল্লব্রা!

মতম অসিমক্তদা ইমুংলোমদগী মনিমচা চা পুদুনা থোক্লকই।

- ইচে চাক চারগা চৎলো।

বাহৈ অসি ইচম চম্না হায়রম্বা য়াই, অদুবু তমুবীগী মফমদদি তাশোন্নি। ইমুং অসিদা মহাক অতিথিনি হায়বা কাউরুবে। শোঙ্করকপা মীৎকুপ্পুনা চহী তরা লোইশিন খোমজিন্দুনা থমলকপা থম্মোয় খোঙজাউদো হাংদোক্লুবে। মপুরোইবদা বারৌবগী মীৎয়েং অমতং ফল্লপ য়েংলম্লগা খুমলকই,

-চাররোই,

তমুবী হৌগৎখ্রে। মফি তনশেৎ শেৎতুনা মচানুপাদু পুরদুনা থোকখ্রে। কা অদুদা অমুক চঙলমদ্রে। অদুবু বাহৈ অমত্তংদি হায়রম্মী।

- বাবাদা চৎলগে হায়রম্মুদনা।●

## লম্মাংনবা

অসিগুম্বা পুন্সি মরেন অসিদা পুন্সিনা ওইরক্কনি খঙলমলবদি পুন্সি কনানা তুংগী পুন্সিবু খৌরাংলুগনি। হৌখিবা পুন্সিনা ঙাইরকখিবদু ঙসিগী পুন্সি অসিবুনি। তুংদা অমুক করি ওইরকপা ঙাইদুনা লেনবা তারি। অদুবু করিবু আশা তৌনীংঙাই লৈরিবগে!

পাউখুম ফংদ্রবা অসিগুম্বা ৱাহং কয়ানা ইবেমহলবু তত্তুনা ওৎলি। তুংগী পুন্সিবুসু থাজবা মাঙহল্লি। মখোয়না তত্তুনা হায়,

- হৌদ্রবদি হৌদ্রেদনা। নীংশিঙলুদুনা কৈদৌননি। হল্লক্কদবসু লৈতে।

কয়াদা লায়না হায়দ্রবা। কয়ারক হোৎনদ্রবনি। হোৎনরুবা মীৎকুপ্পুনদুম ওইখি খ্বাইদগী নীংশিঙবা। মীৎকুপ কয়াদা কায়রবা থম্মোয়গী

পুণ্ডমচ্রবা চৈনানা য়েশিল্লকবদা খল্লকখি- শিখিবনা ফরে।

অদুবু খল্লি চহী মঙাতা ওাইরিবা মপাগী তম্পাক মশক খঙহৌদ্রবা মচাগীদমক। মচাবু চেজেৎ কোনশিনজে। হংলকই,

- নপাবুদি করিগী খামহৌদে ?

মহাক চৎখ্রে। অদুবু য়ুম্বান নৌরিবা পুন্সি অনীগী ইরাং থাংলবা মরেক মহাও চেল্লবা থৌদোকশিং অদু মঙোন্দদি নিন্দুনা লৈরি।

হকচাং চনবা মিংশেল অদু মমাঙদা খিল্লি। মিংশেন্দুদা তারি নহা ওইবগী তাংথক নাইরিবা হকচাং, চহীগা চানদনা লৈশিল্লবা মায়। থোঙনাউদগী শিৎচিল্লকপা নুংশিৎতা হাই হমলি খোমগৎপিদ্রবা মশমশিংনা। উরকই, মমীৎ অনী অদুসু পিনা থুমহৎলে। তৈথোকপিনবা খুৎ অদু লৈরমলবদি অসুম্না করিগী পি শিহুরুগদগে!

- ইবেম্মা ! তুংগী খল্লু। নঙগীবু করিদা ব্রাৎপগে ? ঐখোয়না হায়রিবসে নঙগী ফনবনি।

তুংগী খনবদনি ইবেমহলনা ব্রারিবসু। নহা ওইবগী পুক্নীং ইহল, হকচাং কয়াৎকী থৌরাংবা পুম্নমক ফাথদুনা মরাইবক থিরবা মচা অসিগীতা য়েংদুনা হিংলকপনি। করম থাদোক্কুনা চৎকনি!

মখোয়না হায়-করি তৌবগী থাদোকদৌরিবনো ? মীগীদি করিসু হায়দে, নঙনা থাজদ্রগা নচাগী মিংদা লৌ পরি অমা ফাওবা পানবিগে হায়রি।

মসিনা হেক্তা য়ারগদ্রা ! মসিনা মহাক পেল্লগদ্রা ! মখোয়না হায়রিবা অফবা হায়রিবসি করিনো ! ময়ূম পালুরমী নুপী অমনা মচা অদু হন্দোক্রমলগা অতোপ্পা নুপা অমদা ময়ূম পানবা হায়বসিবু অফবরা ! অচূম্বরা ! ফজবরা !

- হিংলগা লোইরে। ঐবু হিংহল্লিবা লম্বীদো অচূম্বনি, ফজবনি, অফবনি। য়ূম পানবা হায়বসি খোঙবু থিবনি। খোঙবু অমা কায়নরবদা অমা থিবা হায়বসি মশানা তাজবনি।

মদুদা মীয়াম্না করি হায়গনি ! মখোয়না ঙাঙনগনি, নোক্নগনি,

করেম্নগনি-ঢৌঙ্খী, মীনুংশি খঙদবী, অমচং নাইলবী, ঝাখল খেনবী।

- মীগীদমক হিংবা নত্তে ঐখোয়। মীনা ঙাঙনগে হায়না ঙাঙনরবদা নোংমা নিনী মঙাই।

চহী নিপালতা ঙাইরি ইবেমহলনা যুমপাল্লকপা। চহী তরাতরেত্তা ঙাইরিঙেদা মপূক্লীংনা তাজবা নুপাদা নুংশি ঝাইথুংলকখি। চহী অহুম হিংবগী মহাও লৈনা মপুরোইবগী শেগাদা অৱা অনা থুপ্না হিংলকখি। অদুবু পিক্লিবা মচা অসি শিনরমলগা পুন্সি সিমগী ওইনা চংশ্রে। কনাদা তাইনরুনি ! কনাগী মরাইবক্লা সি ওইহল্লিবনো ! মাগীরা ! মচাগীরা ! মপুরোইবগীরা ! কয়াম কুইনা মাগীদমক হিংদুনা লৈগনি !

- ইবেম্মা নচাসে চাউরক্কনু য়ারোই। ইনেনা লৈরিবমখেদি ফৈ। ঐসু শোনজিলক্লে। মতম অসিদা নঙনা মাগীদমক করি তৌবা ঙমগনি ?

ইবেমহল খঙই। করিসু তৌবা ঙমলোই মহাকপু নাকোং ঝাইচিলহল্লিবা, মহাকপু হেক উবদা চৈ-থাংলিবা মনে অসি নত্তনা মমা-মচাগী কনাসু লৈতে।

নাক-য়েৎ,মাং-তুংদা মহাক্কী অশোয়বা মীৎকুপ্তবু ঙাইদুনা লৈবা মীওয় কয়াসু লৈ। মনে অসি হেক লৈখিদবদা, মতু শোনবা মীওইবগী অচেংবতবু ঙাইদুনা লৈবা মীৎয়াম মরক অসিদা কিখি কিরুম হিংবা তাবনি। তুংগী পুন্সিবু হেক শাংনা য়েংলুবদা অকিবগী মশক ওইবা শরুফম কয়ানা মঙোন তন্না ফুজিল্লকই। মশা পূম্বা হুমাংনা পাখৎলি।

- করিগী নপূক্লীং অদুক শোহ্নগদৌরিবনো ? নশা নহানি। 'সিয়ৌরবদি পূকচেন চাউথোক্কদবনি। সিবু নঙনা ওইগে হায়দুনা ওইবরো ?

করম্বা মতমদা ঝাহেশিং অসি তাবগী অরোইবা নুমিৎ অদু লাক্কনি !

পূম্নমক লাইবক্কী ঝানি ইবেম্মা, ঐখোয়না তমবা ঙম্বা নত্তে। কনাসু কায়ননীংবা নত্তে। নঙসু নুপা কায়নরে, মহাকসু নুপী কায়নশ্রে। নহাক্কীসু মপা মশক খঙহৌদ্রবা নচানুপা অমা, মহাক্কীসু মমাগী খোম মপূক থম্না থকপা ফংলকত্রবা মচানুপা অমা লৈহৌরি। তম্বা ঙম্বা নত্তে, কনানা খঙবা লাইবক-শা তিম্নরুদুনা পঙনুং নুংঙাইবসু।

নুংঙাইবা ! থাজদে। শুকথা থাজদে। মখোল থোক্লা লাওরমই-
- ঐ করিমতা পামজদে। অসুম্না অসুমক লৈজরগে।

ফক্লাংগী ঘডীনা পূং য়েরকই । পূং অহুম মথায় তারে। পূং মরিদনি নুপা অদুনা লাক্কনি হায়বা ! থবাক্কী মিহুল তোইরকই । শান্নবা মখে শান্নরুরগা মতমবাক্কুদা কাখৎতুনা তুমথররে চোকথরবা মচাদো। ফমুংদা নীংথিজনা শুপ্নীরে ।

মিংশেলদুগী মনাক্তা অমুক চঙশিল্লকই। চোইজাইনরিবা মশমশিং অদু খোমগৎলি। মপূক্লীংদু লৈতাবদি ইয়া য়াদ্রি।

মমীৎতা শং শং উরকই তুংগী পুন্সি কয়া।

*

ময়ূম অমুক পাক্লে। অনৌবা মপুরোইবনা তাল্লকই, মহাক্তগী চেৎনা লীক্লা থমজরম্বা নুপী ওইবীশিংগী লন অদো। পীদবা ঙমগদ্রা ? শীন্নথোকখি অমত্তা খাক্তনা।

মাগী নুপানা ফাজিল্লমই মহাক্কী লাঙলবা মপূক্লীংবু- পুন্সি হায়বসি ’সি ঙাক্তনি। হৌজিক ঐখোয়না তৌগদবা হায়ববু হিংলিঙে মতম খরা অসি হিংবগী মহাও লৈনা হিংনবা হোৎনবা।

ইবেমহলদি খুমদে। তাদ মতাই। মখা তারকই মাগী নুপানা,

- হৌখিববু নীংশিঙলগা ৱারবা পুন্সিনা তেকখৎপা মতমসু লৈ। পুন্সি মনথনবগী মশক ওইবা অদুবুদি নীংশিঙলুদুনা কৈদৌরুনি।

হৌজিক ফাওবদসু ইবেমহল খুমদে। মপূক্লীংনদি য়াদে। অদুবু চীনবানদি য়ানীংবগী মতৌ উৎখি।

- অঙাং কৈদৌঙে লৌরুশিগে ?
হন্দক্তি ইবেমহলসু খুমলক্লে।
- ইনেগীদা অসুম লৈজশনুদা।
- ঐবু হৌজিক ফাওবা মীতোপ ওইনা লৌরিবরো ? হৌজিক ঐখোয়গী ইচা নুপা ঙাক্তা অনী লৈরে। করি ৱানীংঙাই লৈরি ?

মচাদু লৌরুরে। মচা অনী মতম্বাক্তা চাউরক্লে। ঙৈহাক অদু

ইবেমহল শ্বর হোন্দোকপগুম তৌই। অদুবু থংনবা মীৎকুপ্তা মাঙখি। হৌজিক্তা মতম্বাক্তা চান্না-চিন্ননা শান্নমিন্নরম্বা পিশক অনী অদো খঙচাউ চাউখৎলকই। ইখঙ খঙহৌদনা চোংথোক্লরক্তুনা লাম্বা তৌনরকই। খৎনরকই, লাউনরকই, চৈনরকই।

- 'সি নপাগী নয়মলা ? লৈবিনু চৎশ্রো।

থম্মোয় শেগাক কায়খি। পিগী অরোইবা লৈতে ইবেমহল। মীৎ পাঙনা পাঙনা মঙ মঙলুরে। খূদক্তা ব্বারেপ লৌরকইঐ শুকঙম ঙমলোই। মখোয়না লখা হায়দুনসু শুংচৎ চৎলোই।

মপান্দগী মনেদু ইফিং ফিংনা চঙলকই।

- কৈদৌরগে ইবেম্মা, নঙসি ওহোক্লা অঙাং মানখ্রে ! মী লাক্লে। ইনেবু অসুক ব্বাহল্লিবা করিগীনো ? নফিদো শেংচিল্লো।

ইবেমহল মনেদা ওনশিল্লক্তুনা খুমলকই,

- ঐগীদি হায়খ্রদুনি শুকঙম ঙমলোই।

- নঙনা হায়রগা হেক্তা য়াব্রনে ?

- ঐনা ইনেদা কয়ামুক য়াম্না য়েৎলবগে ? য়ূম অসিদা লৈহননীংদবগী ব্বা ওইরগনা ইদোম চৎচখিনি।

- কদায়দা ? কদায়দনো চৎকদৌরিববু ? ঐবু ফত্তবী তাহনগেসিরো ?

ইবেমহল শাওবনা মশাদু নিক্লে। হায়নি হায়রোই খঙদনা লাউরকই- কয়াদনো ঐবু য়োহোকপিরিববো ? ঐ হঞ্জিনগে।

মনেদো মমৈ নেৎলুরবা লিনগুম কামলকই। হোৎচিন্দুনা ইবেমহলগী মমায়দুদা খূবাক্লা থারকই।

ইবেমহল মখা তাদে। মনেদুসু মখা তারমদ্রে। থুনমক কা অদুদগী থোকখ্রে।

ইবেমহল মনেদা ব্বারৌখি। থোঙনাউ হাঙদোক্তুনা য়েংই। নুপাদু মনেগা শূন্নাং মতোন্দা ব্বারী শারি।

- ইবুংঙো নচলদু ঙসিদি মশা ঙমদ্রমাল্লে। মতুংদা ইনে পাউ অমুক চেল্লক্নে। অঙাংনিননে ঙাওনবসু খরা থি। মপূক নেমলগা মরাইনা ফজনি।

- ইনে ঐ লোইনা খঙই। মানা যানীংদ্রবদি নম হাদুনদি তৌবিরুনু। মানা অপাম্বদু তৌজসনু।

- নত্তে, নত্তে ইবুংঙো লান্না খনবিগনু। কৈদৌনা নম হারুগদগে, মপূকশি খবা লাঙলি তৌনি। মশা হেক ঙম্বগা ইনে পাউ লাক্নে।

ৱাজরক্নবী মনেনি। মমা মপাশক্না পিশক পিক্লিঙৈদগী নাউয়োক নাউকোল্লকপী মনেদা অদুক কনবা খোন কৈদৌঙৈদসু থাখিদ্রি। মনেনসু করিগুম্বদসু মঙোন্দা খুবাক্না শেৎ থাবা লৈখিদ্রি। থোঙনাউদগী অমুক লৈশিল্লকই। মচা নুপাদো ফমুং অদুদা ইশিশির্মখৈ তুমলি।

নীংশিঙলকই মনেগী ৱা অদো,

- মতম অসিদা নহাক্না মাগীদমক করি তৌবা ঙমগদগে! ●

# করিগী

## অদুক থেঙলক্রি

চহী তরেত- নিপাল মপুরোইবগা অসুক চান্না- চিন্নদা লৈমিন্নরক্লবা অসি ফাওবা লৈরিক মপুরোইববু পুন্সি চুপ্পা মাগীনি খঞ্জবসি ইঙম ঙমজদ্রি। মহাক্লা থাজে মনেমগী থম্মোয়নুংদা মংদুনা লৈরিবা লৈচিন নোংফাই অসি নোংমদি শোয়দনা অখাক অরাওগা লোয়ন্না চুথরক্লনি। মীনা মাবু ঙাঙনরিবা মনেম্না মাবু খোইদাদ্রিবা অসিগী মরমসু মহাক মুন্না খঙই। মদুমকনা লোইবা নাইদ্রবা লায়না অমা ওইদুনা মশা অসি অসুক শোন্থরক্লিবনি। পূন্নমক অসি লৈদুনসু মপুরোইবনদি য়ারিদনা হায়বগী আশাদা য়ুম অসিগী মৌ ওইনা লৈরক্লি। মদু নৎলমদ্রবদি লৈরিককী পুন্সিসু লম্বা শেংনরবী অমা ওইনা শম্বল খাদ্রবা লৈকোলগুম নীংবা কায়বগী মশক ওইরমগনি।

হান্ননা খরা নান্নীং-শানীং লৈবগী মথক্তা মথোঙ খঙদবা লায়না

অমগা অমুক হাপচিল্লরে। চৎপদি অদুমক মঙশ্মী। চাকসু পঙচা মচাই। ফমশেন্নদুনা নাবা নত্তে। অদুবু থবক ইনখাং শূবদি ইঙম হেক ঙমদে। পায়রুবা থবক অমতা মঙম শান্দে। খঙহৌদনা কোক হেক ঙাওই। ঙাইহাক অমুক পূক নুংঙাইতে। চাকচং লায়না কুচু ফজবী হায়বা মীনা নুংশিখিদ্রবা লায়না অদুমক্কি। মহৌশাগা খরা য়াদদুনা লৈবদুগী মথক্তা মনেমদুগী নুংশিদবী হায়বদু লোইরে। মানা নোমলিবসি কনামতনা থানবীরোই হায়বা খঙলবসু তৌফম থোকপনি খন্দুনা চেন্ন-চেন্না নোম্মী মীমান্নদ্রবা মপাঞ্জল শিজিন্নদুনা। মপুরোইবা হঞ্জিল্লকপনা হাল্লগনি খন্দুনা চাইরিবদু লোয়শিনগে তৌরুবনি। কোক ঙাওমনখিদুনা, খোঙ থাংবা থোক্তদুনা ফমুংদা চঙদুনা হিপথগ্রে। তৌগে হায়বগী মতাগুম মনেমদু পরপ পরপ থোক্লগা চাইরিবদু তাশিন্দুনা কোল-লিক অদু পুথোকপ্রে। লৈরিক উই। ঙমদ্রবদবু কমদৌনি হায়দুনা লৈথোক্লে।

মপুরোইবদু হঞ্জিল্লক্লে। মমানা কোল ফেঙলিবদু উই। নুংঙাইতবা অমা ফাওই। কন্না শাউবদি তৌদে। অদুবু ইমুং চঙখিবদা মাগী নুপীনা ফমুংদা হিপ্তুনা লৈরম্বদু উবদা ফ্রং শাউগৎলকই। মতম অসিদি লৈরিকসু খরা ফগৎলক্লবা তাঞ্জানি। ইকল কল্লে। মপুরোইবা লাকপা উবদা ফুক হৌগৎলি।

- করিগীনো নঙ অমা লৈনা লৈনা অহল অসিবু কোল ফেঙহল্লিবা ইকাইদ্রা ?

মপুরোইবনা হংলকই।

মমাদু কোল ফেঙবা লোয়দুনা হঞ্জিল্লকই। মাগী ব্রাদু হায়ফেং তাহৌবগুম তৌমাল্লে। লাউরকই,- এ ! হায়বিরুনু হায়বিরুনু মীনাইনুবী লৈরিদনা।

লৈরিক খুমদে। মপুরোইবনা মখা অমুক তারকই।

- অদু ফাওবা কান্নদ্রবদি নঙবু করি তৌনরুনি।

লৈরিক মমাই মমীৎতু ইঙাং ঙাংশিনগ্রে। মপুরোইবদি ব্রাহে অসি ইচম চম্না ঙাঙথোকখিবা ওইরম্বা য়াই। অদুবু লৈরিককী মফমদদি চাউরবা সনজীং অমনা নম্বুরকপদগীসু হেন্না লূম্না থোক্লম্মী। জ্ঞান মাঙলম্মী। অসুক কুইরবসি মপুবোইবদগী অসুক কনবা ব্রাহে অমতা তাখিদ্রি। মহাক্লা জ্ঞান লাকপদদি মপুবোইবা লৈরমদ্রে।

মনেম্না লৈকাইগী মীপূম খূদীংগী নাকোংদা শনদোক্নি- ঐখোয়গীদি ইমৌনি হায়দুনা কয়াৎ শুদবী অমা লোইরুদনা ইমীৎসিদা ইশু কৌবদা উবা ফংজদ্রে।

কনাগুম্বা লৈরিকপু নুংশিবীবশিংনা খুন্নম্মী- হেন্না ইবেমসা ঙাইঙমখিদ্রেমা, অদুক নহা ওইরিবা নমৌদুবু। আ: চহী নীফু শুরবা ফাওবা মপোকই পোকপু পোকউ হায়রবদি। মদুদা মানা নীংবা কায়না খুম্মী- নখোয়নদি খঙদ্রিবা কুচু অসি উরেদনা, শাগেগী মৌনি হায়বদা ইকাইরবনে ইকাইরবা। কনা অমনা মাগী মতেং পাঙলদুনা হায়রকই- হোই চহী তরেত নিপাল হায়রেদনা মম্মূম পাল্লকপা পোককে হায়রবদি ময়ারে।

অসিগুম্বা মীনোক মীঁচে পূম্বা থৌনা ফনা খাঙবা ঙম্মী। অদুবু ঙসিগী মপুরোইবগী ব্রাহে অসিমদি মীৎকুপ অমতং কাউগে হোৎনরুবা ঙমখিদে। চাইরিবদু লোইশিনগে হায়দুনা হোৎনরুই। কোক ঙাওই; মীৎ তন্দন পাই। অমুক ফমথে। খল্লি-নুপী অমা ওইনা ঐ হিংবগী করি কান্নরি ! মীৎকুপ অদুদা কা অদু ইঙান ঙান্না মুশুক মুশিনখিবগুম তৌই।

নরান হায়রিবসি মাগী মপুরোইবগী মিংনি। মমিং চৎলবা “মৈরি” কৌবা খ্বাইনা য়ানরিবা চেফোঙ অমগী ইচম চম্বা পাউমীনি। নহান নোংমা লাক্রম্বদগী ঙসি হুমনী শুরে মহাক্না য়ূমদা হল্লক্ত্রিবা। মানা অসুম হল্লক্তুবসি অনৌবা নত্তে। অদুবু হন্দক্কী খোঙফম অসিমদি চিংনদবা ঙমদে। কৈদৌঙেদসু মপুরোইবনা অরাপ্পা চৎলমদাইদা মঙোন্দা হায়রমদবা তৌদবনি ! মপুরোইবগা হল্লক্তুবনে, নহান ব্রাতা অমগা হাযরম্বদুনে, মশাগী হান্নগী লায়না অদুনে ময়াম অসিনা মরম ওইদুনা লৈরিক অনাবা লোয়রে। হৌখিবা নুমিৎ নিনী অসি ময়াদা কবি অমতা তারক্ত্রি।

অমরোমদা হৌখিবা নুমিৎ নিনী হুম্নিসিদা মনেম্না লৈকাইগী মীপূম খূদীংদা পাউচেল্লি- ইচাদো চেনখ্রে, হিংচাবীসিনা নৈবদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা।

অমুকখক্তি মনামক্না তাহৌরে -

- ইবেমশা নখোয়বু মাইবরা মাইবীরা অফবা অমতং তারকউ।

- কৈদৌননোনে ইনে ?

- হন্দক্তি কুমলায়নাসি পুন্সি লোমগদৌরিমাল্লে। অদুনা আজা পূজা খবা তৌদবা যাদে। চারোল শুরোন্দা হঞ্জিল্লক্তুনবা।

- ঐখোয ইনেসিমা, হায়হৈবা হাযহৈদবা,

- করিগী হায়হৈদবনো, শোয়দ্রবনি। অদুননে নুপী অ[illegible] তারকউ। ইমৌ ওইননবা।

লৈরিক তাবা ঙমদ্রে। মীৎলুদা পি চদুম চদুম শীন্থরকই।

ঙসিদি লৈরিক সিনি হায়নীংঙাই লৈতনা চোকথরে, নুমিৎ [illegible] ময়াদা করিমতা তরকতবগী। হন্দক্তি মনেমগী নীংবা থুংগদৌরিমাল্লে। মশীং লাকঙমদবা ব্রাহং কয়ানা মাবু তত্তনা ওৎলি। ঐহাকথক্কী মীগী মমা- মচা কায়নবা তারব্রা!

মনেমগী ইঙ্গিৎ, যুমগী ফিবম, মচাগী মতৌ পূন্নমকসি উরগা লৈরিককী মমানা হায়-নবুংনা আদা লাক্কো হায়। মতম খরা লায়য়েংনবা চৎলসিদনা।

লৈবিক খুমদে। খল্লি-ইপুরোইবনসু ইন্থোকপীরবা সমাজনসু কাওথোকপীরবা ঐবু হিংবগী করি কান্নরি!

মচা হল্লক্ত্রিবদু থিরিবনি হায়- মনেমদু যুমগী মখাদা ঙাইহাক্তা লৈতে। লৈরিক্কী মমানা অনাবগী সেবা তৌই। মাবু নুংশিবিবা লৈকাই মচে মন্দোল অমা অনীসু অনাবা হংলে। থেমসু থেমজিনর্বিরে। অদুবু কান্নখিদে। লৈকাই মচে মনেমগী মীচৈ মীনোক কয়াদা অদুক ব্রারৌ পুক্লৌগনদবগুম মখোয়গী থাগৎ ব্রাহে অদুসু মমল ইয়াও য়াওদে।

ডাক্তর কৌগে হায় মমানা, মবুংনা, লৈকাই মচন-মনেমনা, অদুদগী হেন্দোক্তুনা মনেম্মক নেক্তুনা হায়হল্লি। লৈরিক শিরগে মখৈ য়াদে। পুক্লীংদদি শোল্লি -নখোয়না পাল্লিবদু শোয়ররোই। ঐ হিংলরোইদৌবনি।

লৈরিককী কা অদুদা নুপামচা অমখক পরপ-পরপ চেনশিল্লকই।
- ইতৈমা! তা নরানগী চিঠি- অঙাং অদুনা হায়রকই।

লৈরিক মীৎ খংপাঙ পাঙথোকই। লেঙবা ঙমদবা ঙকতু থাঙ্গৎলি। মপান্দগী মনেমদুসু চেনশিল্লকই। অঙাং অদুদা চিঠি পাহল্লি।

ইমা চৎলমদাইদা কনামতা তাক্লমদ্রে। অথুবা খরা লৈদুনা। ঐ হৌজিক থৌবালদা লৈ। লৈরিক্তো য়াম্না মীপাই চাউবনি, মঙোন্দসু খবা হায়বীয়ু। অপঙবীনি ম্রহাক পঙ্গঙাঙ ঙাঙবিরম্লু। মরাইবকসু থীরবনি

মপুম্বিগী ! মসিমগা মঙোন্দা তম্বীয়ু-ওাইবা করু ! শাউবা থুগনু । ঐ হুয়েংমক লাক্লবা তৌরক্লগনি।'

লৈরিকতো পি চদুম-চদুম শিংছে । মপুরোইবগী থাগৎ থাহে অমা অনীদুতং তাবদা হকচাং অদু ইকল কনখৎপগুম নীংই ! মপুরোইববু শেরান্না লৌদুনা হকচাং কিম্বহল্লুবা থম্মোয়বু নিন্দা তৌজে ! মনেমদি ফৎ লাউনা কন্দুনা থা অমতা ওাঙলমদনা কা অদুদগী থোকখ্রে। অঙাং অদুনা পীরম্বা চিঠি অদো মশাদা চেৎনা কোনশিঞ্জরদুনা পি মরিক মরিক শিংছে। চীনবান্দা অর্থ চেম্বা মীনোক অমা থব্বায় তানা নোক্লকই।

মাগী নুপীনা ওইরকলিবা শোক্লবা ফিবমদু উবদা নরান কিদবা ওমদে। অদুগুবা ফিবমদু য়ৌর ফাওবা কনাগুম্বা ডাক্তর নত্রগা মাইবা অমতা য়েংলমদবদুদা মমাবু, পুম্নমকপু থারৌই।

ডাক্তর অমা কৌরুরে। কা অদু মীনা পিক থল্লি। অদুবু ইচিক চিকই। পুম্নমক নুংগী মূর্ত্তিগুম লেংদে। মীৎলু খূদীংদা নিক্লি-নিক্লিবা পি মরিক মরিক শিংছে। ময়াম মবক্তুদা লৈরিক্কী মনেমদি য়াওদে। হকচাংদু পায়দুনা কয়াবক য়েংলবা তুংদা ডাক্তরনা হায়রকই- হিদাক থাব লুদৌবি।

- হায়বদি ডাক্তর ?

নরান নুংশা থীনা হংই ।

- নুংশা থীবিগনু, ডাক্তরনা নোকফেৎ তৌদুনা খুম্নকই- থা খরগী মতুংদা মরান বাবুখোয়গী মী মশীং অমা হেনগৎলক্লগনি।

- অচুম্বরা ডাক্তর ?

ময়াম অদু ইখং খংই, মপান্দগী লৈরিক্কী মনেম্না লাউরদুনা চঙশিল্লকপদুদা।

- অচুম্বনি অরানবনি হায়বা থা তরুককী মতুংদা।

ডাক্তরনা খুম্নকই । য়াছুরিবা পার্দাদু ফাওদোক্তুনা লৈনম পুরবা লিরিবা নুংশিৎনা মতাং চানা শীৎচিল্লকই। কা অদু লৈনম্না থনখি।

লৈরিক ফিবম ফরে। লুখাক-চগুম ইচাই চাইদুনা লৈকল্লুদা য়েংবা নুংঙাইত্রমাল্লে। শোল্লি শোল্লি হৌগত্তুনা কোন-লিক্তু ফেঙদোক্কে তৌরুই।

কদোমদগীনো খঙহৌদে । মনেমদু হোৎচল্লকই মথবাক্তা খুদুম

শুরদুনা লাউরকই- ইমাইপেম্মা ! ইমাইপেম্মা ! মাঙলে মাঙলে শকথিবী নঙবু কনানা কোল ফেঙউ হায় ? চৎলু মৈফৃ থাগৎহৌরবনি নখোঙদু ঈংহনগনু ।

মখূৎতগী কোললিক মুনখি । মাবু পাউতাক পীবিরিবা মহাক অসি মাগী অৱাবদা নোক্লগী মনেমদুনি খল্লুবদা মোমোন নোকচৈ । লুতুংগী শময়ামদু থবাকলোমদা ইশন শন্দোক্লগা নাল্ল নাল্লদুনা মৈফৃ মনাক্তা ফর্মথে । ফোঙদোক্তবা নাপল অমা কাঙলকই- ঐবু মমা নত্তে হায়বা ঙমখিগদ্রা থা খরগী তুংদা ! হৌজিক্তি থাজবা ঙমলে লখা নোংলৈ নুংশিৎ লাক্তুনসু পুন্সিসিমগীদি মপুবোইবসি মাগীনি । খোঞ্জেল থোক্লা হংলকই তবংদা

- নহানৈঙনা লাকপদি কৈদৌই ! ●

# অসুম্না পুন্সিদা

নবেম্বর ১১, ১৯৬১ ইং: কৈথেন্দা, খুল্লক্তা, লম্বী-লমখাংদা মখল মথেলগী ফিজেৎ লৈতেংদুনা চৎলিবা, নুমিদাংব্রাইবমদা কৃষ্মেশঙলোমদা কেনা- লেন্নদুনা হাইগৎলকপা ইশুং ইমান্নবশিং অসি উরগা ঐনা খল্লি-পুন্সিদা অসুম্না চৎথোকপসি ফংলকখিদ্রা ! ফংলরোই খক মঙদা ফাওবা। শেল ফনা পায়দুনসু ঙমসু ঙমজরোই, ইতিক ইঙান য়াওদনা ফিজেৎনা মপাল শাবা। অদুবু ঐসু মীনিকো ইখোঙ, ইখূৎ, মীৎ, নাকোং সুনা পানবা মাগুম্বা।

- ইবুংঙো নঙবু বেডি থক্কেরো ?

তুংদা ফমলিবী অহল অদুনা হংলকই।

- থক্রোইদা ইমা। ঐনা খুমই ।

- সে থকউনে চুবিরক্লগে।

অহল অদুনা চন্থীরকই। ঐনা খুৎ তিংখোকপগা মানা বেড়ি লাল্লকপগা তান হেক চান্নকরমাল্লে, অচাকপা বেড়ি মতোম্দুনা ঐগী খুনমদা হেক চুরে। ইখৎ খংনদুনা হন্দোক্লে।

- ইহে ! চুপ্রমাল্লে, শাররিনিদো।

অহল অদুনা শোল্লকই।

নোংমা, থব্রান থানি, ঐগী মমতাজনা মপামদা লৈরিঙে, থেঙলবা অহিংদা, মা ঐ ফম্মীন্নরিঙেদা খঙহৌদনা উথক্তা লম খুনু মতৈ-মনাউ চিক্লবকপগী শাফু কল্লবা শাহম তাবদা, অকি তুজুংলবা ঐগী মমতাজনা ঐঙোন্দা চেজেৎ কোনশিল্লকপা, কিবা ফববা কান্দা ইকাইবিবনি হায়দুনা খংহন হন্দোক্লখিবদু নীংশিঙলকই। বেড়ি লৌদুনা থকই।

- ঙসিগী কয়াদি তাজরে ?

অহলদুনা হংলকই।

- মহাজনগী পীগ্রগা লূপা তবা মরিমুক্তি লেপ্পগদ্রা খল্লী।

- ফবে। ফরে। খরবু মরেমজরবদি।

- রিক্সা ! কদায় য়ৌগদৌরিনো ?

লৈবক মচীন্দগী নহা অমনা লাউরকই।

- য়ৌরে ! য়ৌরে ! হৌজিক কালগী নহারোলশিনা খোন্দা থিবনবু।

অহলদুনা খুম্নকই।

- ঐবু অসুম্না কৌবা ঙল্লিবা মখোয়সে ইমান ইমান্নবা ঙাক্তনি। মসিদনি ইমা ! ঐখোয়না পুন্সি পামুরক্লিবসে।

- য়ৌরে ইবুংঙো

অহল অদুনা হায়রকই। গাড়ী থামই। বা ইঙাঙ ঙাঙনদে। মখায় অমা পীরকই ! অরাপ্পদা অহল অমসু কৌরকই।

- এঃ অহল অসিমগা হেক হাপগ্রো। ইনাক্তগী অহলদুনা মখা তারকই !

- শেলগী ঙাক খনবা য়াদে ইমা ! লম্বী হান্না শেংবা তাই ! আদা অমা লাউহৌরিবদু তাবিরেদনা ?

ঐনা খুমই।

- অমদা কোক চংলমলবদি ?

- চংলমগ্রবদি মীচে নত্রগা নুংঙুম।

- হোয়নে অদুসু।

অহল অদুনা শোলহৌই। ঐ তাশিন্নদনা থৌরমই । অহল অদুনা হায়রম্বা অদুমক থোকই । নুপাদু লৈরমদ্রে ।

খল্লি। খুদানা ঐবু শেম্বীরিবসি করিগীনো! শেনতনা পুন্সি থাক লেপনবা দুনিয়াসিদা, লায়র-চুদংনবা অমা ওইনা! ইনাক খুনবা, মরাইবক কবশিংগী চাং লেপ্পবগীদমক্তরা!

-রিক্সা! ঐ য়াওরগে।

ইমাঙদা চংলিবীদুনা হায়রকই। খামই। কাখংলকই। রা ঙাঙনদে। গাড়ী থৌবা হৌই।

- কদায় য়ৌগদৌবনো ?

ঐনা হংই।

- কৈশামপাং ! কিবরো ? ঐ য়াওরি কৈসু তৌরোইদা।

ফিজেং লাকচেং, রাঙাঙ - শাঙাঙদা নুংঙাই য়াইফ ইমুংগী মচা-মশু ওইরম্বা য়াবগী মমি তাবা শাবান ফজবীদুনা খুমলকই। তশেংবমকসু ঐগুম্বা অমদগীদি নুপী লক্তা পোক্তুনসু, শেন্না চৈঙাক ওইবা মখোয় অসিনা হেন্না থৌনা লৈ।

- অফিসতগী অসি ফাওবদং লাকপদা কপ্পাক মখে লৈহৌরে।

মানা মখা তারকই রাঙাঙগী লিরি খোইরিবনে, শাবানগী নীংথিজবনে, ফিজেংনে, শাজংনে পূমশুম শুক্নংলি। ঐগী মমতাজসু অসুম্নকা শেং- কেরবদি মখোয়না পঙহেনদি হেল্লোইদ- ঐনা খল্লি। অদুবু মসিমদি শোয়দ্রে। পুম্নমকপু শুক্নং ঙম্বা ফজবা অমদি মহাক্কী লৈ। ঐদি অমুক্তবু য়েংগে ঙমজদে। অদুবু অদুক শাংনা চংপদু কনামতসু মাবু য়েংদনা চংথিবা য়াওদে। মানা মরম ওইদুনা ঐবুসু।

নহা অঙাওবা খরা বাজার য়ৌরমদাইদুদা থেংনৈ। মখোয়না লাউরকপবু

-রিক্সা! মদু থাদোকখ্রনু হে! নয়ুমদা অদুম পুন্সিনজগ্রো।

পূম্নমক ইতা তানৈ। ঐদি তূম্মীন্না লৈয়ে। মানা মখা তারকই,

- অসি লাউহৌদ্রবদি হোয়েল চাক চঙলোইদৌরিবনি।

ঐ খুমদে।

মানা মখা অমুক তারকই - অশুক শাংনা লাকপসি, ঐনদা পাংঙাঙতা ঙাঙই। তাদসু ৱারীরা করিনো অমতদি মহৌদোকপিরকউ, লম্বী তেম্নবা।

কদায়দা চৎপ্রবনো অদুঙৈ মমতাজ মহাকথক লৈখিবা থৌনাদুবো ঙাঙগন শক্কনবগী! ঐনা খুমই - শাথবীরকউ তাজরিয়ে।

কৈশামপাৎ থোং হেক লানথোকপগীদুদা মহাক্লা হায়রকই- অয়ূক পুং মাপলগা শুমকানগা খরা লাকপিবা ঙমগদ্রা? রিক্সা ৱালানা কৈদৌঙৈদসু শেনমিদি নানথোকহনখিবা তৌদে। থীনথবা তৌদনা খুমখি- হোয়।

*

- হয়েংদগীদি চাক খরা ঙনখৎপা তারে। অয়ূক মী থিনবা চৎকদৌবি। ঐনা ঐগী নুপীদা হায়। নিংথম থাগী ফনা ঈংবা অয়ূক ওইদুনসু ঐগী মমতাজনা ঐগী য়াথং খক হীক্তোকপা তৌদে।

*

নবেম্বর ১২,১৯৬১ ইং: হাননা শেৎলম্বা লোংগ্রী অমসুং মোজা-ফূরিৎকী মহুত্তা ফূরিৎ- পাইজমা অহনবা লিৎলদুনা থোরকপদু উবদা ইমানা হংলকই- গাডী থৌবা চৎপবু অদুক কেনা চৎপরো?

ঐ খুমলমদনা থোরকই। ঐনা অসুম্না ফরক কায়না কেবসি উবদা মপূক্লীং খজিক ৱারৌমালে ঐগী মমতাজদো শাউরংননা ঐগী লম্বী য়েংদুনা লৈহৌই।

*

ঙসিদি মানা খরা হাল্লমলে। য়ৌফাত্রিঙৈদা মরৌ লৈবা মীনোক অমতং হাইফেৎ নোক্লগা লাউরকই- ঐদি লাক্লরোইদৌবোই নীংলুরে?"

- হয়েংদগীদি ঙম্নবা তৌজরক্লগে।

ঐনা খুমই। খরা চৎলগা মানা মখা তারকই, - কেথোক শেংতোকলকপকাদি য়ায়া পকচরিগোংনিকো, সৈত্য। তাদা ঙসিদি ঐঙোন্দগীদুম নহা ওইথোক্রেকো।

- কদায়দগীনোদা!

ঐনা খুমই।

- কেবিয়ু হায়রিবনে ইমায় ওইজনবা ইতেং পাংজগে, লৈহাউসিমতা ফুরিংখাউদরা করিনো হাপচিনবিয়ু, মনম নুংশিনবা। পুন্সিসিদি খরা নুংঙাইথোকদৌবনি তাদা।

অসি হায়রগা শমজিদগী লৈহাউ অমা শংতোকলক্লগা ঐঙোন্দা লাল্লকই।

*

নবেম্বর ১৮, ১৯৬১ ইং: ইনৌ নৌনা পুন্সিদা চেনা অমা হাংলে। য়ারী কয়া শাখি মখল মথেলগী। ইমুং মনুংগী নত্তে ইমাঙ মমাঙদা থোকলিবা থৌদোক য়াথোক কয়াগী। করি করিগুম্বদনা মা ঐগী লনাই দইরি কয়াসু ফাত্তোকনখি। অদুগা করি করিগুম্বদনা পূমনৌ নৌবা দাইরিগী মচাক অমসু ওইখি।

*

মানা হংখি--তাদবু য়ুম পানবিরব্রা? য়াহং অসিবু মানা হংলক্লিবা করিগীনো! ঐবু তু চুংহনখি। মতমপাক্তা শিক্লবা অঙাং অমা ফৈবম্মদুনা মায়োক্লহৌরিবী ঐগী মমতাজ মমা মচাবু নীংশিঙলকই। মদু পূম্নমক নমথদুনা ঐনা খুমই --পানজদ্রি। করিগী ঐনা ওইদবা ঙাঙখিবনো! ভাব তাবা য়ানা থোকই। মাগী লৈনম চেল্লবা লৈহাউদুগী ময়াইনরা!

*

নবেম্বর ২০, ১৯৬১ ইং: ঐনা মোনপাক মখাদা থম্বা লৈহাউশিংদু ঐগী মমতাজনা থেংনব্রে। য়ায়া পূক্লীং নুংশি খোম্বাংনা হংলকই,

- কদায়দগী লৈহাউ ময়াম্লো?

ঐ খুমকম খঙদে। ঐনা ইথৌ থৌওইদবা মতৌদু উবদা মহাক্লা

শাউরংননা মখা তারকই

- অদুম্না লোঞ্জা লোষ্টুপ্পনা তৌগদৌবগী শরুক হেক পৃশিনবিরকউ, সেবা তৌমিন্নবা।

মনীং মমাঙ থৎলগা বা ঙাঙবসি মাগী হৈনবীনি। ঙাইহাক লেপ্পুরগা অমুকসু ঙাঙলকই।

- ঐ লৈবনা য়াম্না কায়রগা, থিনবীরম্রো, হোরেন হল্লকপদা মশাসু কৈসু পুরক্নবা।

মাগী ৱাঙাঙ অমমম্না থম্মোয়দা তাশোম্না থিনবগুম পাল্লম্মী। হায়গে খন্না হায়রুবদি নৎতে চীন্দা লাই তোংবগুম হায়দোকখি,

- চৎনীংলগা চৎখোদনা।

মহাক কপম্রে। ঐ থেন্নুবা তৌদে। খঙ্ খঙ্করগা ঙকই। মাগী চুং-ফিরান চারবা শাবান, মহুচেনবা ৱাহৈশিং অদু উরু তারুবদগী ওইরক্কিবা অওনবসি, হেলোই ওক্লবদৌনা। মীৎ অসিদা মাবুতা উদুনা লৈখরে। মানা ঙাঙলম্বা ৱাহৈগী অর্থ হন্নবা হোৎনবদা ইথৌ পূম্বা শীংলে। ঐগী মমতাজবুনা মমল য়াওদ্রবা অমগুম খল্লক্লে।

*

নবেম্বর ২৫, ১৯৬১, ইং : ঙসি ফংলকপা অসি থারগা লৈহাউ তরা পুরা ফারে। মীশিং হেনগৎলকপগুম ঐগী মমতাজগী অশাউবা নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি। ঐবু উরগা শাউরং-ঙৈরংনৈ। মরম চাদনা কোল্লীক মখোল থোকহল্লী। অঙাং নিংঙাই তৌহল্লী। চৎলমদাইদা কা মতপ অহাউবা অমমম তপলম্বদু তোকখি। ঐসু তাল্লুবা তৌদে। শাউবসু ঙমদে, মরমদি মহাক্কী মফমদা ঐ ইরান লৈরে হায়বসি ইশানা য়াজে।

*

ডিসেম্বর ১, ১৯৬১ ইং: অয়ুক অঙনবদগী মুরুম মুরুম শোল্লকপসিমনা, চৎলমদাই য়ৌরবসি ফাওবা লেপ্পা লৈতে। ঐ শাউদবা ঙল্লক্লে। ঐনা লাউই - হাই ! অদুম হায়না মুরুম-মুরুম শোনগদৌবগী শরুক তৌনীংদ্রগা তোকউনে। য়াম্না ৱাদ ৱারগা নঙনা নুংঙাইদৌবা মফমদা চৎচম্রো।

- চৎলনি লৈজনীংদে করিসু। হাকুম কায়খিবা ঐগী খুদোপতু শিংলকউ।

- অদুদি থীবোঙ চাবদা চঙখিবা নত্রো চাক্তাং কুমদা ? ঐ ইথন্তা চাখিবদি ওইরিরোই।

অসি হায়রগা ঐ অদুম থোরক্লে। ইমুংদা গ্রোং গ্রাং করি-করিনো তৌহৌই। পোৎ য়োমলিব্রা করিনো।

লমজাউ হেক য়ৌখিবদা মাগী বা কাউই। নহাল ঐখোয়গী লফোয় লৌউ অমা মুনবদুদগী খরা য়োনখ্রগা, খরা অমসু চাপ্রগা লফাং মরিদং মপামদা পুজনবা লোৎচমাল্লে। অনীখক ঐনা পুথোকপিরক্লে। গাড়ী থৌনা খল্লী-করিনা বাহৌ ওইরগা পীগনি, পীরুরগা লৌ হায়বা য়াদ্রবদি !

অসিনচিংবা খন্না খন্না লাকপনা থোঙ্গাল য়ৌখিবা খঙহৌদে।

নম্বর থাদ্রিবা, নম্বর প্লেত্তা বাহি খরদি থাবা অতিয়া মচুগী কার অমা কোয়োংদা থৎলম্মী। কুমথৈ। থুংবগা ইকান কান্নখিদে, মহাক থোরকই। ঐবু উখি। অদুবু কৌরমদে। কারদুদা কাখৎখি, গাড়ী থৌখি। ঐ তিঙক মায়ঙক্লদুনা লৈহৌই। অসুম্না চঙক্লরিঁঙেদা মীয়াই চল্লবী নুপী অমা থোরক্তুনা হংলে

- ইবুংঙোরা ঐখোয় সখিগী রিক্সা বালা হায়বদো ?

য়াম্না হৈনীংদনা ঐনা খুমখি-উম।

- নুমিৎ কুননিগীনি হায় লূপা কুম্লাখক পীরম্মী।

অহল অদুনা মখা তারকই-হয়েংদগী লাকত্রবসু য়াররনি।

হকচাং অসি ইপঙ পঙথখি। বা অমতা ঙাঙলমদে। শেন্দু লৌরগা অদুম লাক্লে।

লপ্বীদনি। অঙাং খরনা লক্লরকই

- ঙসিদি নঙগী মেম সাহেব য়াওদ্রেনা ?

খোয়দৌ অসি অশুম-অশুম শাউগৎলকই। হকচাং অসি ইতন তহৈ। খল্লী।

মহাক্তুবু চৎলমলগদ্রা, শাউরিবনিকা হায়দুনা মপামদা ? ●

## ওমচাক্লবা

লম্বী অচৎ অওব্বী মীনিল অমসুং বস থাদোক থাজিনগী চরাংনবা খোঞ্জেলশিং অদুনা ইবেমহলবু মিংকপ হেক হেক থোকহল্লি। মাগী নুপানা হল্লক্লোইদবা লৈরবদি নুমিৎ অদু ফাওবা মিংকপ শুকথোক থোক্তবনা হেন্না পাল্লবনি। মফি-মরোলগী চেকশিনবা লৈতনা অমুক চেপ-অমুক লোং, ফক্লাং মরিগী খুরবা কা অদুদা মথন্তা ফাদোক অমগুম ওনথোইনা খাওই।

মমায় অবাং ওল্লদুনা মমীৎ তরু তরু পাওনা ফক্লাংদা চুম অমনা তিন-কাও ফাদুনা চারিবদু য়েংই। মশাদু ইহে হৈনীংদে।

- ইতেমা! ইতেমা! মপান্দগী খোঞ্জেল অমনা কৌরকই।

মসিসু অনৌবা নত্তে, সেবা হোটেলগী তোম্বনা চা পুরক্লমগনি।

খঙনীং নীংশিঙলকই, মহাক অয়ুক্কী চীন-য়া শেংদ্রি। লাডাখ

- ঙৈহাক লৈরগা পুবকউ।

মখা অমুক তাথদ্রে। বাথ কমদা চঙখি। থোরক্লগা নুংতিগী মতৌগুম মফি হোংই। থাউ মনম নুংশিবা তৈশিল্লি। পীগুম য়েকশিল্লি, চীনবান শঙজিল্লি। মমাঙদা থারিবা মিংশেল অদুদা চেপথ-পৈথ য়েংলদুনা মশম হাংলি। অমুকসু কৌরকই

- ইতেমা ! চা।

হন্দক্তি থোঙ হাংদোক্লুনা চা লৌই। তোম্বনা চৎকদবগী মায় হেক লৈথোকখিবদা করিগুম্বা অমা খঙনীং নীংশিঙলক্লুনা কৌই,

- তোম্বা !

তোম্বা ওনশিল্লকই - করি হায়গে ?

- নখোয় তাদ কোইদু কদাই চৎখ্রে ?

- নহান্দগী থেংনখিদ্রে।

- নঙনা করি করি হায়রুবে ?

- ইতেমনা য়াম্না শাউই। অদুগুম্বা ব্রাখল খনগনু হায়রকই হায়না হায়গ্রবনি !

মখা তানা হংথদ্রে। খঙই ব্রাহে অদুতনদি ওইরোই। তোম্বনা খৌদোকশিং অদু অমতা চিথদমখে তমলমলগনি। শাউবদগী ঙাঙথোকখিবা শুপ্লগী ব্রাহে অমা-অনী অদুনা অসুক তমথিরক্কনি হায়বা করম্না থাজরগনি !

❀

কৈশামপাৎ হেক মচীনদা সড়ক মপালদা মমায় মখা ওন্দুনা শারিবা য়ুম অদুগী মথক্কী উপু মওংগী কা অদুদনি ইবেমহলনা লৈরিবা। মখাদদি পোষ্ট ওফিস নত্তুগা টেলিগ্রাম ওফিসতা থবক তৌবা বাঙ্গালী ঙাক্তা লৈ।

ইবেমহলগী অশেংবা য়ুমদি থৌবাল অথোকপমদনি। মমা মপা, মনেম-মকু অমতা চিংথদ মখে লৈরি। অদুবু হল্লকপী মৌ অমা ওইনা মপামদা লৈরদৌ শরুক, মপুরোইবা য়াওদনা নুপা ময়ুমদ লৈরদৌ শরুক, অৱা অনা পুম্বা খাঙজরগে হায়দুনা মপুরোইবগী তুংইল্লকপনি।

মহাক্কী নুপাদু সিকাইনি। ফনা কুইরে থবক তৌরকপা। লাইরিক লাইগু অদুক হাকনা হৈজদ্রবসু মথৌদা মপুক্কীং চঙজবনা অমসুং মথৌনাতনা

জমান্দার লাওবদি শাজরে। অদুবু মফম অমতদা খন্না শাংলা, নে-না তানা লৈবদি ইফংমক ফংলকত্রি। তরানিনা ইস্ফালদা, কুননিনা পলেন্দা, তরা মঙানিনা পাঙ্গেদা । নোংমা লাক্কনি, নিনীগী অয়ূক্তা চংখিনি। হুমনি লৈরমগনি, মঙানিদি হল্লকলোই।

অদুনা ইবেমহল অহিং অহুম মরি ফানা নে-না তানা মপুরোইবগা লৈমিন্নজবা ইফংমক ফলকত্রি। হায়রুরগা খুলক্কনি

- ডিয়ুটি ইজ ডিয়ুটি। ঐবু থবক তোক্লো হায়ব্রো ?

হন্দক ইস্ফালদা লাক্কুনা লৈরক্লিবসি থা অমা ফাজিল্লক্লে। লৈবা নুংঙাইতে হায়দুনা হোংলকখিবনি। অদুবু হামু হামুনি। কনাগা ব্বারী শারুনি ! কনাগা লোয়নরুনি ! নুপা চংথোকখিঙেদা নুপীনা মপান থোক্কুনা অতোপ্পা শঙখঙদবা মীওইশিংগা ব্বারী ব্বাতাই করম্না শারুগনি ! অদুনা ফক্লাং মরিগী খূরবা কা অসিদা অসুমমক লেনবা তাবনি। ঙৈহাক অমা রেডিও তাগনি, ঙৈহাক অমা মেগাজিন ফাক্কনি, কাতু-কারন অমুক চংকনি। অয়ূক্তা ঙাইগনি নুংথিল ওইরকপা, নুংথিলদা ঙাইগনি নুমিদাং ওইরকপা নুমিদাংদনা ঙাইগনি নোংঙানবা।

ব্বাদ ব্বাশিল্লক্লগা থোঙনাউ হাংদোক্কুনা লম্বীগী অচং অওক, সিনেমা য়েংবা হাইগংলকপা নুপা-নুপী, য়েংউবদগী হাইদোরকপা মকালামলবা মায়থোংশিংদু য়েংগনি। তশেংনমক, নোংমগী মনুংদা নুংথিল তংখায় অমদি থোঙনাউ অসিগী মপান তাংগনি। অদুবু ঙসিদি থোঙনাউ অসিনা শাথিনা ওৎলরে।

থোঙনাউ অসিদগী মখা পাংনা হেক য়েংথোকখিবদা মোটিলালগী পানদুকান লৈ । নোংহেক ঙানবদগী নুমিদাং পূং নিপাল মাপল ফাওবা দুকান অসিগী নাকন্দা থারিবা ফানশাং অদুদা নহারোল কাঙবু কাঙবু ফমদুনা লৈগনি। মখোয়শিং অদুগী মরক্তা রনবিরসু অমনি।

ইবেমহলনা নুংথিল চুপ্পা অমা থোঙনাউ অসিগী মপাল তাংবগুম, রনবিরগী মীৎয়েংফমসু থোঙনাউ অসিনি। অয়ূক পূং তরেত্ত নিপালদগী হোংবা লৈত্রবা ফিজোন্দা চুরুপ মচৈ অমা চিংলদুনা চীংলেম্না, অনী-অহুম নত্রগা মথন্তা ওইরবসু মফম অসিদা লেনদুনা থোঙনাউ অসিনা হাংদোক্লকপদু ঙাইদুনা লৈগনি।

মহাক্কী মতৌদু উরগা ইবেমহল মপুক্রীংদা শাউই- মথৌদি লৈত্রবনিনা। অকাম্বা মমীং মনাদু উরগা খোইশাওনৈ। মহাক লৈরমগনি খনবদা থোঙনাউ হাংদোক্কদবা তল্লি। মতৌ অদুদা করিগুম্বা মতমদনা নোক্লীংলকপসু য়াউই।

নোংমদি ইবেমহলনা তোম্বদা হায় - পান দুকান্দা লেপ্লিবা মকোই খাকপা নুপা অসি খঙব্রা ?

- তা বনবির। কবিগীনো ?

- করিশু তৌদে। ফনা ঝারমগনি লেপ্পদা।

- ঐখোয়গী লৈকাইদগীনি। লাইরিকসু হৈবনি। খঙদে থবক অমতা তৌদমালে।

ঝাহে খবা অসিদগী ইবেমহল খরগী মখৈদি লাম্বা ফংলে। নাইতোম তাবা, মতম লেনফম খঙদবগী খাঙ্ঙমদ্রবা চৈনানা পাল্লবা অমনা নাইতোম তারবা মীওইবগী লেনফম তৌফম খঙদবা পুন্সিবু করিগী খঙলোই। নুমিৎ অদুদগী ইবেমহলগী নুংগী ঈচেলদা রনবিরগী শরুক য়াওবা হৌখি।

মহাক্কা নুপা অদুগী মরমদা হংঙি হায়বা তোম্বনা তমলে হায়বসি থংনবা মীংকুপ্তা তৌরক্কিবা থবক্কা অমসুং মওংনা খঙবা ঙমখি।

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা নুংথিল অমা তোম্বা চংলকই

- ইতেমা ! ইতেমা !

- কনানো ?

-লালমোহন পুরকপনি।

- ঐদি হায়দেনা।

-তা রনবীরনা পীরকপনি। অসিমগা পীরকই।

ইবেমহল খাই লাওই। চে অদু পারম্মী। চৈগী চৈনা ফংলবা লিলনা মকোক হায়গৎতুনা কাম্বগুম শাওবনা ফি- ফি কাম্রদুনা চে অদু মচেৎ- মচেৎ শেগাইরম্মী অদুগা হায়রকই - শে পাউখুম্লি হায়মু। করি থোকই হায়দুনা উশিৎত্রিবনো ?

*

নীংশিঙলুরগা তৌফম খঙদে ইবেমহল। মপুক্রীংদু ইরাং, লাংই।

নীংঙমলক্তে। তুন্মিন্না অদুমক তেকথোক্লন্না য়াবনি। অদুবু মথন্ত-থেমজিনজরম্মী-মহাক্লা ওইনীংবা অমা ওইখিবদা ঐগী মাঙজবা করিনো!

রেডিও থাগৎলি। ফমুংদা ইতন-তন্থন হিপখি। অমুকসু হৌগৎলি। টেবল মথক্তা তারিবা চুরুপ্তু মচৈ অমা শৎতোক্লগা চমখৎলি। খনাউদি য়ৌহন্দনা ফু-ফা, ফু-ফা চিংই। মৈখুদু কামথোক্তুনা শান্নে। থিংবা ঙমহৌদ্রে- মৈখু চবুল অমা খনাওদা য়ৈখ্রে। মপি ওরো ওরো তাবা মখে লোকখুবদু খাওই। ফনা শাংবা মতম অমদি মদুনা হৌহনখ্রে।

ফাকমনবনা মল্লবা এলবমদু অমুক ফাকই। অদুঙৈ লৈশারিঙৈ মমান্নবীশিংগা নম্মিনখিবা ফোটোশিংদু উরগা মপূক্লীং অদু ইনৌ নৌথোক্লম্মী। মতম অদুগী পুন্সিগা ঙসিগী পুন্সিগা কয়াদা খেন্নখ্রবা! হংলিবশিমক পুন্সিনি। তগৎ তগৎ তেক্লিবা সোবিতাগী ফোটোদু উরগা, নোংমা মখোযদা চৎলুবদা ওইহৌবিবা সোবিতাগী ফিভমশিংদু নীংশিঙলকই।

সোবিতা অঙাং অমা পোশিল্লদুনা ফৌ শুদুনা লৈরম্মী। ইবেমহল উবদা ফৌশুরম্বা লেপ্তুনা চেহ্নোবকই- কদায়দগীনো তৌরকইশিদি ?

- লাকপা য়াদ্রববো ?

মাঙ্গোল অদু ফিদা থাফম ফাওবা লৈতে। ফক অমা পুথোবকই।

-কৈদৌ লাকইনো ? মথোং চাপোৎনতে, ফমফমকা অমত্তা লৈতে।

- লৈবিশিদি। ইতা তাখৎলদনা।

- ঐদি কনামতা চঙহন্নীংদে। কমদৌরি ? নুংঙাই য়াইফবা ইমুংগী মৌ ওইখ্রবনিনা ঐখোয়কা নীংশিঙবিপোৎ নত্তে।

- ঐদি নীংশিঙদুনা লাকপু লাকইয়ে ইবেম্মা! নঙবু নোংমতা লাকপ্রো ?

সোবিতা মমায়দু মকশিল্লম্মী। স্বর শাংনা হোন্থরদুনা হায়রকই,

- ইবেমহল, ঐদি হিংবু হিংনীংদ্রেদা! নহানমুক মপোককা হায়বসি থাজরমদে, ঐদি থাজরেবু। নহানমুক মপোক্তা পাপ তৌরুবনা হন্দমুক্লী মপোক্তা নুপী ওইনা পোক্লক্লিবনি হায়বশি চুমলম্বতাই। নখোয়দা লাকপদি হায়রুনু, য়ুমশিদা হেক লাকঙৈদগী শম ফাওবা নীংথুংনা হাৎনবা মতম

লৈতে। নোং হেক ঙানবগা থবক, ইমুংগী মথি মকুম লোইশিনবা, নুপাগী সেবা, ইনেমগী, ইকুগী , ইচাগী। চেন্না চেন্না নোমই । থান্নবিবসু নত্তবা। য়েংউ কাশিল্লিবা চপশিল্লিবা মায়শি।

ইবেমহল সোবিতাগী ৱাহৈশিংদু নীংশিঙলুরগা মপূক্লীংদু নুংশিরকই । সোবিতাগী মহাও চেল্লবা ৱারীশিং অদো মথা তানা নীংশিঙলকই।

মনঙ্গলদগী মচাদু মথাদা পমলগা মকোক্তা নাল্ল নাল্লদুনা সোবিতানা হায়রকই - নহানসু প্রমোদু মাগী নুপাগা মখোয়গী অনৌবা গাড়ী অমা লৈরে হায়দুনা লাক্লম্মী। ফিভম মতাশিদদি ইকাইবনা শিগ্রে। তৌরিশিনি ফমফম ফাওবা লৈতবা। চা ফাওবা পিথকখিদে।

- ফৃরিত অমা লিংশিনবা য়াদ্রা, হায়না প্রমোনা ইচম চম্না হায়রম্বদু ফাওবা য়ুম্নাক অমমগী মৌ ওইরবনিনা ইকাইবনা শিদৌই। মখোয় তাদসু লৈরিবনি অদুবু চৎথোকখ্রে হায়দুনা খুমজরবনি । ঐনা শাওনীংমনখ্রদুনা মখোয় চৎখ্রবা কান্দা মখোয় তাদদা হায়রুরে - মীগীদি লাকলিদু য়েংউ। ঐসু ফৃরিত অমা ফাওবদি লিংপা য়াই। মীনা হায়রমলিবদু ইকাইদ্রা ?

- মখোয় থোনবীয়ু হায়য়ুদনা।

- ইমান ইমান্নবনে ইকাইয়ে ঐসু।

- অদু ঐবু করি তৌ হায়রিবনো ?

- থোল্লুদনা নুপা নত্রো ?

- মদু হায়রুবদগীদি করি করিনো উশিৎতে হায়দুনা ফুবনে, চৈবনে তৌরমলগা থোকখ্রে। হল্লকপদা কদায়দগীনো ফৃরিত ফি অমা পুরক্লে। নুমিৎ অদুদা ঐদি ইথক্তা পূক্লীং নুংশিদুনা পঙকপসু কপথোক্লুরে । নোংঙাল্লবা মতমদদি খঙলকখি- মহাক্কী খূদাংদা ঘড়ী অমা শিজরম্বদু য়াওরমদ্রে। শিনি ঐখোয়গী পুন্সি হায়ববু।

*

পূম্নমক নীংশিঙলুরগা ইবেমহল, সোবিতাগী পুন্সিবু কল্লকই । মপূক্লীংদু ঙৈহাক লৈতাদে । মপুরোইববু ৱারৌই- ঐনা করি লানখিদুনা অসুক তমথিনা ওৎলিবনো ! ঐসু নুপীনি, য়ুম পাল্লবীনি। সোবিতানা ফংবা পুন্সিগী মহাও ঐবুসু ফংহন্দ্রিবা করিগীনো !

চঙশিন্দুনা রেডিও হৌনা থাগৎলি । নুংদা ওমদুনা লৈরম্বা

থম্মোয়গী মৈচাক্তো মৈরি থোক্লকলে । মমায় অদু মোনদা শুজিল্লগা খোঞ্জেন থোক্লা কপলক্লে।

রেডিওদু হৌনা খোঙলি । লম্বী অচং অওক রিক্সা, হৃরাগাড়ী, একাগাড়ীনচিংবা চংপগী খোঞ্জেয়া মপান্দা নিল্লি। ইবেমহলসু কপলি।

রেডিও হেক লেপখিবগা মপান্দা কনানো অমনা কৌবা তাই। ফুক হৌগৎলি। খোঞ্জেল অদুমক্লি মহাক্লা মতম পূম্বদা খৌরাংলিবা। খোঙ পুনা হাংদেক্লগা হন্না ফাওবা য়েংলমদনা কমুংদা চংখিরম্মী।

- কৈদৌরগে কোক হাংদোক য়াদ্রো ?

মখূত্তগী বেকতু টেবল মথক্তা লংথরদুনা শাউনা ঙাঙলকই নুপাদুনা।

খুমদে মমায় ওম্বোক্তুনা লৈ।

- চাক চারবরা ?

খুমদ্রি হন্দকসু। শাউনা চঙশিল্লকই নুপাদু হাৎ-তুপকদৌবগুম। মাগী নুপীগী তঙাংলবা মমায় অমসুং মমীৎ অনীদা পিনা ইথক হৌরিবদু উবদা অশাউবা পূম্বা নেমথখি। খঙই ইবেমহলগী পুক। চঙশিন্দুনা শাউরম্বা পূম্বা ফাথদুনা থেমলকই,

- নশা ঙমদ্রবরো ? শিদা লৈবশি য়াম্না নুংঙাইদ্রবরা ?

মদু ফাওবা খুমদে। নুপাদুনা মনাক্তা চংশিন্দুনা মশা পাইরদুনা থেমলকই

- য়াদদুনা তৌবনি। ঐনা হেন্না লৈনীংইপোৎনি ননাক্তা। নত্রগা ঐবু থবক তোক্লো হায়ক্লো ?

ইবেমহল মখোল থোক্লা কপলক্লে।

অসুম্না মাগী নুপীনা থম্মোয় শোক্লা লৈরম্বা কৈদৌঙেদসু থেংনখিদ্রি। থম্মোয়দা লৈচিন নোংফাইগুম মশেং মরাং ওইনা করিগুম্বা খরা ফাওরকপগুম তৌই।

- করিগীনো নহাক্লা অদুক থবায় শোক্লিববু ?

মফি হোংনা হোংনা ইবেমহলগী নুপাদু উরকই-সাইদ টেবলদা লৈরিবা এসত্রেদা য়াওরিবা চুরুপ মতেক ময়াম। বা ঙাঙখিদরে।

কপ্প মঁখে কপলুরগা ইবেমহল হৌগৎলক্রে। মমায় মমীৎ ইপোম পোম্মা মপুরোইবগী ফি-রোল থুপচিল্লি। ঝা ঙাঙনদে। ইবেমহলগী নুপাদো বাথ রুমদা চংখি।

বাথ রুমদগী হেক থোক্লকপগা হায়রকই - চাক চারগা ঐখোয় হৌজিক চৎপা তারে।

ইবেমহল ইঙক ঙকই। করিগীনো অসুক থুনা ঝারেপ অসি লৌরিবা! অদুবু হংদে। হংবগী কান্নদে। অসিগুম্বশিদি থেংনদুনতা লাক্লবনি।

❋

চাক হেক তোকপগা চৎনবা শেম শাবস্মী। ক্কা চানি হায়দুনা মাগী নুপাদু থোকখ্রে। ইবেমহল কপলুবগী মমীৎ মমাই ইপোম পোম্মা পিক্লবা কাদু থুংনা চৎতুনা পোৎ চৈ লোইশিল্লি। থোঙনাউ মপাদু হেক য়ৌবদা চপ লেপ্লি। তপ্পা তপ্পা হাংদোকই। লম্বীদা মীয়াম চৎলি, হবাগাড়ী, একাগাডী, রিক্সা। মোতিলালগী পান দুকানসু হাংলি। অদুবু ইবেমহলগী মমীৎতদি ইহাঙ হাঙনা থোক্লম্মী। মমীৎতদি উবি, চুকপ মঁচৈ অমা চিংলদুনা নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা মহাক্লা লেপতুনা লৈবদো। মহাক্লা খোঙনাউ হেক হাংদোকপগা মানা নোকচবদো। খঙহৌদনা মমীৎতা পিগী ঈরা চেল্লকই। কুইথদ্রে, তপ্পা তপ্পা থোঙনাউদু লোনশিল্লে।

অসুম্মা মহাক্কীদমক পি শিন্থখি হায়বসি মহাক্লা খঙলমগদ্রা? ●

# মণি মতুম

নুমিৎ কায়ানি শুরবগে, নীংশিঙবদা ঝারে মখোয় ইমুংনা চাবোই, চাদবোই হিংলক্লিবা। মচানুপা অসিনা হেক নারকঙৌদগী নুমিৎ তরানিমুকশি য়াইমা থবক চৎপা ঙমদ্রে। শূরগা চাজবনি। লৈজরম্বা খরদুসু মচানুপাশিগী জীবতদি কনবা ঙম্রা য়েংগে, হায়দুনা লায়য়েংবদা লোইখ্রে।

- ইবেম্মদুবু কৌরুশিরো ?

থাদোইনা মাগী নুপাদা হংলকই। মচা মরি পোকপনি। নুপী অহল অদুনা মপৃক্তং থনজরবদি হায়দুনা মনেগীদা থমখ্রে। মথংদুসু নুপীনি। অদুবু চহী ফাদনা শিখ্রে। অহমশুবা মচা নুপা অমতা পোকচবদুনি হৌজিক মতম ওাইদুনা লৈরিবশি। নুপাশিগী মখাদা খোমগী অঙাং অমসু লৈরি। নুপীনি।

- কৈদৌবগী কৌরদোইবা ? নঙ-ঐনা ঝাবশি পোল্লকত্রদুনা অঙাংদুমসু কৌরগা চরা হেলহল্লশিয়া ?

য়াইমনা খুমলকই ।

- হয়েং ইনেনা তাক্লক্তে হায়রদি ?

- মদুনা হেন্না ফৈ । ঐখোয় উবদা মচীন গোমথোক্লকপদু য়েংনীংব্রো ?

- অদু ঐখোয়সু উপাই অমদি থি ফজাংনি। শ্বর অসি তংকদৌরে।

- হূই ওইনা পোক্লম্বনা হেন্না ফৈ, লূখাক্তা ওইরসু চাবা ফংনবা। কনাদনো ঐখোয়না হায়রুদৌশিবো ?

- ঐনা নুপা ওইরমদা তৌনি।

- নুপা ওইরমলগা কৈদৌদৌরিবা ? হুরাললুচো হায়রিরো ?

- শিদৌ লৈরদি কোকশিগে হায়দে শিংগেজনশিগু। মীওৎতনা হেক লৈরদনা।

মচীন্দদি অসুম্না হায় অদুবু ঝাচেং তাবগুম য়েম্পক তাদুনা লৈরিবা মচাবু ফল্লপ ফল্লপ য়েংই । মতম ঙাইদুনা লৈরবা মচা অনাবশিংগী মিংদা লৈকাইদুদা, মতৈ-মনাউনা শেন নত্রগা চেং নত্রগা থুম নত্রগা মোরোকতা ওইরবসু পূশিল্লদবা ইমুং লৈত্রে । অমদগী চেং, অমদগী থুম, অমদগী মোরোক । অচুম্বা কয়া, ওইদবা কয়া হায়জিন্দুনা নীগনি, পূগনি । নোংমা ফাদোক্তি হরাও হরাও মশীরকপা ঙাক্তনি । খঙই, থাদোইসু মখাদি খক তাদে। অদুবু চৈরবসু চৈ, ঙাঙলবসু ঙাঙনা মখোয়না তত্তনা ওৎলিবা অমা হায়রবদি থরোশিজগী দুকান্দুনি। দুকান্দুমক লৈরমত্রবদি মখোয় ইমুংশি করম তৌরমগদগে, অমম্বগী মশক্লি।

ফম্বা মখৈ ফমলমলগা করি খল্লবনো খঙদে য়াইমা থাংজৌ অমা পায়রগা, খূদে অমা মকোক্তা য়েংশিল্লদুনা থোকশ্রে । কদায়দা চৎলিবনো খঙদে। থাদোই য়েংদুনা লৈহৌই।

ঘীনসু ঙাঙবী মাগী নুপাবু পাঙদে, নুপা মান্দে হায়দুনা । অদুবু থাদোই খঙই -মতম অসিদা মখোয়গুম্বা পিদৎ পাদৎলবশিংগী মফম লৈতে। শূফম লৈতে। তাংজফম লৈতে। কংশিল্লবা মাগী নুপাগী শবান্দু উম্নগা মমীৎ ইরা চেল্লকই। মীৎকুপ অমতগী ওইরবসু লৈরন্মী মখোয়গীসু শিব কাওবা

পুন্সি। ইনখৎলকপগী চুঙ ফিরান চারবা, তগৎ তগৎপা নুপাগী শাবন। শবান্দুগী ঈ থাংলবা মতাফরবা থবাক্তা জগৎকী অকি-তুজুং পুম্বা কাওনা য়ারেকচখি, অহিং কয়া, নুংথিল কয়া। পোকপদগী লৈত-লাইরগী শাফুনা কনথৎপিরক্রবা, চনীং তারক্রবা নুংশা শ্বর মকা লাম্না হোন্দোকচরে খঞ্জরুই। পোক্রকখি চাকথুং ফিথুংদ্রবা মমা মপাগী চাকথুং ফিথুংদবা মচা ওইনা। ঙসিসু অদুমক ওইরি - মচা থাকপা ঙমদবা মমা।

কদাইদগীনো হা অচৌবা অমা পুরদুনা হল্লক্লে য়াইমা। মদু উবদা থাদোইগী মকশিল্লম্বা মমায়দু মকা হাইফেৎ লামলকপগুম তৌই। হংলকই মপুরোইবদা - কদায়দৈনো ?

- কুইরবনি ফুক্কে খনখিবা।

নোক্রম্বদগী থাদোই মপি ইরা চেল্লকই। মপুরোইববু ঙৈহাক মীৎকুপ্তুমখে য়েংদুনা লৈথোকলুরে।

- কৈদৌরগে ? লৌরুরোশে !

মতম্বাকী মচানুপী অতোম্বীদু মনঙ্গলদা থোঙ্গৎলগা ইমুংদা চঙখ্রে।

- অমসিনা কমদৌরি ?

নাদুনা লৈরিবা মচা অনাবদুদা ফল্লপ য়েংলদুনা হংলকই।

- য়েংউদনা।

- য়েংনীংদে। শুকয়েং য়েংলরোই।

মচীন্দদি অশুম্না হায় অদুবু য়াইমা য়েংগে খল্লুবা তৌদনা য়েংথোকখি। শেগাইরবা ফকথক্তুদা, ফদি ফম্না মথক্তা তাদুনা লৈরি, অমতা পোকচবা মচানুপাদুগী উন্সাতনা য়োল্লবা হকচাং। কুৎলবা মীৎ, ফারবা মশম, কংশিল্লবা চাইরুং।

*

ফম্না ফম্না মঙ মঙলি য়াইমা। খঙহৌদনা ব্রাকৎ অমগা লোইননা হৌগৎলক্লে হকচাং পোলাংদো। মখায়াৎ অরেমখে কাথোক্রদুনা কলক পেল্লা চৈরকই - মচা হাৎপা মপা। মচা য়োকপা ঙমদবা মপা। করিগী পোকপিরি ঐবু। করিগী হাৎতোক্লি ঐবু।

*

মনাকোংদু শিংজা য়ৈরে য়াইমা। হুমাংনা পুংলুপ লুপলে। খাঙবা

ঙমদ্রে। খঙহৌদনা মরোল মরি খঙদনা লাউথোকখি। থাদোই ইপা পাখংনা ইমুংদগী চেহ্নোরকই।

- কৈদৌরবা হা! ইচা কৈদৌরবা ?

য়াইমা মীংকপ থোক্রক্লে। শ্বর থবেং হোল্লি। থাদোই মচাগী নাক্তা চঙশিন্দুনা য়েংই। হান্নগী হান্না হামু হামুনি।

- করিগীনো অদুক কন্না লাউরিদি ?

য়াইমা খুমদে। থাদোই মপুরোইবগী নাক্তা চঙশিন্দুনা মশাদা শিষ্কুরিবা হুমাংদু নপথোক্লম্মী।

- কৈদৌরগে ? হুমাংনা লোইরে।

- কৈশু তৌদে।

য়াইমনা খুমলকই।

- অদুম হায়না তৌনু কিঁজেশে, অঙাওবদৌনা হা মুল্লমলগনি লৌথোকউখিগে।

থাদোই চঙখি। ইকান কান্নদনা হা অরৌবদু পুরদুনা অমুক থোক্রককলে। য়াইমনা হাদু মকক মকক ককথংলে।

- কুইরবনি ঐনা মসি উখিবা।

চানা চানা য়াইমনা মখা তারকই ।

- অতৈ হৌহৌদ্রবরা ?

- কদাইদেনো শি ফাওবা কাঙ্গোই-তিন্থঙ মরক ওইবে লৈরিনি।

চাখোম মরি মঙাদা লোইথোকখ্রে। নুমিৎ হুম্নি মরিনি চারক্লবা পুক অদুদা মদুখক্লদি কৈদৌরুনি।

- ঐখোয়বু কনাদগীনো শেন খরদি থিহৌশি। হৌজিক কনাদেনো হুকচাং লোইশিন্নবা থৌরাং তৌদোইবা ?

- থোকঅবা অমা লাকচনিশে।

- অদু পুকশিদি য়ারকত্রে।

- থরোশিজগী দুকান্দা লাইবক অমুক্তং য়েংঙুচোদনা।

- হান্নগীসু কোকথোং অমা লৈরি কমহায় হায়দোইনো ?

- নঙবু ফন হৈদাইনে শিথবা।

- শিথবা নত্তে। শিদুনা লৈরবা ঐবো।

মচীন্দদি অসুম্না হায় অদুবু লাইবক য়েংলুগে লেপ্লে। ব্রা অমতা ঙাঙলমদে, মচা নুপীদু পোত্থংলগা থোকপ্লে। মা হেক থোকখিবগা য়াইম্না, হুম্নকপগা মৈ থাগৎপা য়ানবা শীং থিবা থোকপ্লে। লাম্না চৎপা নত্তে। শম্বলদগী ব্রাকোক অমা পুশিলক্লগা হুম্নক্লে।

*

থাদোইনা দুকান য়ৌবা মতমদুদা মী অনীদনি লৈরমলিবা। মখোয় অনীদু চৎখিবা ঙাইদুনা লৈরম্মী।

- থাদোই নঙগীনা করিনো ?

শিজনা হংলকই।

- য়ানি ময়ামগী লোইখিবো ।

মখা তাবা শঙদে শিজ পোৎ তম্বলোমদা মায় ওনশিনখি। অমা চৎখি, অনী লাকই, অনী চৎখি, অহুম লাকই । লেপ্না লৈতে। থাদোইদি অদুম লেপ্লি। হংলুবদসু খুমলকই - ময়ামগী লোইখিশনু।

চৎনীংবদি করি হায়রুনি। অদুবু করম্নদি তৌনি। ঙাইবা তারি। কুইরবগী তুংদা শিজদু অমুক নীংশিঙলক্লমাল্লে হংলকই

- থাদোই নঙবু কুইরেনে, করিনো হায়রো।

- ইনেশি হায় ঙমদ্রতৌনি।

- নখোয়গী অদু অদা তৌরনু। থোঙ লোম্নদৌনি।

- অঙাংদো থৌরাং লোইহৌরে। অদুবু চৎলমদাইনা চাক চখোম অমতং ফাওবা ইনখিদ্রবদি লৈ ঙমহৌদা তারে।

- চেঙ পিয়ুশিনিনে। ইবেম্মা দুকানশে, উপাক ঙাক্তা ঙাইরে। হান্নগী শেনশু ভারি অমা লৈরি।

থাদোই করিমতা খুমদে। অদুম লেপ্লি। চৎপদি চৎতে। শিজন্না পংঙাঙত ঙাঙই।

- ইকাইবদি লাইম্না খঙদেহে। ঐখোয়শে নহানমুক মপোক্তা মীগী মরন য়াম্না পুশিল্লকপ্রমাল্লে। শে, শে লুপা মঙাশিনা কনাদগীনো তৌরুরো।

তশেংবনি থাদোই নহা ওইবগী ইকাইবা হায়বদু মচেং অমা ফাওবা

পকত্রে। বা অমতা শূমলমদনা লূপা মশাদু পুরদুনা থোকলক্নে। চৎনা চৎনা থক্লি - মসিনা কমদৌবা ! মাইবা অমতং কৌদুনা য়েংশিরা ! শূং থারবা অনাবশিদ মাইবগী কান্নবা করি ! মাইবা লাকনি, মদুদগী হায়রক্কনি - হিদাক লৈনবা, লাইখুরুম্নবা। মদুনা কমদৌবা !

খনবা মখৈ খল্লুরগা লূপা মশাশিতংদি হূকচাং লোইশিনবগী শীংত ওইরবসু লৈনবা থমলগে খল্লে। খন্ন খন্ন চৎলি লম্বীদুদা অশাওবীগুম মুরুম-মুরুম শোল্লদুনা। মশাদু পূমচোক চোকতরে। মমীৎ অদু ইখঙ খঙহৌদনা তন্দন পাইরকই। চৎলম্বদগী চপ লেপ্লি। ঙৈহাক লেপখৈ লেপ্লমলগা করি খল্লবনো খঙদে অমুক হনপ্রে।

*

য়াইমদি শূমাংদা কাতু কারন চৎলদুনা মাগী নুপীগী লম্বী য়েংলি। পোথাকম খঙদে, লৈতাদে। অরাপ্পদা মাগী নুপী লাকপা উরকই। মখূত্তা ময়োম অমা পায়রকপদু উবদা নোককেৎ তৌথি। য়াইমা খঙই, মাগী নুপীনবু চৎশ্রবদি শূং হাঙনদি হল্লক্করোই। মাগী নুপী হেক থুংলবগা হংলুবা তৌদনা হায়রকই - শীং লৈহৌরবনি।

থাদোই হাথু হাথুই। হায়রকই - অঙাং করিসু তৌদ্রবদি ইবেম্মশি ঙৈহাক্তা পাইবিরম্মু, চুপ অমুক্তা লুপলুগে। নংব্রা য়েংশি।

পাউখুম অমুক ঙাইরমদ্রে, মচাদু থনমলগা চেনপ্রে। য়াইমা নানথবিদবনা ফারবা মচানুপীগী মকোক অদু নাল্ল নাল্লদুনা লৈহৌই। মতম ঙাইদুনা লৈরবা মচাদুদি হল্লা য়েঙলুদ্রে। চাকখুমদা চঙখিবতা ঙাইরি, ঙাইঙমদ্রে য়াইমা। লামবা খঙহেন হেঙ্গৎলকপগুম তৌরম্মী। লাউরকই - নংলরোইনে তৌরিদুবো।

হায়রিবদু করিনো হায়বা খঙই থাদোই, খুমলকই - লোইরে লোইরে।

ওইশিনবা ঙাইঙমদ্রে, চাক্তু কোংথোক্লে। অমুক লাউরকই,

- য়ারে, চঙবিরক্লো।

- অঙাংসিদি মথক্তা থনমলদ্রা ?

- কৈবু তৌগবনোদা, অশুক কুইসি তৌরক্রগা ?

- হোইদা কয়াবু কুইগবনো।

মচাদা হাইফেং য়েংলমলগা অনীমক ইমুংদা চংলক্লে।

- করি এন্সাংনো ?

- খামেন অশিনবগা বোড়ীগা।

অনীমক ফমথরে। ফনকুইফাও ব্রা অমতা ঙাঙনদে। পূকতা খর খর তারবা তুংদা য়াইমনা হৌদেক্লকই - কনাদেনো তৌরকইশে ?

- শিজদৈ।

মচীন্দদি ফোঙদোক্তনা মাগী নুপীবু মপূক্তা থাগৎলি । য়াইমনা মপূক্লীং নুংশিনা মখা তারকই - কয়াদি কুইরবা মহাক্লা ঐখোয়বু থাকলক্লিবা। অনাবশিনা ফাওবা মমা মপাবু থাকপা ঙমই। ঐসি কয়াদা পাংখিদ্রবা !

- ঐনা হায়দুনি ইচাদি মণি মতুমনি। অদুবু মহাক -।

থাদোই মখা তমবা ঙমদ্রে, শ্বর ফুনগৎলক্লে। মাগী নুপীগী মতৌদু খঙলদুনা য়াইমনা ব্রা থৈদোক্লকই

- চৎখ্রশনু, থিংবা য়াগদবসু লৈত্রবসিদি। কান্নদে চখোম অমা অনী চাবসিদি হরাও হরাও চাশি।

- হোইদহে, হায়দুনা থাদোইসু চখোম হুকই। মখা অমূক শমথরকই - মেমচাদি স্কুলকাশু কারে হায়নে। বাবাসু নোংমতংদি চত্তুনা হংলুবা ফজাৎনি।

- নুংঙাইজশনু। মরাইবক্লীনি। ইনেনা হায়খিবদি ইচানুপা শিবুনি। অদুবু ঐখোয়না পীখিদে। নঙনা হায়খি - ইচাদি মণি মতুম্নি, শিদ্রি ফাও থাররোই।

থাদোইদো মপি ইরা চেল্লকলে।

- শিরমদাইগী মীৎকুপ য়ৌর ফাওবা মানা ঐখোয়বু থাক্লি। করিনো মহাক্লা চৎখ্রগা ঐখোয়না ওইহৌদৌশি। কনানসু ঐখোয়বু নুংশিবিররোই। হকচাংশি লোইশিন্নবা শীং লৈনবা শেননি হায়বা পৈশা অঙাংবী অমা ফাও লৈতে।

- থোকঅবা অমা মরাইনা লাকচনি। শীং লৈতদনা পোলোইদনা ফুমলে হায়বা কনাসু তাদেসে।

য়াইমনা লাউহংলকই।

মপান্দা নাহেবগুম খোঞ্জেল অমা তাখিবগুম তৌই। মমিং মনাদু চপ য়ুংই।

- অঙাংদু অমুক্তং য়েংলুশিরা ?

- চখোম অমা অনীদা ঙাইবদুবু কুং লাওনা হেক য়োংশিল্লো।

- হেবা নুংঙাইতেদো।

থাদোই থোকখি। মপান হেক য়ৌখিবগা থাদোই মবোল মবি খঙদনা হৌনা লাউরকই।

য়াইমা খঙই, খোঞ্জেলদুগী অর্থ! কবিমতা ঝিঙ্গংপদি তৌদে।

অদুবু অয়োইবগী চখোম অদুমদি থাদয়মলে। ●

## লমদাং অমা

- য়েংউ ! মণি ! আদা উরিবসিনি।

ইবেতোম্বীনা মচাদা অরাপদা উরিবা খূঙ্গং অদুদা খূৎ থিল্লদুনা তাকই।

মণি মমানা তাকপা মাইকৈদা শাননা য়েংলম্মী। মতম কয়া শেংনা খাইনরুরবা মপাম লমদম্থু তাম্না উরকপদা নুংওল্লবা মমা মচাগী থাম্মোয়দো, শংবান্নবা লৌবুক্কী ফজবা, উচেক রায়াশিংনা খোংলিবদু, উরু-তারুরগা, তামহৌরবা পুন্সি কয়া নীংশিঙলকুনা লৈতাফম খঙদমখে লাঙতক্লুরম্মি।

থোইনা হেন্না লাঙতক্লুরিবদি মণিনি। অদুঙৈগী পুন্সিবু হন্না হেক য়েংলুবদা মণিনা অরুনাবু হক্তা নীংশিঙলকই। থাংঙৈশেংনমক মণিদদি অরুনাগী মফম চাওনা কন্দুনা লৈ। পুন্সিগী অঙনবা শরুক পুন্না মহাক্তগা

হৌগ্রবনি।

- ইমা অরুনাদু কৈদৌরমগনি ?

থম্মোয়গী লাংতক্লবদু মণিনা মমাদা হাঁহেনা ফোঙদোক্লকই।

- কৈদৌনি হাযগে ময়ূমদা লৈরমসু ঙাইদনা।

মমানা খুলকই ।

গাড়ী চেল্লি।

দ্রাইভর বিজয়না মণিদা লক্লরকই-গাড়ী তোংবা নুংঙাইরবা মণি ? ঐগা অমুক হনগ্রশিদনা।

মণি নোকই, খুমদে। মৌ অনৌবীগুম লেপ্লিবা, লৈচিন্ন তথ্বাই খুমজিনখ্রবা কাংচুপ চীংশাং, অমসুং লম্বীগী নাক য়েংতা ইথক কারিবা ফৌনাগী ফজবদু য়েংলদুনা তামহৌরবা পুন্সি কয়াবু নীংশিঙলি।

❋

পিনা মীৎলু অনী থুমহৎলবী, নোংমা নুমিদাং হাইবম অমগী অকনা, মণিগী মাংদা লেপ্লবে।

নোংমা অদুননি, শাউবনা ঈ কাববা মণিগী শাঁজেনা, তঙাং-তনাল্লবী অরুনাগী মায়থোঙদা পুন্সিগী কোক্লবোইদবা দাক অমা থমখিবদু ।

মণিদি লৈবু যাম্না লুনা তৌজে । শাৎলমলগা লৈনা চোইজাইনখিবদা, ফুগাইনা শাৎলবা লৈবু কনাগুম্বানা হেক্তুনা চিনখিবদা মহাক শাওদে। মহাক্লা শাউরিবদি মতম চাদ্রিবা, পোমশাৎনরিবা লৈবু লোন্না থুপ্না হেক্তোকখিবদনি। পামজরুবনা মণি মখল কয়াগী লৈ-কয়া থাই-পুখি ময়াদা, শুমাংদা নত্রগা ঈংখোলগী মচি মচিদা। লৈদুনা শাৎলক্লগা মহাক্লা নুংঙাইজে, হায়ার্উজে, লেন্নজে - মমান্নবশিংদা।

লৈ অমতং, শুপ্লগী গুলাপ অমতং, লোৎনা হেক্তুনা চিল্লুবগীনি, অদুক শাথিবা চৈনা অদু অরুনানা ফংখিবা। অরুনা কপখি, ওঃ খোংনা কপখি।

মচানা কপ্পা তাবদা অরুনাগী মমা চেম্ভোকলকই।

মণি কিবনা নিক্লম্মী।

- কৈদৌরে ? কনানা কৈদৌরে ?

ঙাং-ভনাক্লবী মচাগী খজাইদা চেন্থিবা ঈ অদু উবদা মিপাইরদুনা হংলকই।

তরাওনবী, পিরাংনসু থুমহংলবী মিৎল্পা অদুনা, কিবনা নিক্লিবা মণিগী মায়থোংদা অমুক্তং য়েংলমলগা অরুনানা খুমলকই

- তুশিললিনিনে।

*

নীংশিঙলুরগা মণি নুংঙাইবগীরা অবাবগীরা খঙদে, অশাংবা শ্বর অমা ফুইনা হোন্দোক্লকই।

- কৈদৌরে মণি ?

মমানা হংলকই ।

- ইমা ! অরুনাদি কপচেৎলিকো ?

- নঙদি কপত্রে ?

মমানা খুমলকই ।

হৈবোংপোকপী অদুদগী লম্বান মথং-মথং তামহৌরে । মাঙদা লাইরেন শজিক (ইবেতোম্বীগী মপাম লমদম) নক্লা উরক্লে।

মণিদি মঙ মঙলি।

*

অমুকসু অরুনানা মমাঙদা লেপলবগুম তৌরম্মী । মণি উবদা হরাওবনা ময়াই কারবী অরুনা মণিগী মখুৎ পায়রদুনা চিঙলম্মী । শিংদা তুরেন তোর্ব্বান্দা লেপ্লরদুনা, নুংলক্তা য়াঙ্গংলবী ঈচেলনা থেক্লা খোইনা চেল্লিবদু য়েংলম্মী । কৌব্রু লাই শূমাংদা চেন-চোঙদুনা শান্নমিন্নরম্মী । শংবান্নবা লৌবুক্কী লৌরিদা তোংমিন্নরম্মী । ক্লপাইনা শাংলবা, অদুঙৈ মখুৎ মচা অদুনা থারম্বা লৈশিং অদো য়েংমিন্নরম্মী । লৈদুনা শাৎলিবদু উরগা অরুনানা হায়রক্লম্মী

-নবেম্মা ঐনা ঈশিং চাইবীবগী ঙসি ফাওবা হিংলিবনি । নত্রবদি খঙত্রা নহান্না লৈপাল পুম্বা চৈতেক ওনখ্রগনি।

*

গাড়ি খামলে। মপাম লমদম য়ৌরে। পাউখুম খুম্বা নংখিদ্রে, মণি, মঙ কাইরে।

- য়ৌরে মণি তল্লা কুমখৌ।

মণি মমানা হায়রকই। মণি চোংথখ্রে। থুনমক কুমথদুনা মনেংগীদা চেনশিনখ্রে।

- মণিগী মমাগা ড্রাইভরগা বারী শাদুনা লৈহৌই ।

- বিজয় ! চাক চাখ্রশি ।

- চাররোই ইতৈমইবেস্মা, তামো মিটিং চংকনি হায়হৌরি ।

- কয়াম কুইনি হায়গে ? ঐনা য়াদ্দুনা চারক্লে হায়য়ু ।

- মশেম লাকপদা চারগে ?

য়াদ্রে । বিজয়না ঙমদুনা চংখ্রে ।

মণি মমা-মচা লাকই তাবদা মণি মনে হোংইগী কোল্লুপ্তো ইরাং লাংলে । কৈরোই-লৈকাইগী মচেম-মনেমশিং লাক্লুনা মমা মচা লকপগী নুংঙাইবা শরুক য়াঁরে।

মী ফনা য়াম্না তিল্লে অদুবু মণিদদি পুন্নমক অদু ইহাঙ হাঙবগুম তৌরম্মি। অরুনাগী মমানা চঙশিলক্লুনা মণিগী মকোক্তা নুংশিনা নানবিবদুনা হায়রকই

- কয়াদা থুনা চাউরবনোশে ! মণিহোয়দি সহডদা লৈগ্রবনিনা ইনেহোইকা নীংশিঙবীপোৎ নত্তেনে ?

মণি খুমদে। ঙৈহাক তুম্মিন্না য়েংলুরবা তুংদা হংলকই

- ইনে ! অরুনাদি ?

- মুন্দা লৈহৌবনি।

অরুনা মমানা খুমলকই ।

মণি পুক্নীং খজিক নুংশিখি, মা লাক্লে তারবা মক্তদা অরুনানা থোক্লক্তবগী ।

মণি মনেহোয়দগী মুন্দলোন অমা লাল্লগা অরুনা হোয়গী য়ুম লৈ। মণি থুনমক চেনখিরম্মী।

- অরুনা ! অরুনা !

মণিনা কৌবম্মী । অরুনা তাই, অদুবু খুমদে ।

মাঙ্গোলদা মকোক খুমলদুনা ফি লোল্লিবদু মণিনা উরকই। মহাক্না অদুম তৌরিবদো- মণিনা মাবু লকনরিবনি খল্লম্মি। তপ্না নাশোন শিক্লা মণি অরুনাগী নাক্তা চণ্ডশিনখ্রে। অদুগা অরুনাগী কোকখুমফিদু চিংথদুনা মমায়দু খুমজিল্লুরে। লোহোক্তবী, লাইফর্দিবীগুম অরুনা ব্রা ঙাঙদে। নোকমি-নোকমি, শুগৎলদুনা মমায় খুমজিল্লিবা খুৎ অনী অদো লৌথোকপা হোৎনজবম্মী। অরুনাগী ঙাংশিল্লবা মায়দু উবদা, মণি, মখুৎ লৌথোকখ্রে। হায়বকই

-খঙব্রা ? ঐ লাক্লগা থোরক্তবগী।

অকনা খুমদে। মণিগী খুবাক্লা নৈহৎপিরবা মফি-বোন, মশম-মনাদু লোইশিন-খোমজিনজবম্মী।

কবিগুম্বা অমতা থোকখিদবগুম মণিনা ইংনা ব্রাহং কয়া হংলকই,

- নঙ ঐবু খক নীংশিঙলকত্রা ? ঐ লৈত্রিঙেদা, নঙ কনাগা শান্নে ? ঐদি স্কুলদসু য়ূমদসু নঙবুতা নীংশিঙদুনা লৈ। অসিনচিংবা।

অকনা নোক্ত মনোকই। ব্রা ঙাঙদে।

- লাক্লো ! নশা ঙমদ্রববো ? ইমাসু লাকহৌই। তোর্ব্বান্দা চৎলুশি, লাই শূমাং য়েংলুশি।

অকনানা শুকখুম হেক খুমদ্রবদুদা মণিদো শাউবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। মহাক্কী নোকমি-নোকমিবা চীনবান্দো, মাবু লকনবা ওইনা থোকখ্রে। করি খল্লুবগীনো খঙদে, মণি চণ্ডশিনখিদুনা, তঙাংলবা অরুনাগী লৈগুম থোৎলবা খজাইদুদা খুবাক্লা থারুরে।

- মণি ! করিনো তৌরিবদো ?

মণি মমানা লাউরকই। মণি মমাগা, অরুনা মমাগনা লাকপগা মপা হেক চান্নরুবে।

-মীনা ব্রা হংলগা খুমদ্রিনিনে। শান্নশি হায়রগশু য়াদ্রিবা।

-নুপীগা, নুপাগবু শান্নে হায়ব্রো ?

- নহালব্রাইদি অরুনাগতা শান্নৌ হায়দাই !

- হাই ! অপঙ নঙশে চাউরবনিনে। চৎলু নফিদুম হোংদোক্লুচো।

মমাগী অকোনবগী ব্রাহে অসিমদি মণিগী থম্মোয়দা য়ৈরম্মী। মীৎকুপ অমা ফাওবা পনবা তৌদনা মণি থোকখিরম্মী।

-অঙাংদা অদুম্না হায়বা হৌনব্রো ? হায়না অরুনা মমানা হায়হৌবদু মণি হায়খেং তারকই।

*

নোংচুপ চীংয়াদা, মচি-মচিদা লৈরিবা, নুমিদাং ঋইরমগী নোংজাবীনা মচু শংলবা, ঙাংলৈনবা মঙালশিং অসিনা হেক লোইখিবগা মমশিলক্লগনি। লৈ-শুনা মরাংকাইনা শাংলবা পুম্রি মপান্দা মণি মথক্তা ফমলদুনা হৌব্রবা অমসুং তামহৌরবা পুন্সি কয়াবু হন্না য়েংলি। ঙসিদি অদুঁঙে মথূংমক্তা থাজরম্বা লৈশিংদুনা ফুগাইনা শাংলিবদো উবা ফংজরে। মদু উরুরগা মণি থম্মোয়দা মশক খঙদবা ঈহৌ অমা হৌরক্লম্মী। মতম অমদা ফাগী-করাং ওইনা থারম্বা লৈশিংদুনা, অসুক ফজনা মমল লৈনা, শাংলক্কনি হায়বসি অদুঁঙেগী মণিনা থাজবা ঙমখিব্রা ? অদুবু শাংলে। শাংলিবা অসিগী মরম হংনীংঙাই লৈব্রা ! ঋাহং অসি লাকপদনি মমাগী ঋাহে খরা অদুগী ময়াই অসুম-অসুম কনখংলক্লিবা।

মণি য়ুমশিদা, খুঙ্গংশিদা, মীংকুপ অমা ফাউবা লৈনীংদ্রে। লৈ-শুগী ফজবা, কৌনাগী ফজবা, শিংদা তুরেলগী ঈচেলনা মাবু তপথহনবা ঙমদ্রে।

মমাদা তত্তনা হংলম্মী-ইমা ! ঐখোয় কৈদৌঙে চংকনি ?
- কুইনা লৈশি হায়বদাই চংনীংলব্রো ?
মণি মখা তারক্তে ।

- অরুনা লাকলমবনি। মমানা মখা তারকই - হয়েং নঙবু চাক কৌনি হায়। মাদি চাক থোংবকা য়াম্না হৈরে হায়য়ে। চানীংদ্রো ?

মণি খুমদে। অরুনাগা মরি লৈনবা ঋাহং অমতা মমাগী মমাংদা পাউখুম পীনবা থৌনা লৈত্রে।

*

হয়েংদি মণি ময়ুমদা হল্লগনি ।
অরুনাহোয়না মণি মমা মচাবু চাক কৌরম্মী ।

মণিনা ইহে হৈনীংদবদু উবদা অরুনা মমানা হংলকই,

- কৈদৌরবগে মণি ! ঋাকা ইঙাঙ ঙাঙখিদ্রবশিবো ? চাকসু ইচা

চাদে । সহড়গী চাক এঙ্খাং অহাওবা চাবদুনা লবাইগী চাক এঙ্খাং চাবা হৈনদ্রবরনে ?

- হাওইদা ইনে।

য়াম্না লিক্লা খুমলকই ।

- অরুনা ক্বা পুথোরক্লো । নওদি লাইরিক্কা আ য়ৌরররিনিদো ? ঐখোয়গীদি লাইরিক তমহনবসু ওমদ্রে । করম থোক্লগদৌবনো খঙদ্রে ।

মণি চাক তোক্লে । অরুনানা ক্বা পুথোরকই ।

- খরা থেমজিল্লমুশে, নওবুত্রা শোন্দুনা লৈবনি।

অরুনা মমানা মখা তারকই । অকনা মণি চপ মান্নবা নোকমি-নোকমি তৌরদুনা লুকথখিবন্মী । মমায় অদো তঙাং-তঙাংলন্মী।

- নবানিদি করি কৌনৈ ? তামো কৌদ্রো ? নখোয়শে চাউরবনি ভাপ তাও।

কনামতা খুমদে। নোক্ত মনোকই।

অদুবু অমুক্তং ফাওবা অরুনাগী মমায়দুদা যেংলুবদি ওমখিদ্রে। ●

# য়ূমপুবীগী ঈশে

- ইশে, মাঙজবেদনা ঐদি। অসুক য়াম্বা হেন্তাক ঙাসি হূই নপা য়ানি মচা অসিনা শলাক শাবেদনা। মীৎকুপ অমতং কান্নবদা হেক্তা শোয়বনে।

ইমুংলোমদগী তফিং তফিং চেন্থোবক্লুনা হনুবীদুনা লাউবকই। হূইদো চেনখ্রে। শূমাং মতোন্দগী তেন্পাকলৈতুম অমা তনখুন খুল্লগা লংই। পানদা পানগদৌবগুম নীংমাল্লে। শাহ্ম খজিক্তং ফংবদা ঙসাইনা কোন্থোং ব্রাংম লানথ্রবা হূইনি। হূইদুবু চৈবমখৈ চৈকবগা ঙাওনা ঙাওনা চাইবিবা অদোমদা ওনশিল্লকই,

- পূম্নমক ইবন্নাইদু ঙাইখ্রে। মখোয়দি চাদ্রবদৌনা। কৈদৌবগে ঙৈহাক্তসু ময়েংবিবা ময়াইদনা। অঙাং অমগী মমাতং ওইরবদি লোইরে মহাবাণিদু ঙাইখ্রে। অঙাং অমুক শুন্বদা মীৎকপ মঙা, ইকবদা পুং চাক্তরেত।

ঐখোয়সু মমা ওইবক্লিবনি অশুম্না খক তৌজরম্তে । নুপানি হায়দুনা তৌবিবসিনা যূম্নগী মখাদা ঙাইহাক্তা লৈতবা । পৈশা মবি পুশিনবিবকপসু নত্তে; ময়ূম পানগনি হায়বতা মখঙবা মমা, মচা, নুপী থাক্তনি হায়বনি খঙদবা ।

মবী মবী হেক শম্নবা মখৈ ঙাঙই, থবক্তি লেপতে । ফনা শোল্লবীনি । কনাগুম্বা নুংঙাই যাইফবা ইমুংগী নুপীকা ওইববদি হিদাকফু পায়দুনা ফমমেন ফমলগদৌবা অহলনি । মবাইবক থিবনা মপুবোইবনা হাননা নোঙ্গাখিবদগী ইমুংগী লৈত লাইবা কোকথোম্নববী অহলনি । মতম কুইনা মচা উকদ্রবা তুংদা যাম্না তাঙনা মচানুপা অমা পোকই । মপাদি মচাগী মশক উজবা ফংদনা লৈখিদ্রে । মচানুপাদু চাউবে । ঙন্তানা নুপী থিবে । মশুনুপা অমগা নুপী অমগসু ফংজবে । অদুবু মচানুপাদু থবক ফংদবনি খঙদে থিদবননি খঙদে, থবক তৌদ্রি । বি: এ: পাস তৌবদি চহী অমা ফাববনি ।

মনেমনা মপান্দা ঙাঙবদু তাবদা ইমুংদা অঙাং শুমলম্বী মৌদু থৌরা ইশা শাদনা মোলি মোলি থোবক্তুনা হংলকই ,

- কৈদৌববগে তৌবিবসিবো ? অঙাং ঙৈহাক শুম্বা ফাওবা যাদ্রববো ? ঙমদ্রগা অদুম হেক থম্বীবম্মু ইবাই লোইশিনজহৌনি ।

- হায়জদে ইবেম্মা হাযজদে । আঃ হূই শূনীংদবসিবু হাযজবনি । চাইবিবদু লোইশিন লোইশিন্না খুম্নকই ।

- মীনায বাশিদা পোক্লবী ঐনা মপু মচাশিংবু ঙাঙজবা ঙমজপোৎ নত্তে ।

পংকন্দি কন্দনা মমৌ অদুসু খুম্নকই-কবি ৱাঙাঙ শাঙাঙনো চুম্না মচা-মমৌ ওইবগী ঙাঙশক্তবসিবু ? প্রমাণগা পাদ্রেগা । অহল নত্তগুমই । লৈনীংলুবদি হায়কনু খাংপোক অসিদা অঙাংশিংসি য়াওবম্বগী তৌনি ।

- হৌই ঐদি ফত্তবীনি হিংচাবী । হিংচাবীদুগী চেঙ চাদুনা হিংলিবনি হায়বসিদি কাওগনু ।

মায়-মীত্তু ইঙাংহেক ঙাঙবমখৈ লাউবকই । কবিসু ইতৌ তৌজদবা মনাক্তা শান্নজবিবা মশুনুপাদা অমুক ওনশিললকই ,

- নঙদি কৈদৌই তানখোকপদি ?

খুবাক অচৌবদুনা শেং লাউনা থাজিল্লি। অনীরকশুনা ফুগে তৌবদা মশুনুপাদু চেনখ্রে।

পেরি পেরি লাউরকই- উসু উহৌদনা ?

মমৌদুনা লাপতক লাউরকই -চঙলুনুনে অদুবাইদা নঙবো ।

- চৎপিখ্রো নখোয়দ কদায়দনো ঙমজদ্রে লাই লাংপগুম লাংপা।

অয়ুক নুমিৎ চুপ্পা অমা মাংলুরবা মচানুপাদুশু হনজিল্লক্লে ।

মমানা লাউরম্লদু তাবদা হংলকই - কৈদৌরবগে ইমা নুমিৎ চুপ্পগী. উরাও থরাওদুনতা লৈবসিবো ?

- মহাক্তুম্বনসু ঐবু উরাও থরাওবাকা হায়দুনা ! চৎপিখ্রোনহে। নঙ ঐ করিসু থোক্লদেনে। ইচাকা পোকচদে।

মমাগী নুংশিৎ খঙবা মচানুপাদু মখা তারমদ্রে। মাগী কাদা ইরেন চঙখ্রে। খর ঙাঙলম্লগা মমৌদুসু ফিশা শঙদা চঙখ্রে । হনুবীদুদি কবিনো ঙাঙহৌবী। ঙাঙনা ঙাঙনা ফি শেংলি কৈথেন কাগদৌবগী । মী মঙাতা লৈবা ইমুংদু হনুবীদুগী খোঞ্জেল নত্তনা অঁতে তাদে । মবোক্কী খুবাক অচৌবা অমা চারবা মশুনুপাদু শূমাং মতোনগী পুংদোন মথক্তা তোংলদুনা মবোক্কী কূম্মে য়েংলি।

হনুবীদুনা ঙৈহাক ইমুং চঙখিবদা মপান্দু ইচিক চিকই । অদুবু কুইদে নোং খাকপগুম খাকলকই,

- হে সৈত্যা ঐদা শিজনীংলেদকো। শেঙ্গাওসিদা লূপা তরুকতং ললোলশেন ওইজনবা হাপচবদুসু মরি হুরানবিখ্রবনিনেসে। মাগী ইমো হায়বা শূনীংদবগী মচাদু শোয়দনা ওইবমগনিয়ে। ঐবু নপাগী শেঙ্গাও ওইরবোই নীংব্রো ? আদনা মীগী শেলনা খ্বাং কোয়বে শোৎচিন শোৎচিন্দুনা চাবদা। মমাশাবী মপাশাবশা শিংলকউ। শিংলকউকো। য়ারোইদৌনি। কৈথেলকা অমতা চৎলোই করি চাগে য়েংগে ?

পুংদোন মথক্তুদা ইমোদু কিবোই নোকনীংবোই মবোক্কী মতৌদু য়েংলদুনা নোক্লম্মী। মহাক্লা লূপা মরিখক লৌথোক্লগা য়েন্নাও লৈথোকখ্রবনি। মবোক্তু মখোঙ-মখূৎ শং তিংথোক্তুনা চিন্তা তৌদুনা লৈখ্রে। তাঞ্জা অসিদা লমজাউরোমদগী নুপী অমনা কৌরকই,

- হো সনাইবেম্মা কৈথেল লেঙখইদ্রো ?

মীৎকপ খংথোক থোক্লকপগুম ফুক হৌগৎলি ।

- লোইরে লোইরে রিক্সো অমত্তা ফারম্মু ।

ফাদেক্লম্বা শময়ামদু তাশিন, পুনশিল্লদুনা খুমলকই । মিংশেন্দা চেপথ চেপথ য়েংলদুনা ঙাঙবা অমুক হৌই - কয়াদা থেংগ্নবনোসে ! ইমান্নবগা মীমান্নবা হায়বদো শুকফং হেক ফংলরোইদৌবনে । মাগী ইমো হায়বদো লাকখিনিদনা ঙসি !

তাঙ্গাসিদা পুংদোনদা তোংলম্বা ইমোদো ইখঙ হেক খঙহৌদর্মখে দুপ লাওনা তারক্লমই । হনুবীদো লবাই শাংখি । শমজি শেমলম্বদগী ফুক হৌগৎদুনা কোইলাও লাউরকই,

- ইস ! ইশু শিরেদনা হায় নখোয় কনা কনা লৈবগে ? ইশু সিমতং য়াওবা অসি ফাওবা থওইবিদবা । আঃ ম্রাংগ্নবসিদগী হেক তাবনিনে ইশ..... ।

কা মনুংদা লৈরম্বদগী নুংশাথিনা মচা নুপাগা মমৌদুগা চেহ্লোরক্লই । মবোক্কী বীকারদু উবদা খাঙবা ঙমদ্রমাল্লে ইমোদু করিসু ইতৌ তৌদবা শারদুনা থিক থিক নোক্লদুনা হৌগৎলগা চেনখিরম্মী । মশু মবেনগী মতৌদু উবদা জুরি তাফমদা মচানুপাদুগা মমৌদুগা ওনশিন্নরদুনা ইশি শিবা মখৈ নোকহৌই ।

"থিদা য়োংগী মচাসিদে" হায়দুনা হনুবীদো অমুক ঙাঙথবা হৌই । ●

# চেক্লা পাইগ্রবদা

- শোমদা ঙাথবিরকউ।

নাকন্দা ফমলিবী মৌ নহা অদুনা হায়রকই।

-য়ানি।

ফিভম শেমলদুনা ইবোতোম্বীনা খুমলকই। তূম্বমক্তি তূমদ্রবসু হাইফেৎ উইরুরমাল্লে। ষ্টেসনগী চঙ্গাংনবা মখোল, নম্মাথিরবা মনম, য়াক্লা শাবা নুংশাগী মৈশা তপ্না-তপ্না লৈহৌরে। বস মনুংদা লাওলম নিল্লম্বা পূম্বসু নেমথরে। অদুবু থম্মোয়গী চরাঙনবদি অসুম অসুম হেঙ্গংলকই।

থা তরুক মাবু চেকশিন্না কোনশিন্দুনা থম্বীরম্বা ডিমাপুর ঙসিদি থাদোক্লমলে। তাম্ভোরকপা নত্তে মানা। নিরকপনি কায়না ঝাহেনা, মীংকী পিগা লোইননা। থোঙনাউগী মায়কৈদা শান্না য়েংথোকলুই। উরকই

- ইম্ফাল অথবা ডিমাপুর লম্বীগী নাক য়েংতা উপাল বাপালশিংনা মখূৎ হাইর- হাইরদুনা থিন্দোক্লিবদু। মহাক কায়নবদা নুঙশুক নুঙজানরবা অমুবা লৈচিন্না শিঙ্গরি পি মরিক-মরিক। মতেক-মতেক খ্বর কুনগৎলি ইবোতোম্বী। কায়নবগী নুংশা খ্বর মরক অসিদা তত্তনা হংলি থম্মোয়না থম্মোয়দা,

- লম্বী অসিবু চূমলিব্রা ! মহাকপু অমুক' পোকপিরক্লবা লমদম অসিবু থাদোক্তুনা চৎলিবা লম্বী অসিবু চূমলিব্রা !

ইম্ফাল য়ৌবা এম, এস, টিগী গাড়ীনা ইম্ফালগী মায়কৈ তম্না পুবি । অসুম অসুম তামহৌরে ডিমাপুব । অদুবু কবম্নদি কাওকবগনি, লমদমশিগা পকশিন্নগ্রবা থৌদোকশিং অমসুং পুন্সি অদুবুদি ! নোংমা পুন্সিগী চিরবা মীৎকুপ অমদা কোনশিনবিথি লমদমশিনা।

১

গুবখা হোটেলদুদা পূজাবিগী থাবৈগী চৈনানা মহাক ব্রাহ্কবে । মকোক অদু ঈ থোক্নে । মহাক্না জ্ঞান লাকপদা নুপী অদুগী মতম্বাক্তা লৈরমলে। মহাক্না মমীৎ হেক পাওথোকপগা নুপী অদুনা হায়বকই,

-থোকখিনু হায়শিদা য়াদে হিংচাবশিং অসিগী মরক্তা ।

মীযামলোমদা অমুক ওনশিন্দুনা চৈবকই ,

- করিনো ময়াম্না কুম্মৈদৌনা য়েংলিশিবু। নশাদা মীনুংশি হায়দু মচেৎ অমা ফাওবা পকত্রমালে । ফনা লাল্লবসু শোক পল্লবদি য়েংবিবা য়াইদনা ।

হোটেল মেনেজর অদুদা অমুক ওনশিল্লকই ,

- মীবু অসুক তমথিনা ফুরিবা করিগীনো, চাক চরা অমগীদমক্তা ? নুংতিগী শা-ঙা হাৎপদুদা নখোয়গী থম্মোয়দু নুং ওল্লমাল্লে।

হোটেল মেনেজরদু শাউবা উৎতে । মশাগী ইজ্জৎপু চেংনা ঙাকচবা মীওইনি । অদুনা অশাউবা ফাথদুনা খুমলকই ,

- অঙাংশিংনা খঙদদুনা শোইগ্রে দিদি ! শাউরনু ঐ হিদাক লাংথক লৈজগে ।

নুপী অদুনা ইবোতোম্বীদা অমুক ওনশিল্লকই ,

- নঙবু কয়ামুক চাদ থকত্রবগে ? ঐবু অশুকথিনা য়োল্লিবশিবু কৈগীনো ?

ইবোতোম্বী পুম্নক ঙকই। মঙগুম্বা থৌদৌনি। ঙকপনা খম খেই। হেক্রোই ওক্কবা হায়বদুরা !

- হৌগৎপা ঙম্মগদ্রা ? চৎলশি।

- কদায়দা ?

- য়ুমদনিদনা ! শে মী মমাঙদা ইকাইশে।

ইবোতোম্বী নীংঙাই অমুক তৌদ্রে। হৌগভুনা নুপী অদুগী তুং ইল্লক্রে।

*

নোং লেপপ্রে। নুংশিৎশু লেপপ্রে। মহাক মিকপ থোক্লকপগুম তৌরকই। মাগী ওইদা ফমলিবী নুপীদুনা অমুক হংলকই,

- থোঙনাউ হাংদোক্লিদু ঈংদ্রা ?

খুমদে ইবোতোম্বী থোঙনাউদু থিংজিল্লি।

- ঙৈহাক পোত্থাবা য়াদ্রা য়েংউ।

করম্না তুমগদৌরিবনো !

- চম্প্রা য়াওখিবদাই ?

নুপীদুনা হংলকই। ইবোতোম্বী চম্প্রা লৌথোক্তুনা পী। নুপীদুগী মশাদা চোকথবগী মমি মচেং অমতা তাদে। কয়াদা মথৌনা লৈপ্রবা ! ঙরাং অহিং মখোয় অনীমক মীৎকুপ অমা ফাওবা তুমলক্তবনি। ইবোতোম্বীদি মশাদু ইমুন মুহুরে।

- থা তরুক চুপ্পা মহাকী মরুম থুপ্পা হিংলকখি অমুকসু হিংখিবা তাব্রা !

মথন্তা হংজয়কই ইবোতোম্বী। লৈত লৈগুম থোং নৌরবা নুপীগী থম্মোয় অসি কয়াদা হৈনা লোৎশিল্লমলিবা !

থা তরুক অদুগী শাংলবা ইতিহাস ! ডিমাপুরগী ইবোতোম্বী ! কায়নরমদাইগী মীৎকুপশিদা অমমমতা ওইনা চোংথোকলক্রে।

২

মহাকপু গুরখা হোটেল অদুদগী পুরকখিবা নুমিৎ অদুদগী ইবোতোম্বী ইনদবা দলিল অমনা পুনশিন্দুনা থমখিবনি।

- নুপানা অদুক চোগ্না হিংবা ! ইকাইদ্রা ?

মহাক্কী যুম হেক য়ৌবগা নুপী অদুনা হংলকই।

- মদু হায়নব্রা, ঐবু শিদা পুব্রক্লিবসে ?

- কনাসু মশাগী কান্নবা লৈতনা থবক তৌদে। নহাককুম্বা লৈক লৈজদ্রবা, নোংমগী চয়া ফাউবা থিদুনা চাবা ঙমজদ্রবা, পুন্সিনা তত্তনা করেম্নবিরবা নুপা অমগী দরকার ওইরকপা কুইরবনি।

- ঐবু অদুগুম্বা মীওইনি হায়বসি করম্না হায়রিবা ?

- খঙই। নুমিৎ হুম্নি নঙ বেড়ি মচৈ অমা ফাওবা থকপা ফংদদুনা খুন্দুনা থকই। অহিং অমা ব্যাগানগী নালাদা, অহিং অমনা ষ্টেসন মাষ্টরগী য়েনখাদা কৈথেল শনগুম্না থুগুনা লেনখি। ঙরাং অহিংদি নঙ শাথিনা ব্রাখি, চেনবদা। চেঙ লৈবগী হিংহৌবনি বাজাগী খুৎপুদুনা ফংলমলবদি শিব হায়বশিদি শোইদ্রবনি। নুপ্রানা অদুক পাংস্রিবা করিগীনো ?

ইবোতোম্বী পুমঙক ঙকখি। পুম্নমক অচুম্বা ঙাক্তনি। অদুবু মহাক্না মদু করম্না খঙলিবনো! ঙক্না হংখি,

- নহাক কনানো ?

- ঙকপ্রা ? নুপীদি চাকথুমগী লৈরংগুম্বনি, করিসু খঙদবনি। মসি নত্রা নখোয় নুপাগী মীৎয়েং ? নহাক্তি শিবসু কি হিংনবা হোৎনবসু ঙমদে।

- ঐ হিংবা পামদ্রবা মীনি।

- মীনম্বা ব্রা ঙাঙগনু। পামদবা নত্তে। মীকিথি, পাঙদবগী ব্রানি। মীওইবা খুদীংমক হিংবা পামই, খুয়া তুশিংনা, মক্রেক মহাও লৈনা, অর্থ থোক্লা। তাৎকি ব্রানি - নহাক করিশু শিনীংদে। মীনমদনা হায়য়ু নহাক হিংনীংলি।

ইবোতোম্বী ময়া কুমখি। চঙক্লরিঙে নুপী অদুনা মখা তারকখি,

- ঐগী ব্রাদ য়ারবদি, লম্বী অদু লৈরি। ঐদি ওইদবা ঙাঙলোই। মঙক মথৈ লোৎশিল্লগা মশাবু কনানসু উদ্রে খঙবা থেজুগুম্বা নত্তে ঐ।

- মিলা নত্তে। দ্রামাগী বান্ধেগুম্বা বা ঙাক্তা ঙাঙগনু। মদু ঐ হৈনদে। হায়নীংবদু হেক্তা হায়য়ু।

- নহাক ঐগী নুপা ওইনা য়ুম অসিদা লৈবা অই ।

- য়াফম অদু অদুক লায়না হেক্তা হায়রিবা কয়িদীনো ?

- অপণ্ডবা মীতনা মশা শিংই হায়নবা বা য়াম্না ওাওই । হায়গদবা লৈরবদবু লোৎলুদনা কৈদৌরুনি। ঐ হিংনীংলি, অদুনা হায়রিবসি হিংনবনি। ঐ ওক্তবীনি । মমল পীবা ওদ্বা নুপাশিংগী শান্নপোৎনি।

- মদুদা ঐগী কান্নবনা করি ?

- সমাজ অসিগী চৎনবী পূম্বা নুপানা শেমই । নখোয়না নুপা মখেবু মনীংতম্বা পী । নুপীবুনা মহৌশাগী ওইবা অশোনবা পাজল, পাংজদবা, ইকাইথিগনবা মতৌদা খুদোংচাবা লৌদুনা তুহৎপি, নৈহৎপি, শরাকতম্বী । নখোয়না থৌরাংলকপা মতমদা নুপীগীসু ওইগদবনি হায়বসি নখোয়গী নরমচৎনি। হৌজিকসু ঐবু নুপীনি হায়দুনা নমথনবা তাঞ্জা থিরি।

- নওগা খৎননবরা ঐবু পুরক্লিবশে ?

- অদুনা ঐগীসু নহাকুম্বা নুপা অমগী দরকার লৈ। নখোয় নুপানা শেম্বা সমাজশিদা হিংবদা অপনবা লৈতনবা, হিংমিন্ননবা,শুপ্পগী মীয়াম মমাংদা ঐগী নুপা শাননবা। ঐ নওগী ননীংতম্বদা খুৎ খক থিংজিনলোই। অদুবু মসিমদি তৌবতাই - অয়ুক নুংথিলদা য়ুম অসি শংহৌবা, নুমিদাংদনা ষ্টেসন্দা লাক্লুনা ঐবু ওক্লবা।

- নহাক্লা কদায়দা ?

- ওসাইনা হায়গ্রে । ঐদি নখোয় মীয়াম্না তুকচনা তিনশিংলিবা ওক্তবীদুনি ।

- মীগী মতেং য়াওদনা হিংগনি হায়খিবদুদি ?

- হিংমিন্নবগী বানি।

- ঐনা য়াদ্রবদি ?

- অদুবু খল্লু খুদোংচাবা হায়বশে অনীরক খক হুল্লক্তবনি ।

নুমিৎ অদুদা ইবোতোম্বী খনখি,

- অহিংসিমদি নুংঙাইনা তুম্নলগা হয়েংমক মফম অসি থাদোক্লুনা চৎখিগে।

নুমিৎ হুমনী চারক থক্লক্তবনা চোকথরবা হুকচাংদু তাবগা অদুমক তুমথগ্রে।



নোংঙাল্লে হায়বসি নুপী অদুনা হৌদোন্নবা মতমদতা খঙলকই । ফনা ফজনা থেঙলমলে । মন্নাঙদা নীংথিজনা ফিজেৎ লৈতেংলদুনা নুপী অদু লেপ্লম্মী । ইবোতোম্বীনা মীৎ পাঙথোক্লকপদু উবদা হায়রকই ।

- চাক লৈহৌরবনি । ইরুজগে হায়রগা মনীংদা পুগ্রি মচা অমা লৈবনি। ঙসিদি ঙন্না লাক্কনি । ওক্লমদ্রবসু য়াগনি।

ইবোতোম্বী খুম্বা নংদে। থোকপ্রে। ঙকহৌই,
- করম্বা মীওইনো সিবো, ঙরাংতা থেংনবা ঐঙোন্দবু ময়ূম অসি শিন্নরমলি !
থুনমক অমুক হঞ্জিলক্লগা লৃপা মঙাখক পীবদুনা হায়বকই,
- মসিনা চুরুপলা, বেড়িবা লৈয়ু।

বাঁহে অমতবু খুমখিদে । হিপ্পা হিপ্পা মমীৎ তক তরু পাঙলদুনা লৈহৌই। মদোম হংজরকই,

- করিনো তৌগদবা ! ওক্তবী অসিগী মরুম্বী ওইনা লৈবা তারবা !

বারেপ তাবা ঙমদে । খনবা মখৈ খল্লুরগা ফুক হৌগৎতুনা অকোয়বদু য়েংই । কা অদুগী নোংচুপ থংবা নাকন্দা থোঙনাউ অমা লৈ । থোঙনাউদুগী মনাক্তা চৌক্রী অমা থাবি । থোঙনাউ অদুদা ফমলদুনা নোংচুপলোমদা য়েংথোক্লবদি উগনি - পাক্লবা লবুক। লবুক অদুগী ঙমখৈদা চীং মচা অমা। থোঙনাউ অদুদগী ইরাপ লাপ্তনা গুণমোহব পাম্বী অমগা, লেপকং কংলবা জালোন পাম্বী অমগা হৌরি । মপালনা ইঙাং ঙাংনা শাৎলিবা গুণমোহোর পাম্বী অদুগী মথক্তা মচু মচুগী উচেক মচাশিংনা ইয়োম য়োমশিল্লদুনা শান্নরি। অকংবা জালোন পাম্বীগী হাইথরকপা উশা অমদা লমখুনু অমথক লাক্লা লাক্লা খোংলদুনা তেংথাবগুম তৌরি ।

অহিং অমদগী অনী, অনীদগী অহুম, অহিং কয়া হৌপ্রে। অহিং অমতদা মীৎকুপ অমফাও বারেপ লৌখিদবা য়াওদে,
- খৃদক্তা মফম অসি থাদোক্তুনা চৎতবা য়াদে।

অদুবু থৌনা লৈখিদে, ইনদবা দলিন অদুদগী নাম্ভোক্লবগী।

- মাঙত্রবা থৌনা !

চৌক্লীদুদা কয়া কয়া, অহাঙবা থোঙনাউনা উহল্লিবা দৃশ্যগী ওর্মখৈদা য়েংন য়েংন ভেংথারি মাঙত্রবা থৌনাগীদমক। মতম অমদা কয়াদা ব্রাংনা লৈরমত্রবা মাগী নাপল ! পুক্নীংগী অপান্নবু ইচং থৌনা পাঙথোকপা ওন্নগী থৌনা !

❋

ইবোতোম্বী ইন্স্ফালদা পোকপনি। মচিন-মনাও তরুক্তী ইতোন তোনবনি। চহী তরাতা ওাইরিঙেদা মপা লৈখিদ্রে। অদু ওইরবসু মমা লুপ্লাবী অমসুং ময়াম্বা অনী, মচে অহুম্না ফদি ফরাতনা ওইরবসু চেংনা কোনশিন্দুনা হিংলকপনি। অদুবু নহা ওইবগী লৈতাদ্রবা থম্মোয়না মহাকপু চেন্দুনা পুখি। মীরক তিন্নুই, মমান্নবা তিন্নরুই, মহে তমলুই। মীমান্নবা ওমখিদে। মমা লুপ্লাবীদুনা কৈদৌরুনি। আশা মাঙখি, লল্লী মমখি। অমমম্বা মরক অদুদা মঙাল অমতং পীরিবা হায়ববু ইবেয়াইমতনি।

- নুপানা অদুক পাঙদ্রিবা কবিগীনো ? হৌজিক কানশিদবু মেট্রিক পাস তৌরগা কৈদৌগদৌরিবা ? মথা তমথখিশি, ঐসু অঙম্বা মতেং পাঙগে। পুন্নমক নীংবা থুংবা হায়বসিবু কনা লৈগে ?

- ঐ কনাগীসু মতেং লৌদুনা থবক তৌরোই।

- মদু নহাক্কী কান্নদবা নাপলনি। ঐবু নুংশিবা ব্রাংপগী ব্রানি।

- কান্নরোই ইবেয়াইমা ! নঙগা ঐগা য়াম্না লাপ্নে। পুন্সিদা নোংমদি নপি তারক্কনি ! মদু ঐ য়েংবা ওমলোই। ঐনা মরম ওইদুনা কনাবুশু ব্রাহনবা পামদে। মতম অসিদা কনানা কনাগী করি তৌবা ওমলুগনি।

- ঐ লোইন তৌবা ওমগনি। হায়য়ু পামজিবদু করিনো ?

- নহাক্লা ঐবু কাওখিবা, নখোয় পুপুগী ব্রা ইনখিবা।

- ঐ শিবা ওমলোই হায়না খনগ্রা ?

থৌনা পীবতা নত্তনা ইবেয়াইমা মহাক্কীদমক মতম পুন্নদা লেপখি। ইবেয়াইমা মথন্তা পোকপনি। মমাসু, মপাসু ওন্তানা কাইনগ্রে। মপুবোক্লা য়োকই। মপুবোক্কী লন-থুম মরাং কাই। অদুবু ইবেয়াইমা নত্তনা কনাসু লৈতে।

ইবোতোম্বী ইবেয়াইমাগা লুহোংলে । মমা, ময়াম্না মচেশিংগী অপাম্বগী মায়োক্তা নুপী ময়ুমদা য়াওং ইন্দুনা লৈবা তাখি । শেংনীংবা শেংলে, চানীংবা চারে । নীংলকপা মতমদা অপাম্বা শেন মথুত্তা পাইরে । অদুবু মদুনদুম হেন্না চৈনা ওইখি । নিঙোল মবা য়াওংইনবা নুপা ওইনা নুপী ময়ুমদা যুম্বানবগী মহিংনা মাবু নুংঙাইহনবদি ঙমদ্রে। মরেক মহাও থাংদ্রবা পূক্লীংগী শরৌ অদু নমথনবা হোৎনবদা নিশাগী মপান তাংখি ।

ইবেয়াইমা মপুরোইবগী পূক্লীং খঙই। নোংহেক ঙানবদগী য়ুমগী মখাদা ঙৈহাক্ত লৈত্রবসু, নিশা চাবা নুপাগী নুপী ওইবা পামদ্রবসু ব্রাহৈ অমতা ঙাওদনা খাঙজখি।

- নোংমদি শোইদনা মসিগীসু অরোইবা লাকনি ।

থেমজিনজখি মপূক্লীংবু। চহী খবগী মতুংদা মচা নুপী অমা পোক্লে। অদুবু ইবোতোম্বীগী শাজৎতি হোংদ্রি।

কবিগুম্বা মতমদা শোক্লাংননা, কিজনা ব্রাকৎচৈ,- নঙনা হায়বদা ঐনা করি যাখিদবা য়াওবগে ? য়ুসিদা থক্কনু য়াদে ।

খুমলকখি অখাক অরাওগা লোইননা - নঙগী চেঙ চাদুনা ঐ হিংলি । ঐ নিঙোল মবানি। ঐ খঙই । মসিগী অরোইবা নুমিৎসু লাকপা য়াই ।

ইবেয়াইমা মখা তাদে । লোৎনা লোৎনা কপ্চৈ মবাইবকপু চৈজরদুনা।

মপুবোক্তি থাইনগী মীনি । ইবোতোম্বু মাগী শাজৎকীদমক য়াদে। অদুবু অমত্তা ঙাইববী মশুনুপীগী নুপানি । নোংমদি মপুবোক্লা ইবোতোম্বীবু কৌশিল্লম্মী।

- তোম্বী ! নঙ ঙাওগদবা মখৈশু ঙাওরুরে । ঐগীসু ইচানুপা অমা লৈবা নত্তে । নচানুপী অমসু পোক্লে । অঙাং শাদুনা লৈবা মতম নত্রে । নোংমদি ইয়ুং অসি নঙনা কোন্দুনা লৈহৌরগদবনি। ঐদি ঙসি হয়েং খঙদ্রবনি । অদুনা ঐ লৈরিঙৈদা নশা ইৎপা ঙম্মবা শেমজহৌ। অদুগী অচংবা পূম্বা ঐ লৈরি ।

ইবোতোম্বী খুমদে। মপূক্লীংদা শাউদ্নীংবদুম পোকখি, নুপীগী মরনন.

হিংবা পাম্বা মী নত্তে ঐ । মহাক্ত নুপী ময়ূমদা য়াওংইনবা নিঙোল মবানি হায়বশি মীৎকুপ অমতসু কাওবা ঙমদে । মাগী নুপীবু পুদুনা চংনবগী থৌনাসু লৈতে। তুংদা মীনা ঙাওনবা তাই ।

- হনুবসিগী মরনশিংসি নিঙোল মবা 'সিনা তুমহনগদৌরি।

মরূপ মপাংশিংনা ফাগি তৌই - ঐখোয়সু ইবোতোম্বীদৌনা শামু লোইবী, মদোম পোকপী অমদা য়াওং ইনবনা চুমদৌমাল্লে।

মখোয়দদি ফাগিনি অদুবু ইবোতোম্বীদদি বাহৈশিং অদো তমথিরবা লিনগী মহুনি। অসিগুম্বা বাহৈ মচেৎ মচেৎশিং অসিনা মহাকপু লৈতাহন্দে। খোইদৌ শাওগৎহল্লি।

ফাজিন-থেমজিন্দুনা থমলম্বা থম্মোয়নুংদা ওমদুনা লৈবম্বা বাখলশিং অদু নোংমদি মনীংতমলকখি। মৈরিথোক্লা চাকখৎলকখি। মচানুপী অদু নারি। হিদাক লৈগনি হায়দুনা অয়ূক্তগী থোক্লকপদগী ইবোতোম্বী মরূপ মপাং খরা থেংনদুনা থেংদোকখ্রে। নুমিদাং পুং তরা তারে মহাক্লা য়ূমদা হঙ্গিলকপদা। মাইবা অমা লৈরম্মী। মপুবোক অদুসু মাগী কাদা লৈরম্মী। মাইবা হেক চৎখিবগা মপুবোক্লা ঙাঙবা হৌরকই,

- নঙনা তৌবিবসি করিনো ? উৎশিত্রিবা হায়দুরা ? নঙনা কুশি তৌবা য়াবা ইমুং নত্তে। ঐ য়েংগে হায়দুনা য়েংলকপনি। লৈনীংদ্রগা, হেক্তা চংখো। করি তৌবগী হঙ্গিল্লকইনো ? মচা নুংশিবসু খঙদবা ! নুপা মান্দবা। নুপী থিনিতা খঙবা, মতু-মচা থাক্কনি হায়দি খন্দবা !

ইবোতোম্বী খুমদে। অহল অদু থোকখ্রে। ইবেয়াইমনা মখা শমথরকই,

- নুমিৎ হুম্নী শুরে অঙাং অসিনা ময়াদা করিমতা তারক্তবা হায়বসি খঙলবা ফাওবা য়ূমগী মখাদা লৈতে। মাইবা, ডাক্তর অমতা কৌবিনীংঙাই লৈতে। অহল অসিসু শোল্লে। নুপী ঐনা মাইবা কৌরুই। কৈদৌগে অঙাংমকসু নত্তে হনবা য়ারেনা।

অশাওবা ! নুংদা ফুমদুনা লৈরম্বা অশাওবা পূম্বা ইবেয়াইমম্বী মথক্তা হৈথরক্লে,

- ঐ নখোয়গী চেং চাদুনা হিংই। নখোয়না হায়রিমখে য়াও,

হায়বা ইনবা নিঙোল মবা ওইনা লৈয়ু শিরো ? মীগী ব্রাহৈগী মখা থাদুনা লৈবা হৈনবা, নুপীগী লন-থুমদা মীহৌদুনা লৈগদবা নত্তে ঐ ।

- অদুবু ঐনা করি হায়গ্রবগে ? নহান মখৈনা নহানমখৈ ওইরবসু নারক য়েক্কবদি খরসু খন্থবিবা য়াইন্না । সিবু ঐতগী ইচারো ?

- ঐ খঙই, ইবেয়াইমা ! কাম্নরোই । ঐ নখোয়না পামলিবা মীওই অদুদি ওইরোই । নখোয়গী নীংথৌহনবসু ঙমলোই । ইবানি মতম খরা নঙবু থাকপা ঙম্নবগী থৌনা লৈত্রিফাওবদি কায়নবা তাই । অদুবু নোংমদি ঐ শোইদনা লাকখিগনি ।

অসুম্না করিসু লৈতবা ব্রাহৌ অসিদগী ইবোতোম্বী য়ুমদগী থোক্লকখিবনি । লমথুংফম খঙদনা লাকখি । কাছার তম্না লাক্লে । মাগা লাইরিক তম্মিনখিবা ইস্ফালদা লৈরম্বা মরূপ অমগীদা । মফমদুদা উ ললোনবা মহাজন অমগীদা হিসাবশূবগী থবক তৌদুনা থা তরেত নিপাল শকলোক্তুনা লৈখি । নোংমা মফম মরাং খঙদনা মহাজনগী উপুদগী লূপা লিশিং তরা মাঙখিবগী থৌদোক অমদা, মরান শিজিন্দুনা থা তকক ইবোতোম্বী কাছার জেলদা লৈরুবে ।

থা তরুক্কী মতুং জেলদগী হেক থোক্লকপগা ডিম্নাপুরদা থুংলরিবসিনি ।

*

- মাঙখ্রবা থৌনা অদু করম্বা মতমদা অমুক হঞ্জিনবা ঙমলক্কদগে ! মীংকুপ অমত কাউবা লৈত হংলি ব্রাহং অসি ।

- লম্বী অসি শুকম্লৈমক লৈত্রবরা !

লম্বী অনীখক্তা লৈরি । মমা অমসুং মচিন মনাওশিংগী নাক্তা চংখিবা । অতোপ্পা অমনা ওক্তবীসিগী মরুম্বী ওইদুনা হিংবা ।

মমা অমসুং ময়াম্বা মচিন মনাওশিং ! ইনখৎলকপগী লমকেৎলবা হে তোংবা ব্রাখলনা মমা-ময়াম্বা, শাগৈ-নাতৈ পুম্নমক্কী মায়োক্তা নুপী ময়ূমগী মায়কৈদা লেপ্তুনা পুম্নমক্কী ইজ্জৎপু খোঙগোইনবমলে । চংলমদাইদসু মমা নত্রগা ময়াম্বশিংদুগী অমতদসু ব্রাহৈ অমতা ফাওবা হায়রম্বা তৌদনা নাপল অমগা লোইননা লাকখি । হৌজিক অবোইবা খূংথারবা ফিভমসিদা করম্না মায় উংলুগনি !

নুপী ! মাগীদমক মতম চুপ্পদা রাজরকবী নুপী অদুগী রা হেক নীংশিঙলকপদা মানা চৎলমদাইদা হায়রম্বা ৱাহৈ অদু হেক হেক নীংশিঙলকই "- নঙবু থাকপা গুপ্পগী থৌনা লৈত্রি ফাওবদি নঙ-ঐ কাইনবতাই ।"

অদু ওইরবদি লম্বী অসি কদোমদনো !

অমুক উন্নৌ য়াররোইদবা লৈই অনীগী খোঙচৎনি । অদুবু নানথোক্লবগী থৌনাসু উত্রবদা ইবোতোম্বী, হায়নখিবা রা ইনবা তাখি। অয়ূক-নুংথিল চুপ্পা অমা হূইগুম যূম শঙহৌবা, নুমিদাংদা ষ্টেসন্দা মহাকপু ওকলুবা । ষ্টেসন্দগী খোঙনা নত্রগা রিক্সা তোংদুনা যূম তান্না হনমিন্নরকনি। করিগুম্বা মতমদনা কৈথেলসু কামিন্নগনি । তঙাইফদবা ৱাহৈ অমা অনী নওনা রা ঙাঙনরোই । যূম য়ৌবমদাইদা নুপী অদুনা হায়নবা তৌদনা লুপা মঙা নত্রগা তরা পীরমগনি, ক্না চানবা, চুরুপ থক্লবা নত্রগা শিজিন্ননীংবা শিজিন্ননবা । শেল অদু পুরগা ইবোতোম্বী অমুক থোক্লকনি য়ূ থকফমদা, বহাদুরগীদা নত্রগা হবিবুরগীদা ।

অয়ূক-নুংথিলদনা মমাঙদা বেড়ি চবুন অমা থমলগা কাগী খোঙনাউ অদুগী ময়াদা ফমলদুনা- গুণমোহর পাম্বী অদুদা শান্নরিবা উচেকশিংগী কৃম্মেদু য়েংদুনা লেনগনি । নত্রগা ফমুং ময়াইদা মথঙ্গা ফমলদুনা জুবার চে অমনবদু শান্নদুনা লেনগনি । চৎথোকপা তারগনা হবিবুরগী নাক্তা । শাংলবদা রমেশকী পান দুকান্দা । মরমদি ডিমাপুর ইম্ফালদগী পাংলাপ লাপ্পা নত্তে । মহাক মীচেননি, কনাগুম্বা ইম্ফালদগী খঙন-চান্নবা মীওই অমা হেক থেংনখিবদা মহাক লিংকম লৈরোই ।

করিগুম্বা নুপী অদুনা চৎথোক্তবা নুমিৎতদি চাকঙন চাথোক্লগা ফমুং ময়াইদা মায়-মায় ওনশিন্নদুনা জুবার নত্রগা শত্রং শান্নগনি । অদুগা খৎনগনি, চীন্দা পাউদানগনি - খোঙচৎ লাপ্লি-লান্দে, চূমই-চূমদে, চারে-চাদে ।

চৈনগনি মচেক্তা-ময়াদা মরৌলেবা ৱাহৈনা,

- নহাক্লা নুপা পূম্নমক্তা মীনম্বদু ঐঙোন্দগী য়ারোই ।

- মীগী ছীত্র য়েংবা, মীগী অশোইবা থীবগী থবকসি কলাক খমন ঙাউবা নত্রগা পাংদবা নুপীগী পূকচেন চেলবা নুপাতনা তৌই ।

- নঙখৌনা নশাগী ইকাই খুম্নববু য়োন্দুনা খৌনা ফবা শাগদবগী শরুক চন্না হেন্দুনা শিজবনা শরুক চান্না হেন্না ফৈ ।

- ইকাই খুম্নবা ! নুপীগী ইকাইখুম্নবা ! মী উহন্দনা, মপুরোইবা লৈবীনা অরোনবা চৎপী, মীয়াম মমাংদনা সত্তি শাবীশিং অদুবুরা নখোয়গী ইকাই খুম্নবা ঙাক্লা চৎপা হায়বদো ? অচুম্বা চৎপা- লমচৎ ফজবা হায়বদু ঙসিদি ব্রারী লাইরিক্কী ব্রানি । হায়য়ু মতমশিদ কনাবু অচুম্বা ঙাক্লা শেংনা চৎলিবগে ? তাঞ্জাগী ব্রানি, তাঞ্জাবু ফংলবা পূম্নমক শা ঙাক্তনি ।

- হুরানবা অমগী মমীৎতা মী পূম্নমক হুরানবা ওইনা উই । নহাক্কী নমিৎতনা নুপী পূম্নমক লমচৎনাইদবী !

য়েৎনবগী লোইবা নাইদে । নোংমনা পুন্সিগী অর্থ নৈনগনি, নোংমনা লমচৎকি, নোংমনা নুপীগী অথিকারগী । য়েৎনবগী ব্রাহৌদি অমদগী হেক্তা ওইবা য়াই, য়ূ ঙাওদুনা লাকপগী, য়েনশাং হাওতবগী, ব্রা অমা শোইখিবদগী, থেঙনা ওকপা লাকপগী, কুইনা ঙাই, ঙাইদেগী ।

ব্রাহেগী অথিংবা লৈতে । হায়নীংবদু পনবা তৌদনা ঙাঙনৈ, চৈনৈ ।

- নুপী হায়বশিদি পাপ ঙাক্তনা পুনশিন্দুনা শাই হায়বিবনি । মদুগী মথক্তা নঙদি মপু পান্দবী, নুপা লিশিংগী কামশিনফম ।

- নঙনা নথিবোং থাক ঙমজদবা নুপা । নঙনা কোনশিন্দুনা থমলিবা অফবা লমচৎ, অচুম্বা ব্রাখল হায়বদুনদি নঙবু খক পূক থলহনবা ঙমদে ।

-ওইনীংবা উপ্পালগী উরুম ওইশনু লম্বীদদি লৈরম্বা উগী উকমদু কোনুংনি, লৈমায়দু সিংহাসননি । ঐ খঙই নঙ লমচৎ নাইদবী ওক্তবীনি । নঙগী চেঙ চাদুনা ঐ হিংলি । মসিদি লমশাং লাকপদা থেংনবা উরুমদা ঙৈহাক হকচিক লাংবগুম্বনি । মসিবু নঙনা খল্লি ঐবু খুদুম চল্লে । ঐনা খনবসু লৈ ।

- নঙ য়াওদ্রবদি ঐ হিংবা ঙমলোই অসিরা ? নোক্লীংবা ব্রানি । ঐ কনাবুসু ফাদুনা থমদে । মরীন পান্দবগী ব্রানি ।

মহাক্কী ব্রাহেশিং অসিদা অচুম্বা য়াম্না য়াওরি । ইবোতোম্বীনা পাঙজদবগী ব্রানি । মওং মরীন নাইদবা নুপা নুপী অনীগী খ্বাইগা তায়োম্নবা মরী অমদা থা অমদগী অনী, অনীদগী অহুম পামদ-পামদ য়ানীংদ য়ানীংদ হৌগ্রে ।

নোংমা খল্লি - ওসিমক থাদোক্তুনা চংলগে । থেক্লকখি অচেংপা ৱারেপ অমগা লোইননা । অহিং অমা নত্রগা অনীদি লেনখি কনায়রদনো মফম অমদা । অদুবু থৌনা লৈখিদে নাহোক্লবগী । মতু ইশোন শোয়া হঞ্জিলকখি অতেবা শনগুম্না, মানা তুক্কচরিবা হৈনদ্রবা য়ূম অসিদা । থেমজিলকই থম্মোয়বু

- ওক্তবীশিদবু করি ইকাইজরন্দগে ! অদুদগীদি মহৌশাগী মহৌশা মরে, খংনবা, লাউনবা চৈনবা । অদুবু নোংমদি লালোও অমা হৌরকখি । নোংমদুগী নুমিদাং অদু ইবোতোম্বী মশা নুংঙাইতে হায়দুনা চংথোকলমদে ।

চাকচা তেক্ক মতুং মখোয় অনী মাগী মাগী ফমুংদা হিপ্তুনা লৈরম্মী । কাদু ইচিক চিকই, ওসিদি ইখং খংনদ্রে ।

অচিকপদু থুগাইদুনা নুপীদুনা হায়রকই,

- খ্বাং অসি তেক্কদৌরে । অমুক্তা নমগেরা ?

ইবোতোম্বী খর কল্লপ অশাওবা শক্তমগা লোইননা খুমলকই,

- ওক্তবীগী অতৈবা উন্সাদা ওাওবা নুপাশিংদা ওাওগদবা ৱাদু ঐওোন্দা হায়গনু । নশাদু শোক্কদবা তুৰ্কচে । নহাক্কী হকচাং কয়াংকী লাং অদুনদি ঐবু ফাবা থক ওমলোই । নহাক্লা খল্লি, নুপা নুপী ওইবগী মরী অসি খৌরাংলবা হকচাং কয়াং অনীনা ঙৈহাক ময়াই কামিন্নবদুনি । মদু নওগী অকাম্বা ৱাখলনি । নহাক নশক ফজে । নশা পূম্নমক নহা ওইবগী চুও ফীরান চারবা কয়াংশিংনা ময়াই ক্লারি । মদু পূম্নমক্লা য়াই । ঐসু য়াই । নশানসু মদুগীদমক নাপল তৌজরি । অদুবু নওনা খওদ্রে । নুপী পূম্বনা লোংনা, থুপ্পা, চেংনা থমজবা নুপী ওইবগী মমল নাইদ্রবা লন অমা লৈ হায়রসি । লন অদু নওনা কৌইহা হাদুনা য়োল্লি ।

মহাক্কী অচেংবদুদা খূদোংচাবা লৌদুনা মথন্তা পাওাওতা ওাওগ্রে । নুমিৎ অদুদি নুপী অদো ৱা অমতা ওাওলকখিদে । মমীং অদু ঈ কাবা মখে শাওখি হায়বদি খওখি । মসিমসু খওখি । নোংমদি শোইদনা মসিগী পাউথুম পীরক্কনি ।

থাজবা অদুমক চূমখি । নোংমা অহিং অমদা কনক পেম্ন পাউথুন্নলকখি ।



অহিং অদুদা ! কালেনগী ওমচাক্লবা, অহিং অদুদা ! ময়াই কারবা কা অদুদা ! ইবোতোম্বী থুংলখি, নিশাগী ময়াইগা লোয়ননা। থোঙ হেক কানশিনবা মক্তুদা নমলকই মহৌশাগা মান্নদবা নুংশিরবা মনম অমা। খঙলেপ লেপপি। লময়াইদুদা ঙৈহাক লেপলদুনা কোয়না য়েংই। থোঙনাউ অদুসু হাংলি। থোঙনাউ ফাওদুনা চঙলকপা থাবল মঙান্না তারি লময়াই অদুদা। মৈরি পিক্লা চাক্লিবা লালটেন দোশীদু চঙশিন্দুনা লৈখৎলি। দোশীগী মঙাললক্তা তিনগ্রে থাবলগী মঙালদো ।

উরকই ।

অনৌবা অনৌবীগী কাগুম, কা অদুনা ইনৌ নৌরম্বদো । মহাক্কী ফমুং ! নুপী অদুগী ফমুং ! পূম্নমক ঙিজোল হোংলমলে। ঈরু কারকপী মৌনহাগী শমলাংদগী চোইথোকলকপা চেংহী মনমগুম ফুং-ফুং কারকই, নুংশিরবা মনম অমনা ।

অদুগা, নুপী অদুনা কদায়দা !

অদুক থেংলবদু ফাওবা নুপী অদু তুমলমদ্রি। তরু তনাল্লবা নুপী অদুগী ফমুংদু ইহাঙ হাঙলি। নীংশিঙহল্লকই, অদুঙৈ লুহোংবগী অহিংদো। ইবেয়াইমনা অথেংবা অহিং ফাওবা তুমনীং তুমনীং তুমলমদনা খুয়াদা ফমলদুনা মাবু ঙাইদুনা লৈরম্বদো ।

ইবোতোম্বী কোয়য়েং য়েংলকই । কাইনথংদা উরকই । নুপী অদো ইবোতোম্বীগী ফমুংদা তুমলি,

- করিনো মসিদি !

অসুক কুইনা থা মরি মঙা লৈমিন্নরকপসি, মহাক্কী ফমুংবু হন্না ফাউবা য়েংদবনি। ব্রা অমদি লৈরে।

নিশানা মমীংঅ পঙউ উহল্লবরা হায়দুনা মমীংতু উইশিল্লগা অমুক পাঙথোক্নুনা য়েংই। চুমলে। নুপী অদু মহাক্কী ফমুংদা হিপলি । ফনা কুইনা চঙক্লনা লেপলুরবা তুংদা মপুক্লীংদা চিংনবা ফাওরকই।

চিংনবদু কোকনবা ইবোতোম্বী ফমুং অদু তম্না থোঙ থাঙজিল্লমী।

কাঙখলদু হাইদোকুনা য়েংই । তু চুংখি । কাঙখল অদু খূদক্তা থাদে । নূপী অদুগী মশাদা কি অমত্ত থোংদে । শুপ্নমী ফনেক মচি অমনা মখা থংবা হকচাংগী শরুক অদু কুপলি ।

মসিনা করম্বা লাললোঙনো !

ইবোতোম্বী শ্বর মশী হোল্লি। চিংনবদু অসুম অসুম হেন্জংলকই ! য়েংলুপ্রবসু মমীংতা উরকই দৃশ্যদো, ইকোক কোক্রবা নূপীগী হকচাংনা, তরু তনাল্লবা ফমুং মথক্তা তাবদো !

মসিবু অচূম্বমক মহাক্লনে।

কাঙখল অদু অমুর্ক হাইদোকই। মানি ! নূপী অদুনি। হন্দক্তি ইবোতোম্বী কাঙখল অদু থাদদরে। মীং অদু মীংকুপ অমা ফাওবা চোইদা মখে য়েংই । উরকই- নূপী অদুগী, অপোম্বা লৈগুম পোম্না ঙাল্লিবা থবাক, সমুদ্রনা ঈথক কারকপগুম চেংলবা খাংদগী হাইগংল্লিবা খাংলবা নীং, থাবলগী মচুগুম মেংলবা ফিনুংগী হকচাংগী কুচু, লোইহ্রোই হুইথল্লিবা ঙৌরবা কৈরু অনী। চিংশিন্দুনা থমখ্রে মহাকী মমীং অনীদু । মশাদু থক থক নিকলে । মতম কয়া থেমজিন-নমশিন্দুনা থমলম্বা নুপা ওইবগী লু-তোং, হকচাং কয়াং পূম্বা ঈহৌহল্লকে । মকা ফোংলক্লে, হকচাং কয়াংকী লমকেংপা লীচংতো ।

তিনশিংপা মখে তুক্কচরম্বা হকচাং অদো লৈত লৈ ওইখ্রে । শমলাংদগী চোইথোক্লকপা চেংহী মনমন্না লৈনম ওইদুনা ঙাওহল্লে মাবু লৈনমদা ঙাওরবা খোই নত্রগা কুরাককুম ।

কবি অমুক খল্লুনীংঙাই লৈরি ! মীওইবনি। মীওইবনা ফাওবা অঙীং-অশা পূম্বা ইবোতোম্বীদসু করিগী ফাওরোই । ফন কুইনা পূল্লীংবু লাকশিনজরম্বনি। থৌনা অদু ! হকচাং কয়াংশিংবু ফাজিন থেমজিন্দুনা থম্বগী থৌনা অদু লোইখ্রে ।

তিংথোকখ্রে তপ্পা তপ্পা মখুং অনী, থবাক্তুগী অপোম্বদু তম্না । থিঙ্গংলম্বা পল নমখাইদুনা চেহ্ররকপা শাফু কল্লবা ঈচেলগুম কহি ফুদোক্লা খূংশা মঙাদুনা ওনথোইদুনা শান্নরক্লে হকচাংগী থোংলবা শরুকশিংদা । চীনবান্না চীনবান্দা, হকচাংনা হকচাংদা। শাকংলাক্না হকচাংগী ঈনিল, নুংদগী হোন্দোরকপা নুংশা শ্বর য়ৈরকই হকচাংদা।

খুয়াদা তুমদুনা লৈরম্বা, থম্বাল লৈরিক (নুপীদুনা লুনা চান্না য়োকচবা হৌদোং) মীংকপ থোক্লক্লে। মমীং অনী অদু তরু তরু শাওলদুনা ফনা কুইনা য়েংলম্মী। থম্বাল লৈরিক ঙাহৌখিমাল্লে। ফমুং অদুদগী চোঙথরদুনা চংশ্রে।

চীনগনবী, মশাগী নাপলনা লময়ৌনা কাদুনত্তা লৈবী, মীনা লাকচবা য়াদবী নুপীদো ঙসিদি শুদ্রয়োকশঙগী কৈ অমোমগুম তেখরে। বা অমতা ঙাঙলকখিদে। পীরকপা খুদীং ওকখি তরাম-তরাম, তাল্লকপা খুদীং পীখি হরাও-হরাও। শান্নমিন্নখি, থকমিন্নখি মীংকুপ অদুমদি ইন্দ্রিনা ইন্দ্রিগী ময়াই কাবদু।

*

ফনা কুইবা অমা বা অমতা ঙাঙনদনা, হকচাং অনীদু ফমুং মথক অদুদা তাদুনা লৈ, থবায় য়াওদ্রবা হকচাংগুম। মীংকুপ খরগী তুংদা লোনথোক্তবীদু মরোল লোল্লক্লে,

- নোংমা ঐনা হায়খি 'নুপাদি নুপীগী হকচাংদা ঙাওবনি থম্মোয় মশক খঙদে।' ঙসিদি ময়েক শেংলে।

ইবোতোম্বী খঙই শোইদনমক অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অসি হায়রক্লনি হায়বা। লানফম অসিদসু মহাক মায়থিহৌরে। খুদুম চনশিনদুনা থমজরকপা ইন্দ্রিগী লমকেৎপদু মনীং তমশ্রে।

করম্বা ৱাহৈনো মশাবু ঙাকথোক্লনি! শেম শারম্মী পাউখুমগীদমক।

- করিগী তুম্মিন্না লৈরি? নশা কনজনবা ৱাহৈ অমত্তা লৈত্রববা?

হম্দক্তি ইবোতোম্বীসু তুম্মিননা লৈথোকপা ঙমদ্রে। মহাক লানখ্রে হায়বদি খঙলে। অদুবু মহৌশাগুম মশাগী অশোইবদু লোৎশিল্লদুনা খুমলকই,

- ফম্বী কংলবা মী নত্তে ঐ। মসিদা ঐ করিসু লান্দে।

- মশাবু লাল্লি কনাসু হায়নীংদে। নোংমা নঙনা ঐবু কম্বী থোল্লা চৈখি।

-ঙসিসু চৈরিবসিনি নরমচংনা নশাবু নোরোক্তা হেক হেক চিংথজরি।

অকোনবগী ইবোতোম্বীগী বাহে অসিদা, নুপী অদো শকথম খঙহন হৃঞ্জিনখ্রে। অসিদগী হেনবা অকনবা বাহে কয়া নুপা অসিগী মচীন্দগী তাগ্রবনি। অদুবু ঙসিদি বাহে অসিগী অর্থ ময়েক লানা চোংথোকলপগুম তৌরম্মী।

মহাকপু নুংশিবিবদি হায়রুনু, চৈবিনবা মীওই অমা ফাওবা লমদমশিদা হন্না য়েংবদা লৈতে। মপূক্লীং নুংশিরকই। মহাকপু মমা-মপাশক্লা কোনবীরম্বা মহাক্কী মাম্মাবু নীংশিঙহল্লকই।

নোংমা মাগী মাম্মানা হায়খি,

- মীয়াম্মা কামনা উননরিবা ঈশৈ শকপী, লিলা য়াওবী হায়বদুতদি তাহনগনু। কাওগনু নুপীগী লৈতেংদি লমচৎনি, নোল্লুকপনি।

*

মহাক লিলা য়াওবীনি।

মপুরোইবনা কাওথোকপিরবা অহানবা য়ুম্বাননা শোইর্‌বা তুং, ফদি ফরাতনা ওইরবসু কোনবিরম্বা মমানা লৈখিদ্রবা তুং মহাক মমাগা পোকমিন্নবা মাম্মাগী নাক্তা লৈখি। মহাক্কী মাম্মানা মমৌগী নুংঙাইতবা ব্রাখলসি খরত ওইরবসু নাথেনবা হায়দুনা, মহাক্লসু পামজবা তুংদা হিংনবগী লম্বী অমসু ওইবা য়ানবা হায়দুনা লিলা য়াওহনখিবনি। য়ানীংদা য়ানীংদা মাগী মাম্মাগী বা ইনখি। মতম অদুদা বাহেশিং অসি মাগী মাম্মানা হায়খিবনি।

মহাকসু লেপখি-কৈদৌঙেদসু মাগী মাম্মাগী বা হিকতোকলোই।

মতম খরগী তুংদা হিংবদা মতেং পাংবা লম্বী অমসু ফংলে। মহাক্কী মাম্মানা শিন্দুনা সরকারগী দ্রামা অমসুং ঈশৈগী ডিপার্টমেন্টতা ক্যেজিউঅল আর্টিস অমা ওইনা চংলে।

মতম চুপ্পদা মহাক্কী মাম্মানা হায়খিবা বাহেশিংদুগী লৈই মনুংদগী খূবৈ অমা ফাওবা হেন্দোক্তনা চৎচখি। মতম খর অমুক লৈরগা পাউ তারে, ডিপার্টমেন্ট অদুগী ক্যেজিউঅল আর্টিসশিং অদুদগী মীওই অহমখক রেগুলর এপোন্টমেন্ট পীরগনি। ডিপার্টমেন্ট অদুদা ক্যেজিউঅল আর্টিস নিপাল লৈ। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা মহাক্লা খাইদগী নৌরি। অদুনা মহাক্তি

নোংমতসু মদুগী মা খল্লুদে। পামলুদবগী মাদি নত্তে।

মীয়াম পুম্বা খোইরেন মশা পাইনরে।

নোংমা মাবু নুংশিবীবা মাগা খ্বাইদগী নকননা তিন্নবা থবক তৌমিন্নবী অমনা হৌদোকলকই,

- নঙবু ময়াম চেন্নরিবসি য়াওশিল্লুদনা।

-কৈকান্ননোদা ইচে। ওরাংতা লাক্লিবা ঐনা ওইশু ওইরোইদৌদা।

-হে অপঙ মতম অসিদা হানবা হান্দবা নঙনা থিবিরিবরো ? অচুম্বা চংলেদা ! হৌজিকসিদি মীচঙ ফরগা লোইরে।

- ঐগীদি কনা লৈরদনা ?

- অদুদনি ঐনা বুদু হায়রিসি। নঙগীসু এম, এল, এ অমা লৈরিদুদি। মতাংশিদা শিজিন্নদনা করম কান্দা শিজিন্নদৌরিনো ?

- হনুবা শিংগেজন্দো ?

- ঐনা মঙোন্দা লৈয়ু হায়ববো ? থবক ওইহৌবগা লোইবে।

- ইকাইদা ইচে।

- ইকাইবনা পূক থনবা য়াববো ? মতমশিদদি ঐনা হায়রিসিনি , ঐগী ঐগী শোইদ্রগা লোইরে।

- ইচে মীঙোন্দা অমুক হায়জদুনা মীগী লমন অমুক তোনশিননীংদ্রে।

মহাকসু খঙই মানবু হায়ববদি শোইদনদি হোৎনরক্কনি। এম, এল, এ, অহল্লজাওনা কুইরে মাবু শেন্নরক্লিবসি। মরক মরক্তা ওফিস অসিদা হেক হেক লাকই। অদুবু মহাক্কী মতৌদুদা চঙশিনবা ইঙম ইঙদনা হেক হেক হনখি।

মুশুক-মুশুক, নীংফুং-নীংফুং ঙাঙনবদু মহাকসু তারে।

- হন্দক্তি ঐখোয়গী লেং চনপোৎ নত্রেব্রা ?

- কৈগী ?

- এম, এল, এগী মী অমা ইচাউ চাউনা লৈরিশিদি।

নোংমা ফাদোক্তি খাঙবা ঙমলমই। তোইনা তামললক্লবা তুংদদি শাওনীংবা অমা পোক্লক্লে। খৌনা অমা লাক্লে। নখোয়না অদু য়ৌরবদি ফরে অদু মঙাইরে !

নোংমা মালা ৱাদু হৌদোকই,

- ইচে থবকশি, ঐ চঙশিন্দবা য়াদ্রে।

- হৈ। অদুম্মা ইচংথৌ হায়রিবনি। খুদোংচাবা হায়বসি পঙনা লাক্তবনি।

- অদু কৈদোঙে চংশি হায়বা? ইকতি ইকাইদা!

- কৈদৌ চংচরুদগে। পাউ অমা থাদ্রগা লোইরে। মরাই চেঞ্জরক্কনি। চাউবা য়ারিঙেদা চাউহৌদনা করম কান্দা চাউগদৌরিনো? ইচে লৈরি করিমতা ৱারুনু।

মহাক রেগুলরাইজ তৌরে। অদুবু এম,এল, এ, দুগী মখূৎতগীদি নানথোক্লবা উপাই লৈত্রে। রেগুলরাইজ হেক তৌবদগীদি মহাক্কী য়েক্লবসু মশীং হেঙ্গৎলক্লে। মাগী খোঙথাং, মাগী শাজৎ পুম্নমক্না কুপ্পা শেন্নরক্লে। অমরোমদনা মীয়ামগী মীৎয়েং অমরোমদনা এম, এল, এ অহনজ্ঞাও। অদুনা কনামতনা ফোঙনা শীংনবদি ঙমদে।

মহাক্না ফনা হায়জে, ওফিসতদি লাক্কনু।
অদুবু য়াদে। হায়- কৈদৌবগী কিরিনো? ঐ লৈরিশিদি।

ৱাফম অসি ওফিসারগী নাকোং য়ৌরে। মহাকসু ফনা তাশিন্নদ উশিন্নদনা লাকপনি। কাইনথংদা মঙোন্দা শোক্লক্কদবগী মমি উবদগী কৌশিন্দুনা হায়,

-ইবেম্মা! ছুটি চংকে হায়বসু হায়রমলগা চংলু। নুঙ্গী নথক্তা ৱাকৎ য়াম্না লৈরবনি।

ৱা অমতা ঙাঙদনা থোকলকই। খঙই ওফিসারনা হায়রিবসি চুমই। অদুবু মতাং অসি য়ৌরবদি কমদৌরুরনি। মহাক্না হনজিন হনজিন হায়জে তাবিগদবদুনা তাবিদ্রে। হৌজিক্তি মখূৎ চনত্রবনি। মহাক্না শাউরগা মাতগী মাঙজবা। নোংমদি শোইদনা লাইবক থিবা লাক্কনি খঙনা খঙনা মহাক লম্বী অদুদা লেপ্পা লৈতনা চঙশিল্লে।

তশেংবমক্তি নুমিৎ অদুদা মহাক ময়ুমদা মনে নাহৌই হায়দুনা ছুটি লৌরকখিবনি। অদুবু শাদানবগী লাংদগী নাঙ্গোকপা ঙমদ্রবা শজী অমোম ওইদ্রে। লাইবকথিবা থৌদোক অদু [illegible] খুৎশেম য়াওই হায়বসি শেংলবনি। চেননবগী উপাই লৈখিদে।

মহাক্না কয়ারক হায়জখিবনি,

- মতম চাদে, মফম চাদে।

- কনানো নঙনা কিরিববো ? ঐ এম, এল, এনি।

থৌদোক অদু থোক্লবা মতুংদগীদি, মহাকসু মরাইলুকখ্রে। হৌজিক্তি কনানা ঙাকপিগনি। লৈপাক শরা শল্লে।

তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈরবা ষ্টাফকী মীওইশিং অদুনা খূদোং চাবদু লৌদুনা ৱাকৎচে পীশিনখ্রে,

- ওফিসতা, লমচৎ নাইদব থম্বা য়ারোই।

খূদক্তা ওডরা থোক্লে। মহাক পুন্সিগী ওইনা থবক তৌবা য়াররোই।

মহাক্না কয়ারক হায়জখি, ওফিসারদা,

- হন্দক্তদি ঙাকপিয়ু।

- ইবেন্মা ঐগী উপাই লৈতে। ইবুংদি নঙোন্দা কয়ারক হায়বদুনি। অদুবু উপাই অমতংদি লৈ। এম,এল, এ সাহেবনা লুহোংদুনা লৌরে হায়দুনা অইবা ওইনা সরকারদা খঙহল্লবদি শোইদনা য়াগনি। মদু তানবা নঙনা শিল্লু।

ৱাফম অদুমক মহাক্না এম, এল, এ সাহেবতা তমলদুনা হায়জখি। অদুবু উপাই লৈখিদে। খুমলকই,

- মদু ঐগী পোলিটিকেল কেরিয়ারদা শোকই।

মতুংদদি কনাদসু হায়জরুদ্রে। হায়জগেসু খদ্রে। মপূক্লীংদদি খা চিকই।

- ঐবু দণ্ডি পীরিবা নখোয়, কয়ামুক ম্নাম্না অচূম্বা অমসুং অশেংবা চৎপা মীওইনো!

অদুবু পাম্বৈ লৈখিদে। থবকসু তোক্লে। মাগী মাম্মাগী য়ারক্তা তাররে। মনে অমসুং মাম্মাগী মমাঙদা, কৈরোই লৈকাইগী মমাঙদা মাগুম্বী নুপী মচানা করম্না মায় উত্তুনা লৈরগনি!

থৌদোক্তুগী মরমদা মনেনা অমসুং মাগী মাম্মানা নোংমতসু ৱা অমতা হায়রকখিদে। খঙই ৱাফম অদু হৌদোকলক্তবগী মরমসু। মখোয়

নত্তনা মহাক্কী কনা লৈতে। পুন্নমক্কা তূম্মিননা লৈগ্রবসু মঙোন্দদি করম্না কাউরগনি। মহাক্কী মাম্মানা হায়খিবা ৱাহে অদুগী মহ হৌজিক্তা কাখংলক্লি। হূগী চৈনা খাওবা ঙমদ্রবীদো, নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্কী মাম্মাবু থাদেক্লমলগা লমথুংকম খঙদনা থোক্লকখি।

মথং মথং লাকপনা কায়নথংদা মকমশিদা নুংশিতোম্বীদগী রেবিকা হায়বা মিংশি লৌদুনা থুংলখি।

*

চহী কয়া লমদমশিগী ঈশিং-নুংশিংনা কাউহল্লরবনি, মহাক্কী মাম্মাগী মহ চেল্লবা ৱাহে অদো।

অদুবু ঙসি ইবোতোম্বীগী ৱাহে অদুনা অমুক নীংশিঙহল্লে। মশানা লাল্লে খঙলবদু ফাওবা ইবোতোম্বী মুখা তানা ঙাঙলি মশা কঞ্জনবা ৱাহে,

- নঙনা খল্লি থৌদোকসিন নঙনা ঐবু খূদুম চল্লে। ওইদবা ৱানি। থম্মোয়দি থম্মোয়তনা খূদুম চনগদনি। ইন্দ্রিনা খৌরাংলকপা মতমদা লৈবা ফংবা য়াই ইন্দ্রিগী মপাং অদুবু থম্মোয়বুদি লৈবা খক ফংলোই।

ইবোতোম্বীগী নাপলগী মমু থুদেক্লবা, মহাকপু মাইথিবা পীননবা লাললোং অসি নুংশিতোম্বীনা হৌখিবনি। মহাক্লা খল্লুই, মহাক্লা মায়থিবদু উরগা নোক্কনি। অদুবু মদুগী ওন্না তৈনবদা কাউগে খন্না কাউখ্রবা মাঙগী নীংঙমদ্রবা, হৌখ্রবা পুন্সি কয়াবু নীংশিঙহল্লক্তুনা, চোংথোকহল্লকলে লোংতুনা থমজবা নুপী ওইকগী থোংলবা থম্মোয়গী মশক্তু। মমীং অদু তরংদা য়েংলদুনা খুমলকই,

- খূনাং চারবা পুন্সি অমদদি অমোংপা তৈগনি হায়বগী অমুক চিংনবা লৈত্রে। ফজবা! অথিবা! অচূম-অরানগী মমল মীওইবনা লেপ্পা ঙাকনি। মী পূম্নমক্কী মশাদা য়াওরিবনি অফ-ফত্ত, অচূম-অরান খনবা ঙম্বগী ৱাখল। মীওইবগী মশাদা পক্তুনা লৈবা শারমচত্তু লোংশিল্লগা মীওইবনা লাওজৈ- ঐদি তুল্লশি মনানি। অশিংবা খ্বাইদগী মীনম্বা হৈবা মীওইবশিং অদুনা চেকশিন্না লোংপ ঙমই, ফত্তবা অমদি অরানবা ৱাখল অমসুং থবকপু। মখোয়না নীংলকপা মতমদা মতু শ্রোনবা নাঙজদবা কয়াগী মশাদা কামশিনগনি, মাঙশিনগনি। অদুগা তীল শীংচিল্লগনি, অমোংপা নমথিবা ঘদনাম পীশিনগনি, ইহ্লোকনি। নহাকসু মখোয়শিং অদুগী মনুংদা অমনি।

মহানর্মখে খুমজিন্দুনা থমজরম্বা নহাক্কী শারমচৎতু ঙসিদি চোংথেক্রক্লে। হৌজিকসু হায়খিদ্রা- নহাক তুলশি মনানি!

- মদুদা মাঙজরিবদি নঙতনি।

অচুম্বা ব্বানি। নুংশিতোম্বী ব্বাহে অদু য়াঁজে। পুম্নমকশিদা মাঙজরিবদি মাতনি। অদুবু মানা হায়নীংলমই! ঐসু ফিভম অসি অসুম্না শুম ওইরকপদি নত্তে। অমুক্তশু নীংশিঙহল্লে, মহাক্কী ইনখৎলকপগী পুন্সিবু।

*

ইনখৎলকপগী, মনীংতম্বা ব্বাখল অমসুং অপাম নুংশি! চহী ১৭ তা ঙাইরিঙে থেংনখি মানা মহাক্কী মপুরোইববু। অচেৎপা থাজবা অমগা লোইননা থব্বায়না তাজবা মপুরোইবগী মতুং ইল্লুই। ইনখৎলকপগী ইরাং থাংলবা ব্বাখলনা লামবা ফংখিদে, সহড়গী ইনাক কৈরাক খুল্লবা ইমুংদা মাগুম্বী খুঙ্গং নিঙোল অমগী মফম লৈরমলোই।

মহাক লুহোংলবা মতুং চহী ওন্দনা মহাক্কী নুপাদু মপান্দা লাইরিক তম্বা থাদোকখ্রে। মতম অদুদা অঙাং ওইরিবা ব্বাখলনা থৌরাং অদুগী অর্থ খঙখিদে। মসিমদি মহাকসু খঙখি, মাগী মনেম অমসুং মকুনা মহাকপু মমৌ ওইবা পামদে।

মাবু ঙাকপি শেনবিগদবা মপুরোইবনা লৈত্রবদা মনেম মকুনা লৈহনীংদ্রবা ইমুংদা মাগুম্বী নুপী মচা অমনা কয়াম কুইনা খাঙদুনা লৈবা ঙমলুগনি! মপামদা হল্লক্কুনা চহী মঙা ব্বাখল খূবৈ অমা ফাওবা চোইথোক্তমখে মাগী নুপাবু ঙাইজরম্লনি। মপুরোইববুদি মহাক্না চেৎনা থাজে।

চহী মঙাগী তুংদা লাইরিক তম্বা লোইদুনা থোরক্লে। অদুবু শাংনা ঙাইজবদুগী মহৈদি মরাইবক্তা তম্বীরমদ্রে। চহী অদুমক্তদা, নোংমা ফাওবা মহাকপু নীংশিঙবিবা তৌদনা অতোপ্পা নুপী অমগা লুহোংখ্রে।

*

নীংশিঙলুরগা নুংশিতোম্বী মমীংতা মপি ইরা চেল্লকই। অদুবু থৌনা ফবা শারদুনা, নুংদগী হৌরকপা পিগী ঈহৌদু নমথদুনা খুমলকই,

- ঐদি ওক্তবীনি। মাঙবা তোঙবা, খেননবা করিসু লৈব্রে ঐঙোন্দা। অদুগা নঙবুসু খক ফাবা লৈতে। অদুবু মসিমতংদি খঙউ ওক্তবী পুন্নমক ওক্তবী ওইনা পোক্লকপা নত্তে।

ইবোতোম্বী অমুক খুমলকপা তৌব্রে। নুংশিতোম্বীসু মখা তারক্রে। অচিকপদা তিনব্রে কা অদুসু। নুংশিতোম্বী তপ্না তপ্না ফমুং অদু থাদোক্তুনা মহাক্কী ফমুং তম্না চংব্রে। ফমুংদা তম্না হিপথে। মায় অদু মোন্দা শুজিন্নদুনা লোৎনা কপচখি।

লাঞ্জাও অসিদা মায় পাক্লিবসি কনানো!

*

অহিং অদুগী থৌদোক অদুনা অনীমক্কী থম্মোয়দা খাংওদ্রবা চৈনা অমমম পীররে। য়েৎনবা মখৈ য়েৎনরমলগা মাগী মাগী ফমুংদা তুম্মিনা হিপলি। তুম্না য়াদে। য়াওন তোইরি।

নুংশিতোম্বী খনবা মখৈ খল্লুরগা থেমজিনজরক্লে লাংতক্লরবা থম্মোয়বু,

- কমদৌনি! হৌগ্রবদি হৌগ্রেদনা!

ইবোতোম্বীদি তুমগে খন্দ্রে। নুপীদুনা তুমথখিবদু ঙাইদুনা লৈরে। অমুক্তসু থৌনা ফনা, মায়পাক্লা পাঙথোকপা ঙমদ্রবা য়ারেপ অদু অমুক লৌরে,

- নোংমা নোংমগী মহাকনা ঐবু অসুম অসুম লাকশিলক্লে। নাম্বোক্তবা য়াদে। খুদক অসিমকতদা মফম অসি থাদোকপা তাই।

নুপী অদুনা হেক তুমথখিবগা অহিং অদুমক্তদা ইবোতোম্বী পল্লেপফম খঙদনা থোক্লকলে।

কদাংদা চৎলুগনি। অহিং অমা চৎপা মখৈ চৎলুরগা নুংথিল অমসুং খনবা মখৈ খল্লুরগা অমুক হল্লক্লে। লেপ্লবে থোঙ অদুদা। থোঙয়াদুদা লেপ্লদুনা ঙৈহাক খল্লি,

- চঙবা তারবরা ! নত্রবদি করিদি তৌরুনি ! চঙবা হায়বসিমদি থথাদা চংগদবা নত্তে। চীনগনবীদুগা লাম্বা তৌরুগদৌরিবনি। তর্ক তৌরুগদৌরিবনি।

খুজিক্তং নমলুবদা থোঙ অদু হাংদোকখ্রে। খঙই লমদমসিদা মাগীদমক হাংলিবসি লমচৎ-নাইদবী, মহাকনা তুক্কচনা খল্লিবা নুপী অসিগী থোঙ অসিতনি। ফক্লাংদা মুশি মুশি লালটেন অদু ঙাল্লি। চঙশিন্দুনা লৈখৎলি।

ইবোতোম্বী মাগী ফমুংদা তপ্না তপ্না চঙশিল্লম্মী। মফি হোংদোক্তে। ৱাসু ঙাঙদে। ফমুংদা কাখৎখ্রে। অদুবু তুমথবদি য়াদে। হিপনা হিপনা মমীৎ অদু নুপী অদুগী মায়কৈ তমলকই। তরু তনাল্লবা ফমুং মথক্তুদা নুপী অদু হিপলি। মহাক্না হেক য়েংথোকলুবগা নুপী অদুনা হায়রকই,

- চাক লামলগা থোংলগা চাউ। উপু মনুংদা হৱাই লৈবনি।

ইবোতোম্বী খুমদে। মহাক্কী নুপী মানবা ৱাঙাঙ অদু তাবদা ঙকপগুম তৌই। মহৌশা ওইরবদি অসুম্না নীনী-হুম্মী হঞ্জিল্লকউত্রগা হল্লকপা মতমদা হুই-য়েন চিক্লবগুম্না লাউনরমগনি।

নুপী অদুনা মখা অমুক তারকই,
- হিদাক অমুক্তং লৈবিরুগেরা ?

থা মুঙা হেন্না লৈমিন্নরক্লবসি অসিগুম্বা নোল্লুকপা-ৱাহৈসি অমুক্তসু তাখিদ্রি। ইবোতোম্বী তুম্মিন্না লৈথোকপা ঙমদ্রে। মহৌশা ওইরবদি খুমলমগনি,

- নহাক্না হায়রগা হেক্তা য়াগদ্রা ?

মহাক খঙলে। খুদোংথিবা অমা নংলে।
- ঙরাংদগী চাক অমতা চারকত্রি। লায়হৌ অসি শুকহন হন্দে। গুল্লি অমতং লৈবিনবা মী লৈতে।

ইবোতোম্বী ইথন শম্বুরবা তৌদনা ফুক হৌগৎলকই।

- কদায়নো পৈশা ?

- থোঙবু হাংলমখিব্রা ?

- রামপ্রসাদকীদা হিদাক য়োল্লি হায়বদাই ?

- তূমলমমগনি।

- পৈশাদু পীরক্রো । ষ্টেসনসু পংলাগ লাপ্পা নত্তে।

লুপা মঙাথক পুরগা ইবোতোম্বী অমুক থোক্লকলে।

*

রামপ্রসাদকী দুকান কি: মি: অমামুক চৎলগা লৈ । কম্বল অমনবদু ইল্লদুনা নীংথম থাগী অহিংগা মায়োক্লদুনা লাকই। থৌদোক অসিগা মান্নবা থৌদোক অমা নীংশিঙলকখি ।

*

ইম্ফাল ! ময়ুম ! মমা ! অদুগা নুপী ! মচা !

মতম অদুদা, মফম অদুদা, মখোয়শিং অদুদা, মহাক্কী নাপল, মহাক্কী থৌনা কুয়াদা য়াংনা কাজরমগ্রবা ! মচা নুপীদু টাইফোডনা নারম্মী। অদুক য়াম্না কনবদি নত্তে। মমানদি পাখৎচরম্মী।

- অঙাং অসি মৈমুক শাগ্রে। ডাক্তর অমতা কৌবিরকবা।

- গুল্লি অমা চারগা মরাই ফজনি।

- হোইনে, গুল্লিরা করিনো অমতা লৈবিরু হায়বা। য়া তান্নফম অমতা লৈতে। নোংহেক ঙানবগা কদায়দনো খঙদে পংচৎতা চৎলি। পুপুনা য়াম্না ঙাঙলবনি।

- নথৌ লৈবরো ? চৎনীংলগা চৎকনি চৎনীংদ্রগা তোক্কনি। লৈনীংদেয়ে, য়াম্না নুংঙাইবোইনীংব্রো নম্মূমশে ?

- তপ্না হায়বিয়ু কৈদৌগে। মচা নুংশি খঙদবরা, খঙদে ? শে হিদাক্তুদুম লৈবিরু, ঙাঙগে হায়রসু কোম্না ঙাঙবিরো !

*

- তোম্বী বাবু। তোম্বী বাবু !

মীৎকপ খঙথোক থোকলকপগুম তৌই । খ্বাই লাউই অথেংবা অহিংসিদা।

- কদাইদনো ? বহাদুরগীদয়া ?

নুপা অদুনা মখা তারকই।

- নত্তে। রামপ্রসাদকীদ্রনি। হিদাক লৈবা।

- নারবরা ?

- ঐ নত্তে। মহাক য়াম্না কন্না নারে।

- করি বানো অদুদি ? পুরুনা মায়থিরবা ? লাল অসি লোইবা তারবরা ?

ইবোতোম্বী খজিক্তং ইকাইখিবগুম তৌই।

- ঙরাংদি কদায় মাঙলুরে ?

- কৈশু চৎতে।

- কয়া য়াওরি ? মখায় অমমমতং লৌরুখিশিদনা ঈংবা ফনবা ? ঈংবনা তুম্না য়াদ্রদুনা থোরকইনি।

- তোক্লশি হবী ভাই। হিদাক লৈরগা থুনা হন্দা য়াদে।

- হৌজিকমক শিগদবদি নত্তেদনা ? লাইরেম্বী অদুগীদমক্তা নঙনা অদুক বাবিরুরিবা করিগীনো ? নঙ নত্রবসু মাগীদি নুপাগী নুপা ঙাক্তনি। অকংবা লৈগী লৈনমদা অদুক তমথিনা ঙাওবা হৌনদে।

বহাদুরগী থোঙ্গাল য়ৌরে।

- মখায় অমমমতং লৌরগা থোকলকশি।

ইবোতোম্বী অমুক য়েংলুদ্রে। হবিবুরনা হায়বদা অদুক কন্না য়াদবা চুমদে। মরমদি লমদমশিদা মাগী মরূপ অমা হায়বা তারবদি মৈতান ললোনবা কুচু মুবা মুসলমান মচা হবিবুর রহমন অসিতনি,

- বহাদুর। বহাদুর! তুমলবরো ?

- তুমদ্রি। কনানো ?

থোঙ হাংদোকলকই,

- ঈংবনা তুম্না য়াদ্রে। মখায় অমমমতং লৌখিগে।

- অমদি কনানো ?

- তোম্বী !

- চংখিবদা ঙাইখিদাইনে ?

- চানবা করিমতা লৈত্রবরা ?

মখোয় অনীমক ফান মচা অনীবক লৌরগা কনথরে। তোঙ্গীনা ৱারী মখা শমথরকই,

- ঐসু খঙদে। ঐখোয় অনীগী মরক্তা লৈরিবা মরীশি করিনো ? মসিমদি শেংলবনি হৌজিক ফাওবগীদি ঐ মাগী মরূম থুম্না হিংলি। হোটেল অদুদগী মানা ঐবু পুদুনা লাকখি। নুমিৎ অদুগী মমাঙদা মাবু ঐনা কৈদৌঙেদসু উবা লৈখিদ্রি। অদুবু মীয়াম মমাঙদুমক্তদা মহাক্না থোরক্লুনা ঐবু খুদোংথিবদুদগী কনখি।

- অসুম্না নুপা কয়া মানা লমদনফম পীখি।

- করিগীদমক মানা ঐবু মাগী লাং অসিদা চিংশিন্নক্লিবনো ? করম্না মাগী লাংদা থুররিবা ! ঐ ঙকই। নুপা ওইবগী ইজ্জৎ ঙাক্না হিংজবা ঙম্নবা, নাপল অমগা লোইননা লানজদ্রবী যুমগী নুপী, ইমা, নুংশিরবা চহী ফাদ্রিবা ইচাবু হন্দোকলমগা লাকখিবনি। লক্ষ্মিপুরদা ঙ ললোনবা মহাজনদুগী থৌজালগী মখাদা আশা অমগা লোইননা থা নিপাল হৌখি। অদুবু নোংমা মফম মরাং খঙদনা আশাগী মৈরিদু মুংখি। মহাজনগী লুপা লিশিং তরা মাঙখিরম্মী। হুরানবগী মরান অদু ঐঙোন্দা শিজিন্নদুনা ঐ জেলদা থা তরুক লৈবা তাখি।

- কান্নদে সিমগা লৌশিন্নুশে।

- অদুদগীদি করম তৌথ্রবগে খঙলবরা ?

- জেলদগী থোরক্লে। লক্ষ্মিপুরদা অমুক হন্দ্রে। ট্রেনদা টিকেট য়াওদনা তোংদুনা লাক্লে। টিটি কিবদগী য়ৌথ্রিঙেদা নহাক কুমথহৌরে। অহিংদা নহাক বাঙ্গালী অমগী যুমদা নোং থুপখি। অথেংবদা হুরানবনি হায়দুনা তান্নরকখি।

- মদু নঙ করম্না খঙলিবনো ?

- কাছার জেলগী মৈতে মচা অম্না থাদোরকনি হায়বসি জেল্লরনা ঐঙোন্দা হায়। জেলদগী মী-থাদোকপসি নুংথিলগী পুং অমগী মতুংদা তৌই। অদুবু নঙদি পুং তরাদা চৎখিরমলে।

- নঙনা ঐবু থিরিবা করিগীনো ?

- নহাক্কী লাইরেনবী 'সিনা ঐঙোন্দা হায়, 'নুপা অমা থিরকউ। লুপা চনী পীগনি।'

- ঐ ওইরমগনি হায়বদি করম্না খঙলিবা ?

- নহাক ওইরম্বগী ঝানি। জেল্লর অদু উমাপুরদগীনি। মহাক্না নগুগী ঝারী পূম্নমক লীরম্মী।

বহাদুরদু ঙাইবা ওমদ্রমালে হায়রকই,

- চংনরশিনা। নোংঙানগদৌরে।

ঝারী লেম্মী। চপ চানা নুংঙাইরে।

- বহাদুর কয়া থোক্কে ?

- লূপা তরেত মখায় শাথোংবদুদি হাপ্লবনি।

ইবোতোম্বী লূপা তরা পূথোক্কুনা পী।

- মদু য়ারোই তোম্বীবাবু। ঐবু ইকাইবা পীগনু।

- য়ারে হৄবী ভাই। নোংঙানগদৌরে। ঐনা ঙসি পীরে, হয়েং নগুনা পীরগা লোইরে।

- হিদাক্তি কমদৌবা ?

- নোংঙালক্লগনি। চংলশি।

*

হূই নত্তনা লম্বী অদো কনাশু চংত্তে। লৈচিন্না লম্বীদু ইমম মমশিল্লি। থাসু লৈচিন মরক্তা চঙখ্রে।

- পাঙদবা নুপা !

তোম্বীনা ঝারী অমুক হৌরকই।

- করি তৌরে ?

- থা তরুক শুজিল্লক্লবা অসি ফাওবা ঐ ইনদবা দলিন অসিদগী নানথোকপা ইঙম ঙমদ্রি। ওক্তবীগী মরুম্বী ওইদুনা হিংলি।

- তোম্বী বাবু ! মী অমনা অমবু অদুক হঙ্গনা খনবা অরানবা ওইগনি। মাগী মনাক্তগী নগুনা চংখিবা ঐ থিংনীংদে। অদুবু মহাকপুসু মশক্তদি খঙহন্নীংই ।

- খঙলুবগী কাননবা লৈত্রে। ঝারীদি ঝারীনি। মীওইবগী পুন্সি অমমমনা চাওরবা উপন্যাস অমমমনি।

- কনাসু ফত্তবা থবক তৌনীংদে। ওক্তবী পুম্নমক ওক্তবী ওইনা

পোক্লকপা নত্তে। ফিভম অমসুং মতম হায়বসি মীওইবগী খাইদগী মরুওই। নহাকসু য়ানীংদ য়ানীংদনা থা তরুক ওক্তবী অসিগী মরুম থুগলি।

- অদুবু করিনো হৌজিক ঐনা তৌগদবশে ?

- করি তৌগনি ? ঐসু অদু মগাই, পুন্সি অসি অসুম মৈতান মরক্তা লৈবা তাই। অদুবু তোম্বী বাবুগীদি লম্বী লৈরি। অদু মৃম্মা চংপিয়ু। মতম অসিদা কনানা কনাগীদমক করি তৌবা ঙমগনি ?

- ঐগী লম্বী ! করম্বা লম্বী !

- তোম্বীবাবু ! নোংশি ঙাম্বোরককদৌরে চঙলশি।

হাবিবুর লৈহৌরে ইবোতোম্বীসু তুরোই-ঙারোই মথুম তমলক্লে।

৫

নুমিৎ হুমনীনি, নুংশিতোম্বী চাক মরু অমত্তা চাদমখে নাদুনা লৈখিবা। তঙাইফদনা ইবোতোম্বী অনাবগী সেবা তৌদুনা লৈবা তাখি। লমদমসিদা মবানিগী অবা-অনা অনীমক্তা মতেং পাংবিরিবসি, মুসলমান মচা হবীবুরদনি। মহাক্তংদি মরক মরক্তা মখোয়গী মতেং পাংবিরে।

হবিবুরদি লমশিদা লৈরকপা চহী ১০ মুক ফারে। মহাকসু মণিপুরদগীনি। ময়াংইম্ফালদগী। লৈত-লাইর থিবদগী অসুম লৈখিবনি। মহাক্কীদি শেলতনা, শেলতনা লাইনীংনি। মরমদি মহাক্কী মচা মঙা অমসুং নুপী থাকপগী চাউরবা পোৎলুম অমনা মথক্তা নল্লি। অদুনা মানা তত্তনা হায়,

- তোম্বী বাবু ! শেলতনা ঐগীদি লাইনীংনি, ধর্ম্মনি। ঐঙোন্দদি ইজ্জৎ-সনমান, অচোপ-অরেম পুম্নমক চপ খাঁয়ে। ঐ অমসুং ঐগী ইরুম থুপনা হিংলিবা জীবশিং অসিতং পুক থনবা ঙমলগা লোইরে।

অদুবু ইবোতোম্বী মসিমদি শেংনা খঙই, হবীবুরনা মাবুদি নীংই।

নুংশিতোম্বী নাবা ফরে। নাবা ফরবা মতুংদগীদি মহাক্কী শাজৎ পুমহোং হোংখ্রে। মশাদা কারম্বা নাপল, লমকেংপা মতৌ পুম্নমক মরাই লুকখ্রে। মুমদগী মপাল থোকখিদ্রে। মতমগী ফিজেৎ-চাকচা, অশেম্বা, অয়াকপা বাহে পুম্নমক থাখ্রে। মৈতে ইমুং অমগী চপ চাবী মুমগী মৌ অমগুম শেং-চারে, ঙাঙলে।

ইবোতোম্বীনা মনা কননা মৈ চুদুনসু অমুক অকথংলকখিদ্রে। অহোংবা অদুদুম হেন্না ইবোতোম্বীগী মককা নুংশাখিহল্লি।

নুমিদাং অমা মহাক্না হায়রকখি,

- ঐখোয়বু দুকান মচা অমতং খাইদা ফমসিয়া ? অদুম খরা শিংকনি।

- নঙনা খোকপা তৌ।

ইবোতোম্বীনা খুমই।

দুকান অমা হাংলে। অয়ূক নুংশিতোম্বীনা থবক ইনখাং, ইমুংগী কুপনোম তৌরিঙৈ, ইবোতোম্বীনা দুকান ফমগনি। চাক ঈশিং লোইরবা মতুংদা নুংশিতোম্বীনা। নুংথিল চুপ্পা অম্না ইবোতোম্বী পুম্রি মপান্দা নত্রগা খোঙনাউ ময়াদা ফমলদুনা নুমিৎ তাবা ঙাইদুনা লৈগনি। নুমিদাংদনা য়ুয়োনফমদা, বহাদুরগীদা হবিবুরগা লাম্বা তৌদুনা লেনগনি।

অদুবু ইবোতোম্বীগী থম্মোয়দি লৈতাবা নংত্রি। হেন্ন হেন্ন চাকখংলকই, থম্মোয়দা লাম্মে।

নুমিদাং অমা হবিবুরনা বাফম অমা হৌদোকলকই,

- তোম্বীবাবু ! নুংঙাইবা পুন্সি হায়বসি করিনো ?

- মীখা পোন্দনা হিংবা।

- মীখা পোনবা পোন্দবা হায়বসি মীওইবগী পূক্লীংগী বানি। হিংবগী নুংঙাইবা হায়বসিদি, হিংমিন্নবনি, পেন্থোকপা হৈবনি। শেংপা চাবা মনীংথুংদবা, করিগুম্বা নুমিৎতনা চরা অমা ফাওবা চাবা ফংদবা ঐগী নুপীদু মচা মঙাগা লোইননা হিংমিন্নরি। করিগুম্বদা খংনৈ, মা-ঐ, মমা-মচা। থিনা হায়নৈ, চৈনৈ। অদুবু থংনবা মীংকুপ্পা কাওই। নোকমিন্নে, ইচাগী কুম্মে উবদা। বানা শূরুরবসু লাপ্পা চংলুরবসু নোকমিন্নবা ! চামিন্নবা ! বামিন্নবা ! সিদগী হেনবা নুংঙাইবসিবু কদায়দগীনো ? ঐনা পুশিলক্লগা চারিবা ঐগী নুপী অসি ইখাপোনবনি হায়না লৌরবদি অরানবা ওইগনি। কনানা কনাগী থম্মোয়বু ফাদুনা থম্বা ঙমগনি ? অদুবু অসুক য়াম্বা মীওইবশিং অসি লৈমিন্নরি হিংমিন্নরি।

- অদুক য়াম্বা বা অদু করিগীনো ?

- মী অমগা মী অমগগী মরক্তা খঙবা ঙমদবা, উবা ঙমদবা থম্মোয়গী মরী অমা লৈরি হায়জবনি। তোম্বী বাবুসু মীনি অদুবু থম্মোয়গী

ওইবা রাকমদনি অয়াংগা অমা লৈবগুম থৌরে। মসি অদোমগী মরীদগী হায়বনি। তোম্বীবাবুনা থকবী অসিবু থাদোক্তুনা চৎখিবা হায়বসি কনানসু অদোম্মা অদোমগী নুপী অদু থাদোক্তুনা লাকখিবমুক চৎদবনি হায়না লৌরোই। অদুবু মীগ মীগগী নুংদা চেল্লিবা থম্মোয়গী ওইবা মরী অদু পূমকাওমক কাউথোকপদি অচুম্বা ওইরোই।

- হৃবী ভাই! ঐ য়াই। ঐগী খোঙ্গম কাইহন্ত্রে। লম্বী লানহ্রে। অদুননি ঐনা গুসি মীকিথি পাওদবা নুপা অমা ওইরিবসি। ঐবু মীগী তৌবিমল শুকখওমক খওদ্রবা মীওই অমনি হায়না লৌবদি লানগনি। মহাক কনানো ? ঐ খওদে। ঐনা খওবা হায়ববু, মহাক লমচৎনাইদবী, নুপী ওইবগী লৈতেং য়াওদ্রবী নুপীনি। মরমচৎসিগী হায়রুরবদি মীৎকুপ অমা ফাওবা মাগী নাক্তা লৈবা ফাওবা তুরকচে, হঙ্গোই। অদুবু মহাক্না পুন্সিগী লাঙ্গাও অসিদা মায়োক্নরিবা নুপী ওইবগী থৌনা অসিগীদমক্তদি ইকাই খুম্নদবা ওমদে।

- ঐসু খওই, তোম্বী বাবু! নোংমদি শোইদনা মফম অসি থাদোক্তুনা চৎখিগনি হায়বা। চৎফমসু থোকই, থম্মোয় পানবা মীওইবা অমা ওইনা, মচা নুংশি খওবা মপা অমা ওইনা।

অসুম্না অহিং কয়াদা হবিবুরনা ইবোতোম্বীগী থৌনা হাপথিবনি। অমুক্তসু নাবা ফরবা মতুংদা ওল্লক্লিবা নুংশিতোম্বীগী শক্তম অসিনা মহাকপু লৈতাহন্ত্রে।

নুংশা থিহল্লকই- য়ম্ন মখোলনা শুম্নাংলবা লিনগুম মহাক্না ঐবু শুম্নাংকদৌরে।

মীৎকুপ অমতা ফাওবা কাউবা লৈতনা নীংশিঙলি হবিবুরগী ৱা, 'চৎফম থোকই থম্মোয় পানবা মীওইবা অমা ওইনা, মচা নুংশি খওবা মপা অমা ওইনা।'

অহৌবা নাইবা লায়না চেল্লবা মীওই অমগুম্না অহিং অমদা, অমুক্তসু মপুং ফানা পাওথোকপা ওমলক্লবা ৱারেপ অদু অমুক লৌরে।

নুংশিতোম্বী ইশি শি মখৈ তূমলি। ইবোতোম্বী তপ্না তপ্না হৌগৎলে। নুপী অদুগী লুখুমগী মোনপাক মখাদগী শো লোংনা লৌথোক্লে। উপু তপ্না হাংদোকই। খাউ অঙাংবা অমা থেংনৈ। খাউ অদুগী মনুংদা য়াওরি সনাগী লীক, খুদোপ, খুজি। অদুগা শেল য়ামান কয়া।

খাউ অদুমক পুদুনা থোরক্লে। হুম্বাং অনপী কারকই।

- তৌরিবসিবু চুমলিত্রা ! নত্রগা করি তৌবা তাই ! মফম অসিদা মরুপ্পী ওইনা অশুমক লৈবা তাব্রা ! নত্রগা তোপ্দুনা লৈরবা অসিগী মথক্তা লমন অমুক তোনশিনবা !

নুপা মাল্লু। নহাক্লা অশুমমক মরুপ্পী ওইদুনা লৈরবদি লমন অদু করম্না শিংগনি ! নহাক মফম অসিদগী নাম্থোকখ্রো ! অদুগা মতাংচানা মীগী লমনশিংউ। নঙ হান্না হিংউ। অদুগা মীগী খল্লু।

থম্মোয়গী কাচিন অমদগী বাঁহে অসি লাওরকপগুম তৌই। খোঙথাং অমা অনী থাংবা হৌই। অমুক চপ লেপপি।

- নত্তে মসি অচুম্বা নত্তে। চহী কয়া চঙনা তাঞ্জরকপা মীগী হুমাংমন অসি পুদুনা ঐনা হিংলুবা পাঙদবগী বানি।

খনবা মখৈ খল্লুরগা অমুক হঞ্জিল্ললক্লুনা খাউ অদু উপুদা হাপচিনলে। শুপ্নগী লূপা মকোন মচা অমা পুদুনা থোক্লক্লে।

চৎলিবসি কদায়দনো !

হন্দক্তি চপ যুংনা লেপলে- মণিপুরদা থোকপ্রগে। মতম খরা মফম অমদা নুপা থৌদাং য়েংলগে অদুগা পুম্নমক্কী লমনশি শিংবা ঙম্ব্রা য়েংখিগে। ঙমদ্রগনা অশুমমক মাঙখ্রগে।

অদুবু মাগী নুপী অমসুং মচাগী নাক্তা হেক্তমক চৎলগে হায়বসিদি খল্লি। মহাক্লা ষ্টেসন্দা থুংবা মতমদা নোংয়াই মতুং পুং অমা তমক তারি। নোংঙানগদবা ফনা বাৎলি। অহিং অদুমদি ষ্টেসন্দা লৈবা তাখি। মফম অদুদদি মহাককুম্বা লিশিং-লিশিংনি। প্লেট ফোমদা, ওভর ব্রিজগী মচি- মচিদা হিপলি, ময়ুম লৈজদ্রবা নাম্মা শোইরবা চাকনি ফিনিবশিং। মফম অসিদদি কদায়দনো তোল্লা তারবশিংদা মত্তেং পীবা মীওইবগী থম্মোয় !

প্লেট ফোমগী মচি অমদা ইবোতোম্বী মকোক্তু কম্বল অদুনা খুমজিল্লদুনা ফমথরম্মী। থেংলবা অহিং অদুদসু নুপী মচা অমা ঈশৈ শক্লি, নুপা মচা অদুনা তান থারি। মখোয়দদি অহিং অমসুং নুংথিলগী খেন্নবা লৈতে। অহাঙবা কৌতাদু লানশিল্লি। লম্বী চৎলিবা বাবুদুদা, মচা নুংশিবা খঙলবা মৌ নহাদুদা। মখোয় চৎখি। কৌতাদি অদুম হাঙহৌরি।

মচি অমদনা কুৎলবা মমীৎতু লাউথোক্লদুনা নুপামচাদুনা য়েংলি তন

চারিবা বাবুদুনা লুখাকল্লা হন্দোরকপদু। মখোয়দুগী মরক্তা ইবোতোম্বীসু য়াওররে।

কূম্মে কয়াদু য়েংলদুনা ফমলিঁঙে অহিংদু হৌখিবা খঙহৌদে। কূম্মে নত্তে থম্মোয়দা চৈনা পীবা থৌদোকশিংনি।

নোংয়াই মতুং পূং অনীমুক তাগ্রে। দিল্লিরোমদগী লাকপা টিনশুকিয়া মেল থুঙলরে। মী নিনবা হেঙ্গংলকই। নাক য়েংতা তুমলম্বা কুল্লিশিং ফুক ফুক হৌগংনরকই। চা য়োনবশিংনা হৌনা লাউরকই,

- চাই! চা! গরম চাই।

ইবোতোম্বীসু মীং খঙশিং শিংলকই। অহিং চুপ্পদুমা মীংকপ অমা ফাওবা তুমখিদ্রে। মানা মমায় হেক লৈথোকপদা মনাক্তা নুপা অমা লেপ্লম্মী। খংগ্রেক খঙই। কম্বলদুনা মমায় খুমজিল্লি। ফুক হৌগংলে। থুনমক মফম অদু থাদোক্লম্মী। নুপা অদু ফনা শাংনা মহাক্কী তুং ইল্লম্মী। অদুবু হৈশিংনা নানথোকহৌরে।

নুপা অদু ইম্ফালদগীনি। মতম অমগী মরূপনি। সনাজাউবা! মখোয়গী লৈকাইদগীনি। সনাজাউবনা মাথু তশেংনা উখ্রে। হৌজিক কদায়দনো লিংকদবা! নোংঙাল্লিদ্রিঙৈগী মমাঙদা মহাক মফম অদু থাদোক্লুনা চংতবা শুকয়া য়াদে। খঙই, সনাজাউবনা শোইদনমক লেপ্লা তোক্রোই মাগী খোঙ্গুল লিরক্কনি।

৬

নুমিৎ নিনী শুরে ইবোতোম্বীনা হল্লকখিদবা।

মহৌশাগী মহৌশা, নুংশিতোম্বী অমুক হল্লকখিগদবোই নীংলুই। অদুবু নিনী শুজিল্লক্লবদুদা চিংনবা অমা পোকলক্লে। মদুগীসু মথক্তা অমুক্তসু তৌখিদ্রিবা, মহাক্কী শেঙ্গাওদগী লূপা য়াঙ্খেখকসু লৌথোকখি। মথক্তা করি তৌশিগে লেপ্লা ঙমদ্রে। হবিবুরগী মনাক তল্লা লাক্লে।

- নুমিৎ নীনী শুরে হল্লক্তবা। চংখিবগীদি করিসু কায়দে অদুবু কদায়দনো হায়বদুদি খঙনীংই।

নুংশিতোম্বীনা হবিবুরদা পাউ তমলকই। মখা অমুক হংলকই,

- হবী দাদা! নঙ মহাক্কী মরমদা করি খঙই?

- লৈমিন্নবদি নঙগনি। ঐনা করি খঙগনি ?

- চুম্মী থা তরুক মা- ঐ লৈমিন্নরক্তে। ৱারী কয়া শাখি, কয়ারক খংনখি, কয়ারক লাউনখি। অদুবু মা ঐগী পুন্সিগী মরমদদি নোংমতসু ৱারী শাখিদ্রি। নুপা কয়া থেংনখ্রে। পূম্নমকী মফমদা ঐ করিগুম্বদসু উংখিদ্রি থম্মোয়গী অশোনবা। মহাক্না, মতম কয়া ফাথদুনা থমজরকপা নুপীগী থম্মোয়বু য়াকাইহল্লে।

হায়রোই খল্লম্বনি। লীরোই হায়না ৱাশকখিবনি। মহাক্কী মতৌ অদুদা হবিবুরসু লোৎশিন্দুনা লৈবা ঙমদ্রে। অমতা চিংথদা মখৈ ৱারী পুম্বা লীথোক্লে। ৱারীদু লীরবা তুংদা অশাংবা শ্বর অমতং শাংনা হোন্দোক্লগা হংলকই,

- হৌজিক করি তৌশি হায়বনো ?

- মহাকপু খরা থিবিরু। চৎপ্রবদি চৎপ্রশনু। অদুবু করিগুম্বা শ্বাইদা লৈরম্বা তারবদি ঐগীদা শুম লৈবনা ফৈ।

ৱাহৈ খরা অসি হায়রমলগা খরচ ওইয়ু হায়দুনা হবিবুরদা লুপা য়াঙ্খেখক পীরলমগা নুংশিতোম্বী চৎপ্রে।

❋

অয়ূক্কগী ষ্টেসনগী মফম খূদীং চত্তুনা থিরুরে। অদুবু মফম অমত্তদসু ফংদ্রে। হোটেল কয়াদা চংতুনস হংলুরে। ৱামলক্লদুনা নুমিদাং ৱাইরমদা আপ্ত হোটেল অমদা চা থকপা চংলম্মী। হোটেল মেনেজর অদুদা হংই,

- ঙসি ঙরাং, চহী কুম্ভামুক শুরবা ইবোতোম্বী কৌবা মৈতৈ মচা অমকা লৈরম্বরা ? কম্বল অমা ইনখি। কুচু ঙৌই। মরেপ্পা ঙম্বনি।

মেনেজরনা মাগী বোই অদু ফাকতোক্লুনা য়েংই।

-করি মিং হায়বা ?

- ইবোতোম্বী।

চেনা খূদীং ফাক্লবা তুংদা হায়রকই,

- সনাজাউবা কৌবা মৈতৈ মচা অম্মা নত্তুনা ঙসি নিনী হৌম্মীশিদদি লৈরমদে।

তাঙ্গা অদুদা নুপা অমনা চঙশিল্লক্লুনা হংলকই,

- অদোম্না থিবিরিবদু কনানো ?

- ঐগী মরাপ অমনি।
- মিং করি হায়বা ?
- ইবোতোম্বী।
- শিংজমৈদগী নত্রা?
- অদুম্মা হায়বগুম তৌই।
- ঐসু মাবু খিজরিবনি।
- অদোম্মা কনানো ?

সনাজাউবা। অদোম্মা থিরিবা ইবোতোম্বীদু ঐনা থিরিবশি শোইর্দনা ওইগনি খল্লি। চহী অনী শুজিল্লকদৌরে মানা য়ূম থাদোক্তুনা চংখিবা। ওসি ফাওবা মাগী লৈফম খঙদদুনা লাক্লি। ঐসু মাগী মরাপনি। লৈকাই অমতদা লৈমিন্নবা। ঐ মা থিবা লাকপদি নত্তে। গৌহাটি চংলুবনি। নহান অহিং ষ্টেসন্দা মহাক মানগ্রবা নুপা অমা প্লেটফোর্মদা ফমদুনা লৈরম্মী। ঐ পাক হংবা ঙমদে। চিংনদুনা ঙৈহাক ওকচান্নরিঙৈদা মহাকসু ঐবু উগ্রমালে ফুক হৌগৎলগা চংখি। ফনা শাংবা ফাওবা মাবু তান্নে। অদুবু মাঙখিফম খঙহৌদ্রে।

হবিবুর খঙলে মানা থিরিবা অসিমক ইবোতোম্বীনি।

- সনাজাউবা বাবু! খজিক্তং থেংনা থুংলখিমাল্লে। থা তরুকনি মহাক্না মফমসিদা লৈরম্বা। অদুবু নহান্দগী মহাক মফম অসি থাদোক্তুনা চংশ্রে। মহাক্না অসুম্না য়ূম থাদোক্তুনা চংখিববুদি অনৌবা নত্তে। অদুবু অহিং অমদগী হেন্দবনি। অদুগীসু মথকতা হন্দক্তি মহাক চংকে হায়বা অমগা লোইননা চংখিবা মাল্লি।

- করম্বা ফিভমদনো মহাক্না মফমসিদা লৈরিবশে ?

হবিবুরনা মহাক্না খঙবা ৱারী পুম্বা লীরে। সনাজাউবনসু য়ূমগী ৱারী পুম্বা হবিবুরদা লীরম্মী।

- ঐ নুপী অদু অমুক্তং উন্নজবা য়াগদ্রা ?
- অকাইবা করিসু লৈতে।

হবিবুর সনাজাউবগা লোইননা নুংশিতোম্বীগী মনাক তান্না লাক্লে।

*

মখোয়না নুংশিতোম্বীগী য়ূম য়ৌবদদি নুমিৎ পূমতা তারে। নুংশিতোম্বী! ফম্বা মথে ফমদুনা ৱাখল খল্লম্বদগী মৈ চুখৎকে হায়দুনা

হৌগৎপদা ভাইরি। হবিবুরনা মপান্দা কৌরকপদু তাবদা তঋিং তঋিং চেহ্নোকলকই, থোঙ হাংদোকপা। মহাক য়াওরকপোই মীংলুই। মীত্রেপ অমা য়াওরম্বদু উবদা শকফম খঙহন হৃঙ্গিল্লি।

হবিবুরনা হৌদোকলকই,

- ইম্ফালদগীনি। সনাজাউবা।

মখোয় অহুম ইমুংদা পূল্লপ চঙমিন্নরকই। মোড়া পুথোক্লুনা থাই। নুংশিতোম্বী লালটেনদু চুখৎলি। হবিবুরনা মখা তারকই,

-ইবোতোম্বী বাবু হোইগী লৈকায়দগীনি।

নুংশিতোম্বী ব্রা ভাঙদে। ফমুংদা মখোঁঙ য়াম্বরদুনা ফমলি। ফিভম অদু খঙলদুনা সনাজাউবনা মখা শমথরকই,

- মতৌ করম্না চৎখিবনো ?

- ঐ খঙদে। মসি অনৌবা অমা নত্তে মফম অসিদদি ?

- কদায়দা লৈরমগনি হায়না খনবিবগে ?

- ঐসু থিরিবনি।

- খর ফাওবদি খঙবিরমফম থোকই।

ব্রাঙাঙ অদুনা মপূক্লীং নৌদুনা লৈরিবা নুংশিতোম্বীগী থম্মোয়দা মৈ চুবগুম থোক্লম্মী। নাপল অমগা লোইননা হংলকই

- ঐগীদা লাকপিবগী মরম ?

- য়ুমদা মাগী নুপী অমসুং মচানা মাবু ভাইদুনা লৈরি।

- মদুদি মঙোন্দা হায়বিয়ু ঐ কন্যাবুসু ফাদুনা থমখিদে। লাক্লুনা লৈজরবা ভাক্তনি।

- অদোম্না য়াদনা হেক্তা লৈরবা য়াগদ্রনে ?

- ব্রাহং অদুবু অদোমগী নুপীদা করিগুম্বা মতমদকা হংবিবরা ?

সনাজাউবা ব্রারী শাবা য়াররোই হায়বসি উরে। মহাকসু ব্রাদু খরা কল্লপ খুমলকই।

- ঐ হয়েং অয়ূক ইম্ফালদা ময়োকপ্রগনি। হেক য়ৌবগা থুনমক অমুক লাকচগে। করিগুম্বা মফম অসিদ্রা অমুক হল্লকপা তারবদি মসিমতং হায়বিয়ু, মাগী নুপী অমসুং মচানা হৌজিক ফাওবা মাতবু ভাইদুনা লৈরি।

করিগুম্বা শেলগী দরকার লৈরবসু হায়রবিয়ু। শাংলবা থা তরুক অসি অদোম্না চংজকম পীরম্বগীদমক্তা য়াম্না নুংঙাইজে।

শেলগী ব্রা পল্লকপদুদা নুংশিতোম্বী ইকাইবা অমসুং শাউনীংবা য়াম্মনা খুমলকই,

- ঐ মরম চাদনা মীগী শেল লৌদে। মী অমগী অপাম্বদসু ঐ কৈদৌঙেদা খুৎ থিংজিন্দ্রি। মহাক্কী অপাম্বা মতুং ইন্না মফম অসিদা থা তরুক লৈরমলে। অপাম্বগী মতুং ইন্না অমুক চংশ্রে। অমুক লাকপা য়াই। ইনাক্তা লৈরবা নত্রগা চংখিবা মাগী অপাম্বদু তৌজশনু।

হবিবুর খঙলে নুংশিতোম্বী শাউরে।

- ফরে বাবু ! লেঙলশি।

হবিবুরনা সনাজাউববু পুদুনা থোকপ্রে।

৭

নোং হেক ঙানবগা পাউ ফংলে। ধনেশ্বরী তুরেন তোর্ব্বান্দা হৌরিবা লাইওইরবা হৈবোং পাম্বীদুগী মখোঙদা নুপা অমা তাদুনা লৈরে। পাউ অদু হেক তাবগা হবিবুব, নুংশিতোম্বীগা লোইননা মফম অদুদা লাক্লে।

- হবি দাদা ! ইম্ফালদগী মী লাক্লম্মী হায়বসি মঙোন্দা হায়বিগনু। মশানা খঙজরকপদি খঙজশনু।

নুংশিতোম্বীনা চৎনা চৎনা পাউমেনলকই।

মানি। ইবোতোম্বীনি। মশাদু মৈমুক শাই। তূমপক তাশিন্দুনা থক থক নিক্তুনা লৈরম্মী। থুনমক বিস্না অমদা হাপকৎতুনা পুরক্লে। য়ূম হেক য়ৌবগা ডাক্তর অমা কৌদুনা য়েংহল্লে।

নুমিৎ মঙানি কোইচেন চেন্নদুনা লায়য়েংলবা তুংদা অনাবদু ফরে। নুমিৎ মঙানি অদো নুংশিতোম্বীনা খূয়াদা ফল্লদুনা ফমশেন্নরম্মী। নুংশিতোম্বীনা মাগীদমক অহিং তুমদ-হিপতা অনা-ফমশেন্নরিবদু উবদা মপূক্লীং নুংশিনা হায়রকই।

- কান্নদবদা নহাক্না ঐবু অমুক হিঙ্গৎহল্লে। ঐদি হিংবদা মতিক চাদ্রবা মীনি।

- ব্রা য়াম্না ঙাঙবা ফত্তে। ডাক্তরনা পোক্নানবা কন্না হায়রম্মী।

- ঐনা মগোকসিমদা তোনশিনলিবা লমনশিং অসি অমুক শিংবা ওমগনি হায়বা থাজদ্রে।

- গুলি অসি য়োংশিনশি।

- ঐনা নঙবু য়াম্না ৱাহল্লে।

- ঐ চাক থোংলুখিগে। চাক খরা চাবা য়াব্রা য়েংশি।

নুংশিতোম্বী ইরুজবা থোকখ্রে । মফম মফম খূদীং চপ চপ লেপ্পী। মতেক মতেক করি করিনো পঙখত্তা খল্লি।

নোংমা সনাজাউবনা হায়রম্বা ৱাহৈশিংদো নাকোংদা অদুম তাদুনা লৈরে

'মাগী নুপী অমসুং মচানা মাবু ঙাইদুনা লৈরি'

মহাক খঙই। হন্দক্তি লাঙ্গাও অসি লোইশিল্লগনি। শোইদনা মখোয় লাক্কগনি অদুগা মুন্দুনা পুথ্রগনি।

- ইরুজরিবরা ?

হবিবুরনা কৌরকপদুদা মঙফাওনরকই।

- চঙবিরম্মু । ঐ ইরুজরকখিগে।

ফদি পায়খৎলি । হবিবুর ইমুংদা চংখি।

- হকচাংদু খরা নুংঙাইরবরা ?

- থবক য়াম্না চিনখ্রমাল্লে ওরাংদি লাক্কেনা ?

- ওরাং ষ্টেসন্দা পোৎ থারুই।

- হবি ভাই ! ঐনা নখোয় পূম্নমকপু য়াম্না ৱাহল্লে। মগোক অসিমদদি নখোয় পূম্নমক্কী লমন শিংবা ওমগনি হায়বা থাজদ্রে। ঐ অমুক হন্না কনাদসু ওৎলরোই। অদুবু হবি ভাই! ঐ য়াম্না চিংনবা পোক্কে।

- করি মতাংদনো ?

- লমসিদা ঐ লৈ হায়বসি খঙখ্রমাল্লে।

- কনাননো ?

- ঐগী মরূপ অমা লৈ । সনাজাউবা । নহান ঐনা য়ূম অসি থাদোক্তুনা চৎখিবদুগী অহিংদা ঐগা থেংনখি । ঐনা ওমদুনা নাম্বোরকখি। অদুবু মহাক লেম্না তোক্করকলোই।

- অদু'করি তৌসি হায়বগে ?

খণ্ডদে হবি ভাই ! মতম খরদি মফমসিদা য়ুমসিদা লেঙদনা লৈদুনা পুন্সিসিনা তোনশিল্লিবা লমনশিং অসি খরদা ওইরবসু শিংদোকপা গুমব্রা য়েংগে হায়না লেপ্লবনি ।

মপান্দগী নুংশিতোম্বী চংলকই

- তাদা ! ঐ চা লোঙরক্কে । ঙাইহাক্তা ফম্বীখো ।

- থক্করোই । ইবেম্মা ! ঐ নুংথিল অমুক লাক্কে । তুমশিন্দুনা লৈবা ফত্তে তোম্বী বাবু ! নুমিদাংবাইরম বাকিং চৎলুসি ।

হবিবুর চৎখ্রে । নুংশিতোম্বীসু চৎখ্রে । ইবোতোম্বী ফমুংদা হিপ্লদুনা লৈহৌই । মথক্তা হংলকই,

- লৈগুম থোৎলবা নুপীগী থম্মোয় অসি কয়াদা চেকশিন্না লোৎলমলিবা !

হকচাংদু ফজনা হঙ্গৎলে । মহৌশাগুম চাদ্রবদু - চাকশু নীংথিজনা চারে । চাকচা তোকলগা চুরুপ অমখক চমখৎতুনা থকলি ।

- চুকপু মতম খরা লেপখিশি । ডাক্তরনা য়াম্না কন্না হায়রম্মী । গুলিশি চাশিনশি ।

নুংশিতোম্বীনা গুলি অমগা ঈশিং গ্লাস অমগা পী । ইবোতোম্বী গুলি অদু চাশিল্লি ।

- হকচাংদু করিসু তৌদ্রবরা ?

- উম ।

ইবোতোম্বীনা খুমই ।

নুংশিতোম্বীসু ফমুংদা কাখৎখ্রে । মখোং য়াম্থদুনা ঙৈহাক ফম্মী । বাখলদু লৈতাদে । করি করিনো পঙখন্দা খল্লি । ঙসাই হবিবুরনা হায়খিবা বাদু মাসু তাহৌই ।

'মতম খরদি মফমসিদা য়ুমসিদা লেঙদনা লৈরগে । পুন্সিনা তোনসিল্লিবা লমন অসি খবদা ওইরবসু শিংবা গুমব্রা য়েংগে ।'

নীংশীংলুরগা নুংশিতোম্বী মমোন নোকচৈ । থংনবা মীৎকুপ্তা অমুক

নীংশিঙলকই সনাজাউবনা হায়রন্না - 'মহাক্না করিগুম্বা হন্নকপা থোক্লবদি মসিমত্তা হায়বীমু মাগী নুপী অমসুং মচানা মাবু ঙাইরি।'

হৌজিক করি তৌবা তাই ! নুংশা থীবগী খ্বর অমা ফুইনা হোন্দোলকই। অমুক নাকোংদুদা তারি সনাজাউবগী খাহে অদো,

- 'ঐ হয়েং অয়ুক ইম্ফাল থোকখ্রগনি। হেক য়ৌবগা থুনমক অমুক লাকচগে।'

মহাকসু খঙই। শুকশোই শোয়দনা নোংমা নীনীশিদা মহাক্কী খোঙ্গুল লিবা মী লাক্কনি। মসিমসু খঙই, ইবোতোম্বীনা মদুদা তরাইনা হেক য়াগদবদি লৈতে।

অদুবু মতম কুইনা কায়নরুরবী নুপী অমসুং মচাগী মশক উরগা মপাগী থম্মোয়না নৌরক্কনু হায়বদি য়ারোই।

মদুদা ঐনা করি তৌরুগনি ! মতম কুইনা শেংন খায়নরুরবা মীওই অনীগী মমীত্তা পি শিঙ্খরকপদু, কায়না চৈনা ফংলবী নুপীগী থম্মোয়না য়েংবা ঙমগদ্রা ! লান্বা শেংনরবী, মপাং কায়নরবী, কায়নবদুগী চৈনানা নৈহংপীরবী নুপী অমনা অতোপ্পা মপুং মমান্নবী অমগী শেগাদগী নুপাবু চিংথোক্লগা লাইবক্লা তাথীবীরবী ঐগী পুন্সিনা ফংলিবা ফিভম অসি ফংহনগদ্রা !

নুংশিতোম্বী, খাহং কয়া অসিনা মহাক্কী কোক অদুদা নৈখায়রক্লে। কাওগে খন্না কাওরুরবা মাঙগী থৌদোক কয়া মীংকুপ অসিদা ঈরাওখোলগা লোয়ননা ঈহৌরক্লে। কুইরবগী তুংদা নুংশিতোম্বীগী মীৎলু অনীদু পিনা থুমহংলক্লে।

খনবা মখৈ খল্লুরগা খারেপ অমা তারে। অশাংবা খ্বর মপী অমা ফুইনা হোন্দোক্লদুনা হায়রকই,

- ঐখোয় মণিপুরদা হল্লশিনা।

ইবোতোম্বী খুমদে। মমীৎ অদু ঙকপগা লোইননা য়েংলকই।

- মফম অসিদা কুইনা লৈথবা অফবা ওইরোই।

খাফম অসিগী অর্থ ইবোতোম্বী খঙই। মঙম শান্দনা ঙাল্লিবা লালটেন মৈঙান অদুদসু উরকই নুংশিতোম্বী মমীৎতা ঈহৌরক্লিবা পিগী ঈচেল অদু। নুংশিতোম্বী মখা অমুক তারকই,

- পুন্সিগী শাংলবা শরুক অমা মফম অসিদা মথোঙ মরম খঙদনা

হৌখ্রে। লমদমদুদা ঐখোয় পোকপনি। লমদমদুগী লৈহাওদা শারেপ ফারকপনি। হৌখিবনা হৌখ্রবসু লেমহৌরিবা শরুক খর অসিমদি মীৎকুপ অমত্তা ওইরবসু মফমদুদা হিংনীংই। মফমদুদা, মফমদুগী তম্পাক্তা শিনীংই। হৌজিক অনৌবা পুন্সি অমা হৌনবগী তাঞ্জা অদু লাক্লে।

মহাক্কী ব্রাহ্মেশিং অসিদা য়াওরিবা থম্মোয়গী অহিংকপা খোঞ্জেল অদুনা ইবোতোম্বীগী থম্মোয়দা নত্তনা য়ৈরম্মী। হৃবিবুরনা নোংমা হায়খিবা ব্রাদু নীংশিংললকই,

- কনাসু ফত্তবা থবক তৌনীংবা নত্তে। ওক্তবী পূম্নমক ওক্তবী ওইনা পোক্লকপা নত্তে।

নুমিৎ খরনি অসিদা নুংশিতোম্বীগী লমচৎ পূম্না হোংখ্রে। হিংবগী মহাও লৈনা হিংবগুম তৌরে। মতম অসিদা নোংলৈ নুংশিং অসি লাক্লি।

ইবোতোম্বী ব্রা অমতসু ঙাওদ্রি। নুপী অদুনতা লেপ্পা লৈতনা ঙাওলি,

- ইথন্তা হিংবা হায়বসিদি অরাইবনি। অফবা ওইবা য়াই, পাপ ওইবা য়াই, পুন্য ওইবা য়াই ইদোম হিংনবগীদমকতি লম্বী কয়া লৈ। মীওইবা হায়বসি থম্মোয়গী লৈই অমনা কোইশিন্দুনা হিংলিবনি। মতম খরা লৈই অদুদগী নানথোক্তুনা চেম্ছোক্লবা হোৎনরুবনি। অদুবু মায়থিরে। পুন্সি অসি কায়নবা, শেৎনবা, নীংবা থুংদবা তুহৎপিবা কয়াগী চৈনা ফংলদুনা লাক্লবনি। কনাবুসু চৈনা অসি ফঙহননীংদে। কনানা খঙনি। ঐগী কৈরোয় লৈকাইদা ঐগী লম্বীতবু য়েংদুনা, কনাগুম্বা কনাগুম্বীনা শাংলবা মতম অসি ঙাইদুনা লৈরম্বা ! নপা পান্নদ্রবা নুপীগী পুন্সিদি শম্বল খাদ্রব্রা লৈকোনগুম্বনি। ঐগী পুন্সিসু হৌখ্রে অচং-অচং নৈখায়বিদুনা, নৈথৎপিদুনা। ঐগী কাং খোঙ চাইরবা পুন্সিগী ফিভম অসি কনাগুম্বী অমনা তাগদবা লৈরবদি মদু ঐ তূম্মিনা লৈথোকপা ঙমলোই।

নুংশিতোম্বীগী খোঞ্জেল অদু নৌথরক্লে। মখা অমুকসু তারকই,

- ঐগী পূম্নকোক কোক্তবা পুন্সিমদা ঙসিদি অনৌবা য়েনিঙ চোং খৎলক্লে। পুন্সিগী অরোইবা য়েনিঙনি। অমুক খুইথহল্লরোই।

মরৌ লৈবা, অর্থ চেনবা মাগী ব্রাহ্মেশিং অদুনা ইবোতোম্বীবু মঙ ম্যাঙ্ক্রেল্লে। মহাক্কী মতৌ অদো য়েংদুনা লৈবা ঙমলকত্রে। য়াম্না তপ্না হায়রকই,

- ঋা ম্নাম্না ঙাঙলে। নঙ অমুক নাররনি।

- হংচিং অয়ূক ঐখোয় য়ূম অসি থাদোক্নুনা চংখিবা পামই।

- কদায়দা ?

- মণিপুরদা। থৌবালদা ঐগী লৌরী ঈখোল লৈ। মফম অদুদা চংলগা লৈরুশি। চহী মঙা চংনা তানসিল্লকপা সনা লূপাশিং অসিনা চহী খরদি চরা ফাওবদি হেন্দনা হিংবা ঙমগনি। জাং তিম্নন্দ্রবসু হবিবুর মতম কয়া ঋামিন্নরক্রবা ইবুংনি। মহাক্কী লমন ম্নাম্না তোল্লি। মফম অসিগী লৌরী য়ূম্ফম পূম্নমক মহাক্না শিজিন্নহৌরসনু। ঋাজরক্রবা, মপুন্সিদা নুংঙাইবা ফংজরক্রবা মীওইনি। নুমিৎ খরনিতা ওইরবসু মকা লাম্না হিংহৌশনু।

ইবোতোম্বী পূমঙক ঙকলে। অহিং তথ্বায় অমা অসুম্না চমমননা হৌখি।

✻

হবিবুরসু নুংশিতোম্বীগী থৌরাং অদুদা পূমঙক ঙক্লে। মহাকসু ভাব তাবদা ঋারে।

- পুন্সিদা শিংবা ঙমলরোইদবা তাদগী লমন তোল্লবনি। ঐগী য়ূম ঈখোল অসি তাদদা শিন্নজরমগে। লমদমশিদা তাদ নত্তনা ঐগী কনাসু লৈতে।

ফনা মীতেক মীরৌ খঙবা হবিবুরনি। অদুবু হন্দক্কী নুংশিতোম্বীগী পাখোঙ অসিমদি ফোঙবা ঙমদ্রে।

ইবোতোম্বীদি ঋা অমতা ঙাঙদনা পূম্নমক্তু তারি। অদুগা ঋাফম অমত্তদা য়েংলুবসু তৌদে। মহাক্কী য়ানীংবসু উৎপ্রে। মরমদি মহাকসু খঙই মাগী নুপী, মচা অমসুং সনাজাউবা, লমদমসিদা শোইদনা লান্দারক্লগনি। লানফম অদুদদি মহাক্না মায়পাকপা হায়বদুদি ওইদ্রে।

হবিবুরনা ইবোতোম্বীরোমদা ওনশিলক্লগা হংলকই,

- কৈদৌঙে চংপা তারবা ?

- হয়েং। হয়েং অয়ূক।

নুংশিতোম্বীনা মরক থংলকই,

- তাদা ঙসিদি নচলগীদা চাক চাশি। ইম্নুং-মনুং পূম্নমক য়াওনা।

অদুগা তাদনা ঝাবির্বগী ঝাবিবা ঙা খরা লৈবিরু। ঐ চাক থোংনবা থৌরাং তৌজররমলগে।

- ঝাসি হায়রমলগা নুংশিতোম্বী ইমুংদা চংখ্রে।

- তোম্বী বাবু! ঝাকম অসিদা লেপ্পবরা ?

- নহাক করি খল্লি ?

- করম্বা অনৌবা লাললোংনো ঐ তাপ তাবা ঙমদে।

- ঐগীদি লেপলে। অদুগা হবি ভাই! করিগুম্বা মখোয়শিং অদু অমুক লাক্রবদি ঐগী মরী মখোঙ তাকথোকপিগনু। মতম খরদং তোনশিল্লিবা মাগী লমনসি শিংদোকলুখিগে। অদুগা মসিমতংদি হায়বিয়ু- নোংমদি শোইদনা ননাক্তা লাকখিগনি।

নুংশিতোম্বী থোক্লকলে।

- তাদা লূপা য়াঙ্খেশিনা করিনো ঙা অফংবা খরা লৈবিরকউ।

- হয়েংমক চংপা তারববা ?

- চুম্মী। ইম্ফাল ফাওবগী বস টিকেট অনীদং এম, এস, টি,দা হায়বিরম্মু। হয়েং অযূক অঙনবগী।

হবিবুব থোকখ্রে। নুংশিতোম্বী তুং ইন্নখি। কোঙ্ঘোং য়ৌরমদাইদা হায়রকই,

- হবি দাদা ঝা অমতংগা

হবিবুর লেপপি।

- খবা থুনা চংপিয়ু অঙনবা বস থাদ্রিঁঙৈদা এম, এস, টি য়ৌনবা। চিঠি অসি শিংজমৈ য়ৌগদবা মী অমদা চেকশিন্না খরা শিন্নবিয়ু। হায়বিযূ ঙসিমক শোইদনা পীবিয়ু।

- কনাদনো ?

-সনাজাউবদনি। মখোয়গী লৈকাইদু শিংজমৈ থোকচোম লৈকাই হায়বা নত্রা ?

- মানি।

মসিনা হেন্না অমুক চমমনহল্লে। অদুবু য়েৎলুবা তৌদে, মখা তাবসু তৌদে হবিবুর চংখ্রে।

নুংশিতোম্বী ইমুং চংলক্লগা পোৎ ইৈ লোয়শিনবা হৌই।

- কবিসু পুনীংঙাই লৈতে। পূম্নমক হবিবুরনা শিজিন্নহৌরশনু।

ইবোতোম্বী পুন্নমক্তু কুম্মেগুম য়েংলি। চংগা হায়বশিমদি লেপলে। অদুবু হংলি,

- লম্বী অসিবু চুমলিব্রা !

*

থা তরুক্কী ইতিহাসতু লোইশিনখ্রে। অনৌবা চেনা অমগীদমক খোঙশাল্লক্রে। অদুবু ব্রাহং অদুমদি অসুমমক হংলি

- লম্বী অসিবু চুমলিব্রা ?

অশাংবা শ্বর মপি অমা ফুইনা হোন্দোরকই। মশা অদু ইমুন মুহ্বরে।

- ঙৈহাক্তং পোথাবা য়াব্রা য়েংউ।

নুংশিতোম্বীনা অমুকসু হায়রকই।

তূমনীংই। মশাদু ইমুন মুহ্বরে অদুবু করয়া তূমথবা য়ারুগনি। নীংশিঙলকই, হৌজিক ঙৈহাক্কী মমাঙদা, কায়নরমদাইগী মীৎকুপ্তুদা হবিবুরনা হায়খিবা বাদু,

- করিগুম্বা তাঞ্জা চাবদা মকমশিদা লাকপা থোক্রবদি। ঐগীদা চংলকউ।

মুরবা মাগী মখজাইদা শিহুহৌবা পি অদো হৌজিকসু শঙ শঙ উরি।

- খাউ অসি অদোমদা থম্বিগেরা ? ঙৈহাক লৈতনা তুরে।

নুংশিতোম্বীনা হংলকই।

বেক অদু ইবোতোম্বীনা লৌরগা মাগী নাকন্দা থমলে। নুংশিতোম্বীনা মখা অমুক তারকই।

- খরা চেকশিন্না থম্বীয়ু, পোৎ পুন্নমক অদুদা য়াওরিবনি।

মখোয়না পুরক্লিবসি শুপ্পগী এয়ার বেক শিমতনি। হায়রকই,

- ওরাং অহিংসু তূমলক্তে। ঙৈহাক্তং উইবা য়াব্রা য়েংউ।

মপূক লুমলবা লিল অমোমগুম লেপ্পা লৈতনা চেল্লি বস থেক্লা খোয়না ইম্ফালগী মাইকৈ তম্লা। মপুং মুপ্পু লেহৌরে চীংশাং অমদগী অমা, চীংদুম অমদগী অমা। ইবোতোম্বী করম্বা মতমদা তূমথখিবনো খঙহৌদ্রে। বসকী বোডিগী ফক্লাং অদুদা গুাথরদুনা উইথখ্রে।

✱

বন কুইনা তুমথররমাক্লে। মহাক্না মীংকপ থোকলকপদা গাড়ী থামদুনা লৈরম্মী। হুকিং ফিংই। বস মনুং অদুদা চীংমী নুপী অমা নত্তনা কনামত্তা ফমলমদে। থোঙনাউ হাংদোক্লুনা য়েংই। মাও য়ৌরে।

- কদায় চংগ্রে!

বেক অদুদি মাগী মনাক্তা অদুমক লৈরি। বসতা তোংলকপা মীওই পূন্নমক চাক চাবা কুমথনগ্রে। মহাকসু এয়ার বেক অদু পায়রদুনা কুমথরক্লে। হোটেল পূন্নমক চঙদুনা থিরকই। হোটেল অমত্তদা থেঙনদ্রে।

চাক চাবা লোইনরদুনা পূন্নমক হন্নরক্লে। মাগী মাগী ফমফমদা ফমথনগ্রে। ইবোতোম্বী থোঙ মনাক্লুদা এয়ার বেকতু পায়বদুনা, মহাক্কী লম্বী য়েংদুনা লৈরি। বস ড্রাইভর অদুনা হোরোল কন্না খোংলকই।

- তাদা লেংখৎলক্লো চংলশি।

কণ্ডক্টর অদুনা হায়রকই।

- মী অমা ব্রাংলি। ঐগী নাক্তা ফম্বী নুপীদো।

- তাদা মাদি কুমথহৌরগে হায়দুনা কুমথহৌরে ঙসাইনা।

- কদায় ব্লাইদা ?

- খোইজুম্না খরা হেল্লকপগীদুদা।

ইবোতোম্বী ব্রা ঙাঙখিদ্রে। ড্রাইভর অদুনা হোরোন হঞ্জিন হঞ্জিন খোংলকই। মকোক অদু ঙাওরে। মখুত্তগী বেক অদুদি চেংনা পাইরি। মহাক্লা চেংনা শিন্নরম্মী,

- বেক অসি খরা চেকশিন্না থম্বীয়ু। পোং পূন্নমক মসিদা য়াওরিবনি।

- তাদা চংলশে।

মঙদা চংপগুম ইবোতোম্বী বসতুদা কাখৎলক্লে। ফমফমদা চংশিন্দুনা ফমথে। মমীং অদু পাংনা পাংনা পূমম মমগ্রে।

করিনো হৌজিক তৌগদবা!

মপূক লুমলবা গাড়ী অদু তপ্পা তপ্পা লেংবা হৌরক্লে, ইম্ফালগী মায়কৈ তম্না। ময়ূম নত্রগা লমথুংফম য়ৌরুরগনি হায়বগী নুংঙাইবনা

লাংতক্লরবা লম্বীচংপশিং নিল- খোংলকই। চরাংনরবা, হরাও- নুংঙাইবগী মীনিল ময়কুদা মঙগুম্না ফমলি ইবোতোম্বী ! পাউখুম পীবা ঙমদ্রবা ৱাহং কয়ার্না নৈখাইরকই। মতম চুপ্পদা হংদুনতা লাক্রবা ৱাহং অদো ঙসিসু হংলি,

লম্বী অসিবু চুমলিব্রা !

ইবোতোম্বী হৌজিক্তা খঙলকই, নুংশিতোম্বীনা হায়রিবা ৱাহে অদুগী অর্থ,

- ঐগী কাং- খোঙ চাইরবা পুন্সিগী ফিভম অসি কনাগুম্বা অমনা তাগদবা লৈরবদি মদু ঐ খাঙদুনা লৈথোকপা ঙমলোই।




